# রাস

## মখল অমসুং নুংগী মশক

শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌরানীশাবী দেবী




# রাস

## মখল অমসুং নুংগী মশক




# রাস

## মখল অমসুং মুংগী মশক

অইবী ঃ
শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌরানীশাবী দেবী
(পদ্মশ্রী)
প্রধান গুরু
জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স অকাদেমী, ইম্ফাল।

RAAS MAKHAL AMASUNG NUNGEE MASHAK

(A critical history of Manipuri Jagoi Raas)

Written & Published by

**Smt. Kshetrimayum Ongbi Thouranishabee Devi** (Padmashree)





অহানবা ফোঙবা : ইরাই, জুলাই তাং ৭, ২০০৬ ইং

মশিং : ১০০০

অফোঙবা : [illegible]




মমল : লুপা ১৭৫/- (মখুম অথাবা)

লুপা ১৫০/- (মখুম অপাবা)

নম্ফম ঃ ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, মোইরাংখোম লোক্লাওবুং।

# কচ্ছবা

রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরন্দা
কচ্ছরি ননাই থৌরানীশাবীনা
হৈত-হৈত লৈচনজরিবা
''রাস মণ্ডল অমসুং নুংগী মশক''
তোল্লবীনি খম্বীদুনা লৎনদনা লৌবিয়ু।

নিরমল্যাসে

রাসেশ্বরী শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কচ্ছরবা
শ্রীচৈতন্য প্রভুগী চরন্দা চঙজল্লবা
শ্রীক্ষেত্রিময়ুম ঁনরাং সিংহদা
অমুক হন্ন কচ্ছরী ননাই ওইবী ঐহাক্না
লৎনদনা লৌবিয়ু পেনবীহৈবা বৈষ্ণবনা- ।।

ননাই
শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌরানীশাবী দেবী



শ্রীক্ষেত্রিময়ুম নরাং সিংহ

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীমতি লৈশাংথেম নিঙোল ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌরানীশাবী দেবী, পদ্মশ্রী, সঙ্গীত নাটক অকাদমী এৱার্দ ফংখ্রবীগী ''রাস ঃ মখল অমসুং নুংগী মশক'' মিংথোনবা লাইরিক অসি য়াম্না মগুণ চেনবা, ছাত্র ছাত্রিশিংদতা নত্তনা বিষয় অসিদা গবেষনা তৌরিবা মী ওইশিংদসু কান্নগদবা অমনি হায়না খঞ্জে। রিছর্চ থিসিস অমা ওইনা ইবা লাইবিক্তি নত্তে। মতম কুইনা চুম্নগী গুরু অমা ওইবদগীনা হৌজিক হৌজিক্কা জৱাহরলাল নেহরু ডান্স অকাদেমীগী মতম খরতগী ওইবা প্রধান গুরু ওইবা ফাওবদা, তম্বীবগী লমদা ফঙলকপা জ্ঞান, হকথেংননা ফাওরকপা লৌশিং, গুরু কয়াদগী খিজিঞ্জরকপা ৱাখল পরীং কয়াগী মর্ম, প্রভাব লাইরিক অসিদা তাই। মসি মমল য়াম্লবা লনগী মশক্কী। অসিগীসু মথক্তা মণিপুরগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী অগ্রহদা চহী খুদিংগী মরী লৈনবা কত্তৃপক্ষনা কৎপা রাস, অতৈ মাণ্ডৱশিংদা শক-শোঞ্জখিবা মশীং থীঙমদ্রবা সেবাশিংদগী ফংজখিবা লৌশিং অমসুং প্রভাব লাইরিক অসিদা উবিগনী।

রাস লীলাগী রহস্য, শ্রীশ্রীরাস পঞ্চধ্যায়, শ্রীমদ্ভাগবতকী মরুওইবা অধ্যায়শিং, মহারাসদা শ্রীকৃষ্ণনা শীনবা থৌশিলগী নুংগী ৱাখল্লোল রহস্যগী মরমদা নৈনবা য়াওরি। মণিপুরী রাস লীলাদা নিপা পালা হায়বা বিষয় অসি ঐখোয় পুম্নমক্কা চেকশীনগদবা ওই। রাস লীলাগী মমাঙদা নট সংকীর্ত্তননা হান্না হৌগনি হায়বা ত্রেডিসনগী ৱাখল্লোনদি রাস লীলা হায়বসি সংকীর্ত্তনদগী শমথরকপনি (extension) নি হায়রি। মহারাসদগী দিবারাস ফাওবগী রাস মখলশিং নৈনবগী হীরমশিং লাইরিক অসিদ য়াওরি।

মরুওইবা হীরম অমদি রাস লীলাদা পোৎলোই শেৎপগী মথঙ মনাও অমসুং শেৎলিবা পোৎকী মমীং মশক অসিনি। মসিনা মণিপুরী

অহার্য্যগী– ফজবগী ব্রাখল্লোন (Manipuri Aesthetics) গী মশক তাকপা নৈনবগী খুদোংচাবা ফংগনি।

মণিপুরী এইষ্টেটিক্সকী মরুওইবা পান্দম অমসুং শক্তমদি,-- তথক তথকপা নত্তবা, ফাজিন ফাজিন্না উৎপনি; অদুবু মশাগী শাফবা, অকনবা শাফু, শক্তিশালী ওইবা মগুণদি নৈতবা নত্তবা (Subdued eloquence) মগুণ অদুবুনি। পোৎলোইগী পান্দা উৎলিবা নীংথিজরবা শক্তমসিনা রাস জগোয়গী ঈংলবা, লেম্লবা অঙ্গশিং; খুৎ, মায়, মীৎশিংগী ঈংলবা নীংথিরবা শক্তমশিং, পোৎলোইগী মখাদা উবোই উদবোই উরিবা খোঙদোনশিং অসি রসিকা (ideal spectator) শিং য়ৌনা খঙনবা হোৎনরিবীশিংগী নুংগী অঙ্গশিংদা পীরিবা লেঙ-ওৎপা (movement) গী অকনবা শক্তিশিং পূক্লিংদ শেংনা ফাওনীংঙাইনি।

মণিপুরী রাস জগোয়গী মুভমেন্টশিং খঙথেক খঙথেক তৌদে, কোয়না কোয়না শাই। মসিগী ওন্নবদা, খুদম ওইন ভারত নাট্যমগী মুভমেন্ট, হকচাং, মীৎ, মায় পুম্নমক অতোপ্পা শক্তমনি; মখোয়গীসু ফজে, নীংথীজে। অদুবু মণিপুরীগা খেন্নৈ হায়জবতনি। পুম্নমক্ অসি শ্রীমতি থৌরানীশাবীনা নৈনৈ হায়বগী ব্রাফমদি নত্রবসু, মণিপুরী এইষ্টেটিক্সগী মরমদা নৈনবগী খুদোংচাবা অমদি লাইরিক অসিদা পীবীরে।

অরোয়বদা, শ্রীমতি থৌরানীশাবীগী লাইরিক অসিগী মগুণ চাউই। মণিপুরী জগোয় ঈশৈগী লনগৈদা মরুওইবা লাইরিক অমা খুদোল তৌবীরে হায়জনীংই। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীনা শ্রীমতিবু শাফবা, য়াইফবা, পুন্সি নুংশাংবা পীবীদুনা মহাক্কী লেমহৌরিবা তুংগী পুন্সিদা অমুক হেন্না মমল য়াম্লবা লাইরিকশিং ফোঙলক্লবগী থৌজাল পীবীসনু। শ্রীমতি থৌরানীশাবী দেবী মঙ্গল ওইসনু।

**লৈমপোকপম দামোদোর সিংহ**

জুন ২৬, ইং ২০০৬

ভাইস চেয়ারমেন,

জে. এন. এম. ডান্স অকাদেমী, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স অকাদেমী, ইম্ফালগী প্রধান গুরু ওইবিরিবী শ্রীমতি থৌরানীশাবী দেবীনা ইবা ''রাস মখল অমসুং নুংগী মশক'' কৌবা লাইরিক অসি মণিপুর কলা সংস্কৃতিগী য়াম্না মরুওইবা লাইরিক অমনি হায়না লৌজে। লাইরিক অসিদা মণিপুরদা চৎনরীবা পৃথিবীগী অতৈ মফমদা ফংলরোইদবা রাস লীলা মখল ৫ গী মশক অমসুং নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অদু য়াম্না নিংথিনা নৈন্নবা উজে। লাইরিক অসিন হিরমসিদা রিসার্চ তৌজরিবা ছাত্র-ছাত্রি, ওজা-গুরু অমদি মীচমশিংদসু য়াম্না কান্নবা পিবা ঙমগনি হায়না নীংজে।

মণিপুর মরুওইনা কলা সংস্কৃতিদদি লাইনা থাবা লৈবাক অমনি হায়নৈ। ৱাফমসি ঐখোয়না য়াজনিংই মরমদি মণিপুরদা কৎখিবা লীলাশিং অসি ঐখোয়না শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্রীশ্রীরাস পঞ্চধ্যায়দগী ৱারীদুদমক লৌরুবদনি। জগোয়গী খুৎপুথোক, ফিজেৎ-লৈতেং, ফিভম্-শাথেক্ল চিংবদি ঐখোয়গী মমাংঙৈদগী লৈজরক্লবা সংস্কৃতিগী লৈহাওশিংদা শাৎলিবা মচাকশিংবু নিংথিনা শিজিন্নৈ। মরম অসিনা মণিপুরগী রাস লীলানা পৃথিবীদা তোপ তোপ্পা কলাগী ওইবা পোৎথোক অমা ওইবা ঙম্লিবনি।

শ্রীমতি থৌরানীশাবী দেবীনা অসিগুম্লবা লাইরিক অমা পুথোকপিবসি ঐখোয় পূম্নমক্কী ওইনা য়াম্না লাইবক ফবনি। শ্রীমতি হান্নসু ''দিবারাস'' কৌবা লাইরিক অমসু পুথোকপিখ্রবা, মণিপুরদা নত্তনা ভারতকী ওইনা শক্লাইরবা গুরু, কলাকার অমসুং রসিকা অমনি। মহাক্কী গুনবু ইকাই খুম্নবা উৎতুনা ভারত অমসুং মণিপুর সরকারনা মনা কয়া পীবিখ্রবনি।

গুরুসিনা মতুংদসু মমল য়াম্লবা লাইরিক কয়া পুথোকপিদুনা মণিপুরদা হৌজিক ৱাৎলিবা কয়াসি মেনশিনবা ঙমগনি হায়না ঐখোয়না থাজৈ।

শ্রীশ্রীগোবিন্দনা শ্রীমতি থৌরানীশাবীবু থৌজালবিবা ওইসনু।

ইম্ফাল,
তাং ২৬।৬।২০০৬

**এল. উপেন্দ্র শর্ম্মা**
ওফি: ডাইরেক্টর
জে. এন. এম. ডান্স অকাদেমী, ইম্ফাল

*Guru Th. Babu Singh*
**Awardee of Sangeet Natak Akademi**
Retd Principal Jawaharlal Nehru Manipur Dance Academy, Imphal

# থাগৎ ৱাহৈ

পিক্লিংঙৈদগী জগোয় ঈশৈদা পামজদুনা ওজা গুরু কয়াগী মফমদা চংজদুনা তমজরকপনা লৈপাক্লা শকখং মায়খংবদা নত্তনা ভারত সরকার নিউ দিল্লিনা শকখং মায়খর্ংবিদুনা সঙ্গীত নাটক অকাডেমী এৱার্দ পিবিদুনা সন মান ফংলবী হৌজীক হৌজীক্লা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুরি ডান্স একাডেমীদা প্রধান গুরু ওইর্বিদুনা অকাডেমীসিগী থৌ পুর্বিরিবী শ্রীমতি ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌরানীশাবী দেবীনা ইবা "রাস মখল্ অমসুং নুংগী মশক" হায়না মিংথোন্ব লাইরিক্ অসি পাদুনা য়েংলুবদা য়াম্না ফজখরে। লাইরিক অসিনা নৌনা হৌরক্লিবা ছাত্র ছাত্রিশিং অমসুং কলা প্রেমীশিংগী মতেং য়াম্না ওইরগনি হায়না নিংজৈ।

মতুংদসু অসিগুম্লবা জগোয় ঈশৈগী ওইবা লাইরিক কয়া পুথোরকপা ঙম্বা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা পার্থনা তৌজরি।

শ্রীথিংবাইজম বাবু সিংহ
উরিপোক নাওরেমথোং
তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল।

তাং ২৫।৬।২০০৬ ইং

# জগোই অমসুং জগোই রাস

জগোই করিনো ? জগোই কদাইদগী হৌরকই ? জগোই মখল কয়া শুবগে ? অসিনচিংবা। জগোইগী হৌরক্‌ফম নত্রগা জগোই হায়বসি নুপা-নুপী অনিদগী ওইরকই। লাই অমসুং মীনা মসিগী হৌরকফম্নী।

মণিপুরগী শক্লাইরবী জগোইগী গুরু শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌবানিশাবী পদ্মশ্রীনা পুখোকপিরক্লিবা রাস মখল অমসুং নুংগী মশক কৌবা লাইবিকাস পাজরে। লাইরিকসি মণিপুরী জগোই রাসকি মরিদা শীংথাবা য়ারবা খুদোলনি হায়ানংই। লাইরিকসিগা মরি লৈননা জগোইগী মতাংদা ব্রাহৈ খরদং পঞ্জনিংই।

জগোই, মীওইবনা মালেমদা খোঙদারকপদগী লোয়নজরক্লবা মশাগী খুদোন্নী। মীওইবনা মহৌশাগী অৱা-নুংঙাই, মাগী অকোইবদা লৈরিবা মহৌশা খুৎশেম, শা, উচেক অমসুং ঙা-নচিংবগী মতৌদগী অর্মাদি মশাগী পুক্লিং ব্রাখন্দগী পোকচরকপা শাথেক-শানোম অমসুং খুৎথেক-খোঙথাংবু জগোই হায়না খঙনরম্মী। জগোই, মীওইবগী পুন্সিগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা শরুক্নী। মসিদগী ওইরকই পোকপা, শিবা, নুংঙাইবা, অৱাবা, অঙকপা, অকিবা, অশাওবা, অকন-অথৌ, চঙজবা, কথোকপা অমসুং নীংজবা অসিনচিংবগী জগোই মখলসিং। মীওইবনা রাখল লৌশিং চাউখৎলকপা অমসুং মীরোন-মীথাং লান্না শেমগৎনরকপদগী জগোইবু মখল অহুমদগী হেন্না খায়দোক্লগা চৎনরোল অমমমগী মখাদা থম্মরকখি। মতাংসিদগী মসিগী তম্ফম, নৈনফম অমসুং অনৌবা মফোঙদোক কয়াগী মশক লেপ্পবা হোৎনরকখি।

অহানবা জগোই মখলবু য়েলহৌ জগোই/ফোক দান্স কৌনরকখি। অনিশুবা মখলবু য়ান-চৎনরোলগী মখাদা অকক্লবা মওংদ

ফোঙদোকপা জগোই ক্লাসিকেল দান্স। স্কিল পর্ফোমেন্স দান্স হায়রগা খঙনরি। অহুমশুবদা নাৎ অমসুং লাইনীংগা মরি লৈনবা জগোই নত্রগা তেম্পল দান্স । মরিশুবদা মীয়াম নুংঙাইনবা– পেলহন্নবা নত্রগা মশাগী হৈ-শিংবা উখোক্লগা শাবা জগোই, নাইতোম জগোই, বেলেট দান্স অমসুং অপুনবগী জগোই বোল দান্স অসিনচিংবা কয়া কয়া।

জগোইগী লাইরিক অমসুং ইন্সাইক্লোপেদিয়ানচিংবা খরদা থেংনজে, জগোইগী মপূং ফাবা স্কুল লীংলকপসি ১৭শুবা সতাব্দী হৌরকপদনি। মদু ফ্রান্সকি ১৪ শুবা নিংথৌ লৌইজগী মতম খৃ: ১৬৬১ দনি। অঙনবা মতমদগী জগোইবু মীওইবগী মপূং ফারবা কলা অমা ওইনা শকখঙনরকপা লৈবাকশিং থারকপদা লৈরি,-- ভারত, চিনা, জপান, ফিনলেণ্ড, ইটালি, ফ্রান্স, স্কোটলেণ্ড, পোরতুগাল, অমসুং যুগোস্লাভিয়া। য়েলহৌ জগোই মখন্দা য়ুরোপকি লৈবাক খরা, অষ্ট্রেলিয়া, আফ্রিকা, আমেরিকান রেড ইন্দয়ানশিং অমসুং এসিয়ান-আরবিয়ান্শিং।

মণিপুরী জগোই রাসকি মমাঙদ লৈরম্না মৈত্রবাক্কী জগোই মখল কয়ানী। চীংগী অমসুং তমগী। মৈতৈশিংগী মতাংদা থিজিনবিরম্বশিংনা পুখোক্লরম্বদগী খঙজবদি 'পোংথৌরোন, অনোইরোল অমসুং পান্থোইবী খোংকুল' নচিংবদা জগোইগী হৌরকফম পীরি। তাইবঙ হকচাংনা লেঙ-হাইরকপা, খুৎথেক-খোঙথাং অমদি শানোম-বু নোইবা/চকোই কৌই হায়। চকোই/জগোইগী হৌরকফম গুরু শিদবা অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবীনি ফোঙদোকই। গুরু লৈমরেল অনিদগী লাইপংথৌ অমদি লাই নুরাশিংনা শমথরক্লগা তাইবঙ মীওইবনা তমজদুনা মৈনৱায় তাংনা শম মুৎপা নাইদনা চথরক্লি। মসিবু অনোইরোলদা মখল কয়া থোক্লা শীংথারি। মরুওইবা খরদি ১। পাউশা জগোই, ২। খেনচো, ৩। ঔগ্রি, ৪। চোইরিক থেঙ্গৌ, ৫। লীরু শাবা অমসুং ৬। লাইরু শাবা অসিনচিংবনি।

ভারতকি জগোইশু লাইদগী হৌই হায়না জগোইগা মরি লৈনবা লাইরিক অয়াম্বদা ফোঙদোকই। লাইরিকশিংদ খেন্নবা মোৎ লৈজরবসু

শিবগী তান্দপ-তগী অমসুং পারবতিগী লাস্য জগোইদগী হৌরকখি হায়বা অমা। রাধা কৃষ্ণনা সখিশিংগা লোয়ননা শান্নখিবা গোলোক অমসুং বৃন্দাবনগী জগোইদগী লাই, গন্ধর্ব, অপসরা অমসুং মীওইবনা তাংজরগা চত্থরকখি হায়বা অমা অমসুং ব্রহ্মা, বিষ্ণু লোয়ননা অতৈ লাইশিংদগী চত্থরকখি হায়বা অসিনচিংবা মোৎ কয়া লৈ।

মণিপুরগী জগোই রাস, হিন্দু বৈষ্ণব লাইনীং অমসুং মৈতৈ নাৎ জগোই অনিনা পুল্লগা থোক্লকপা খুদোন্নী। লমদমসিগী লৈহাওদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী কল্পবৃক্ষ উপান থারগা অকোইবগী ঈশিং-নুংশিৎক ইরোইননা শাৎলকপা মালেমদা অমত্তা ঙাইরবা, ভক্তি লৈরাং লৈশক্লী। মণিপুরগী জগোই রাস মখল ৩, হায়বদি ১। মহারাস, ২। কুঞ্জ রাস অমসুং ৩। বসন্তরাসনচিংবদা লৌখৎলিবা 'ভঙ্গী পরেং অচৌবা, বৃন্দাবন পরেং অমসুং খোরম্বা পরেং' হায়বসিনা ময়েক শেংনা তাকই।

ভঙ্গী পরেং অচৌবদি শ্রীমুর্ত্তি শাগৎপনি হায়। মসিগী অথুপ্পা ক্লাসিক ওইবা নুংগী ভাব লৈ। বৃন্দাবন পরেং হায়বসিদনা বৃন্দাবনগী নীংথিজবা শীংথাজবগা লোয়ননা ইবুংঙো ইবেম্মনা বৃন্দাবন্দা রাস লীলা শান্নবিরবদগী ব্রজ গোপীশিংগী নীংজবা আশা মতোল লোম্লকপা রস ফোঙদোকই। খোরম্বা পরেংনা অদুগুম্বা রাধা কৃষ্ণগী রাস লীলাগী চাংদম্মিংঙাই লৈত্রবা, অত্মা অমসুং পরমাত্মা অনিগী অমত্তা ওইবা মতৌবু শখিশিংনা মতম চুপ্পগী দর্শন ফংজনবা আত্মা নিবেদন প্রার্থনা কৎচবনি। মতাংসিদা রাস মখলশিং অসিগী খেন্নবা রসতা যুম্ফম ওইবা জগোই কয়া য়াওরি। পুম্নমক পঞ্জবা ওইথোক্তে।

মণিপুরী জগোই রাসকি যুম্ফমদি শ্রীমদ্ভাগবতকি ১০ শুবা স্কন্ধগী মনুংদা লৈবা অধ্যায় মঙা (রাস পঞ্চধ্যায়) হায়বসিনি। জগোই রাসকি অশম্বা রসদি ভক্তনা গুরুগী মতেংদগী সিদ্ধ দেহ (হকচাং) বু গুরুরূপা সখি-মঞ্জরীগী মশক ওইরগা জগতকি মপূ শ্রীভগবান কৃষ্ণদা চঙজবনি। রাগ মার্গ ভক্তিগী থুপ্পবা আধ্যাত্মিক তত্ত্বদা অয়ৌবী থাক ফাওবা চঙশিঞ্জনবগী

পাঙথোকপা লীলা কীর্ত্তনগী থৌরম অমনি জগোই রাস। ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা মানা নীংজরিবা ঈশ্বরবু মশাগী থম্মোয়নুংদা শাগৎচরগা মশাবুনা গুরুগী লমজিং লমতাক মখাদা সিদ্ধ মঞ্জরীগী মশক লৌজরগা ভগবানগী নাক য়ৌনা চঙশিঞ্জনবগী লম্বীনি। মসিদগী ওইরকই রাসকি গোপী। রাস লীলা রহস্য অমসুং শ্রীকৃষ্ণ লীলাগী অথুপ্পা মশক খঙজনবগী মীৎন উজবা য়াবা জগোইনা ফোঙদোকপা ভক্তিগী সাধনানী। মণিপুরী গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়না অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক্কী অয়ৌবা ভাব-রস ফোঙদোকপদা শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং বৈষ্ণব শাস্ত্রশিংগী সিদ্ধান্তদা শাগৎলকখিবনি লৌনৈ। মহারাস, কুঞ্জরাস অমসুং বসন্তরাস কৎখিবগী মতাংদা অহান অকোন্দা হায়নবা কয়া লৈ। মতাংসিদা পঞ্জনীংই শ্রীগোবিন্দজীউ অভিষেক। জীবন্যাস লোইরগা মাইবম চক্রপানিগী কুম শক ১৭০১ (খৃ: ১৭৭৯ হিয়াঙ্গৈ ১১নি ইরাই নুমিত্তগী পূর্ণিমা ফাওবা নুমীৎ মণ্ডান কাঞ্চিপুর রাসমণ্ডলদা কৎখিবা জগোই রাস অদু কুঞ্জরাসনি। চহী খরা লৈরগা ঙাফুকপা পূর্ণিমাদা মহারাস কৎখি হায়না তাকপিরম্মী। মেরা ঙায়ুংবদনা কুঞ্জরাস কৎনরকখি। বসন্ত রাসতি রাজর্ষিগী মচা ইবুংঙো মৈদিংঙু চৌরজিৎ (১৮০৩-১৮১৩) গী সনা হাক্তক 'থাংকা হেরাগী কুম শক ১৭২৮ চন্দ্রাব্দ ১০১৮ (খৃ: ১৮০৬) কালেন ১১ নি লৈবাকপোকপদা পুলিনবন্দা শ্রীগোবিন্দজি য়াওনা শঙ্গাদুনা বসন্ত রাস তৌএ' হায়না বসন্ত রাস অহানবা কৎখিবগী মতাং চৈথারোল কুম্বাবগী লা: ১৯০ দা ইরি। অসিগী তুংদা শ্রীচুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা নিত্যরাস অমসুং দিবারাস হাপকৎলকখি। অসুম্না মণিপুরদা রাস মখল মঙা চৎনরকখি।

জগোই রাসদি মাঙবা-তাকপা পোকপা শিবা নাইবা তাইবং মীওইবনা মাঙবা নাইদ্রবা তাইবঙগী ঙাংমদা লৈবা লাইরমলেনবু মশক খঙজনবগী খুদম্নী। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংগী রাস লীলাদা মীওইবগী অমকপা ভাব শুকলৈ লৈতে, পুশিল্লুবা য়াদে।

ইচেবেম্মা শ্রীমতী থৌরানীশাবী, মণিপুরী জগোই অমসুং নট সংকীর্ত্তন ঈশৈগী লমদা মণিপুরদতা নত্তনা ভারত শিক্সুংনা শকখঙনরবী

অমনি। মহাক্লা জে: এন: মণিপুর ডান্স অকাদেমীদা জগোইগী গুরু অমা ওইবীরকপদগী জগোইগী মরিদা হৌরক্লিবা মীরোননা তঙাইফদনা খঙদবা য়াদ্রবা মণিপুরী জগোই (মরু ওইনা রাস) কী মতাংদা লাইরিক অনি পুথোকপিরে। "দিবা রাস" (সেপ্টেম্বর ১৯৯৩) অমসুং "রাস-মখল অমসুং নুংগী মশক"। হন্দক্কী লাইরিকসিদা জগোই রাসকী রহস্য ফজনা নৈনবতা নত্তনা রাস মখল মঙা ১। কুঞ্জরাস, ২। মহারাস, ৩। বসন্তরাস, ৪। নিত্যরাস অমসুং ৫। দিবা রাস কি খেন্নবা মশক তাক্লি। লোয়নননা রাস লীলাগী মরুওইবী শ্রীরাধা পুথোকপা, কত্যায়নি পুজা, গোপী ভোজন, রাস মন্দল শেম্বা, সংকীর্ত্তনগা জগোই রাসকা নৈনরিবা মরি অমসুং জগোই রাস মখলশিংগী ফিজেৎ লৈতেংগী মচা খায়বা মরিক চুম্বা ৱারোলনাচিংবা কয়া লৌখৎলি। লাইরিক অসি তুংগী মীরোলগীদমক কান্নরবা খুদোল ওইহৌরগনি।

হিরমসিদা পুন্সি কথোকপিরক্লবী, গুরু কয়াগী মফমদগী রাসকী জগোই তমজরক্লবী, জগোই রাসকী নিয়ম অমসুং শৈশক মখল শুনা হৈজহৌরবী শ্রীমতী থৌরানীশাবী পদ্মশ্রীনা মশামক জগোইগী গুরু অমা ওইনা থেংনবিরক্লবা ৱাখল লৌশিং পুম্নমক শীজিন্নবিরগা জগোই রাসকী রস চুপচরিবশিংদ মচং ওইরবা "রাস মখল অমসুং নুংগী মশক" খুদোল তম্বীরকপসি তরাম্না ওকচরি।

অরোইবদা জগোই অমসুং রাসলীলাগী মরিদা করিসু খঙজদ্রিবা ঐহাকপু ৱাহৈ অম-নিদং ফোঙদোকচনবা খুদোংচাবা পীনবিরকপগীদমক ইচেবেম্মগী মফমদা থাগৎপা ফোংদোকচরি। লোয়নননা লাইরিকসিবু পাবিরিবশিংদা অয়োন অরান ঙাকপিনবা নীজরী।

জুন ২৪, ইং ২০০৬ **শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা**

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী গৌরিয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী নাৎ অমসুং ধর্ম্মগা মরী লৈনবা থোইদোক্লা ভক্তিগা শাগোন্নবা শ্রীশ্রীগৌবিন্দগী অমসুং লৈবাক্কী ওইবা লীলা কীর্ত্তন মখল "জগোই রাস" কী মতাংদা লাইরিক ওইনা ইথোকপা হায়বসি ইতিক নত্তনা ইওম্ তানবনি। ঐনা য়াম্না খঙজ হৈজদুনা ইজবা নচ্চদে। ঐনা জরাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স অকাদেমীদা জগোইগী ওঝা ওইনা থৌ পুজরুবনা নৌনা হিরমসিদা তমখৎচরক্লিবা ছাত্র ছাত্রিশিংনা থেংনরিবা মরি লৈনবা লাইরিক ৱাৎপগী অৱাবা কয়াদু উজরুবদগী খরদংদা ওইরবসু মেনখৎচবা ঙমগদ্রা খন্দুনা ইজবনি। অমনা মণিপুরদা কৎনরিবা পাঙথোক্লরিবা লীলা কীর্ত্তন মখলশিং অসিদা গুরু পরম্পরা কায়রকপগী মশক অমসু উরক্কী। মসিমক্তি গুরুশিংনা শেম্বীরম্লিবা পরিং পথাপ নাইবা চৎনরোল কয়া চিঙ্খাং য়ৈনা মথং মথং শমথরকপা অমসুং অইবা লাইরিক ওইনা ফোংদোক্তবনা ওইগদ্রা হায়ন খঞ্জরুবদগীনি। খঞ্জবগী ৱাদনি মসিনা মচুম্মে হায়বদি নত্তে। ৱাখলসিদগী নৌনা তমখৎলক্লিবা মহৈরোইশিং অমসুং তুংগী মীরোলদা খরদং মতেং ওইগদ্রা, খঞ্জদুনা ঐনা অখঙ-অহৈ ওঝা গুরু কয়াদগী তমজহৌবা খঙজহৌবা কয়া অদু লেংশিঞ্জরুবতনি "রাস—মখল অমসুং নুংগী মশক"। মসিমক ওঝা গুরুশিংগী থৌজালদগীনি। ঐবু লমসিদা ইখোং-ইখুৎ পাইদুনা তাকপী তম্বীরকখিবা অমসুং লমজিং লমতাকপীরকখিবা ওঝা গুরুশিংগী লমন ননাইনা তোনশিঞ্জরে।

লাইরিক অসিগী মপুং ফাবা মশক অসি ওইহনবদা মতেং পাংবিরকখিবা ওঝা থিংবাইজম বাবু সিংহ (রিটায়র্ড প্রধান গুরু, জে: এন: এম: দি: এ:), শ্রীফুরাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা শাস্ত্রী অমসুং

ৱাহৈদোকসু ইবিরিবা শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা (স্কোলার) লোয়নননা মণিপুরী জগোই রাসকী ফিজেৎ-লৈতেংগী শরুক্তা অচৌবা মতেং পীবিখিবা শ্রীরাজকুমার স্নাজাওবা সিংহ অমসুং কোষ্ট্যুম সেন্টর লোক্লাওবুংগী প্রোপ্রাইটর শ্রীলাইশ্রম সরত সিংহ ওঝাশিংগী লমন তোনশিঞ্জরে পুম্নমকপু থাগৎচরি। লাইরিকসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং ইবিয়ু হায়জবদা হরাউনা য়াবিরকখিবা শ্রীএলঃ উপেন্দ্রো শর্ম্মা (এক্টিং ডাইরেক্টর, জে: এন: এম: দি: এ:) অমসুং শ্রীএল: দামোদর সিংহ (ভাইস চিয়রমেন, জে: এন: এম: দি: এ:) অনিবু থাগৎচরি।

ইচা ইবুংঙো শ্রীঙাইথেম রঞ্জিত সিংহ (গুরু, জে: এন: এম: দি: এ:) না কলম পাইদুনা ইবিরমদ্রগদি লাইরিক ওইনা পুথোকপদা ৱানা থোক্লমগনি। লাইরিকসিনা হিংলিমখৈ ইচাবু তেক্ত কাইদবা পীবীবা ওইসনু। মীয়াম মমাংদা লাইরিক ওইনা পুথোকপীরিবা ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স লোক্লাওবুংগী প্রোপ্রাইটর অমসুং ষ্টাফশিং লোয়নননা বনান অমসুং ৱারেংগী অশোই অরান চুমথোকপিখিবা (প্রুফ লৌবিখিবা) শ্রীসামুরাইলাৎপম সিঙহজিৎ শর্ম্মগী লমন তোনশিঞ্জরে।

অরোইবদা লাইরিকসিনা হৌগৎলক্লিবা জগোই রাসকী মহৈরোইশিং অমসুং রাসবু নুংশিবীবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী মফমদা খরদং মতেং ওইজবা ফংলবদি জগোই রাসকী ওঝা গুরুশিং অমসুং অখণ্ড-অহৈশিংগী মপান নাইদ্রবা দাননি লৌজনিংই। রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরন্দা ননাই তোল্লবীনা হন্না হন্না খুরুমজবগা লোয়নননা লাইরিকসিগা মরি লৈননা ৱাবিখিবা খ্বাই পুম্নমকপু অমুক্তা হন্না থাগৎচরি।

অইবী

# হিরম


| | | |
|---|---|---|
| ১। | রাস লীলাগী ৱাহৌদোক | ১ |
| ২। | রাস লীলাগী রহস্য | ৬ |
| ৩। | গোলোক্কী রাস মন্দলদা রাধা পুথোকপা | ২০ |
| ৪। | শ্রীশ্রী রাস পঞ্চধ্যায় | ২২ |
| ৫। | শ্রীশ্রীমদ্ভাগবত রাস লীলা (দশম স্কন্ধগী ২৯ শুবা অধ্যায়, শ্রীশ্রীরাস পঞ্চধ্যায় অহানবা) | ২৩ |
| ৬। | মহারাস লীলাদা শ্রীকৃষ্ণ | ৫৭ |
| ৭। | কত্যায়নি পূজা | ৬১ |
| ৮। | ব্রহ্মাগী অহিং | ৬৬ |
| ৯। | গোপী ভোজন | ৬৮ |
| ১০। | মণিপুরদা রাস লীলা | ৭০ |
| ১১। | মণিপুরি রাস লীলাদা সঙ্কীর্ত্তন নিপা পালা | ৭৩ |
| ১২। | রাস মন্দলিগী মশক তাকপা | ৭৮ |
| ১৩। | নিত্য রাস | ৮২ |
| ১৪। | বসন্ত রাস | ৮৫ |
| ১৫। | কুঞ্জ রাস | ৮৯ |
| ১৬। | দিবা রাস | ৯০ |
| ১৭। | শ্রীশ্রীগোবীন্দগী অমদি খুল্লক্তা কৎনরিবা মহারাস লীলাগী খেন্নবা মশক | ৯১ |
| ১৮। | রাস লীলাদা পোৎলোয় শেৎপগী মথং মনাও অমসুং শেৎলিবা পোৎকী মমিং | ৯৬ |
| ১৯। | নায়িকা মখল | ১১০ |
| ২০। | অষ্টসখি | ১২২ |
| ২১। | রাস লীলাদা গ্যহগমনগী ভাব রস | ১২৬ |

# “রাস লীলাগী ৱাহৌদোক”

রাস লীলা ভগবানগী নিত্যলীলানি। মতম পূন্নমক্তা ভগবান্না মথন্তনা মথন্তদা পেনজবগী অথোইবা মতৌনা তিনবা অমাং অতা লৈত্রবা খ্বাইদগী থোইবা ভাবরাজ্যগী লীলানি। ভক্ত-ভগবান অনিনা অমনা অমবু ফংবদা নুংঙাইজবা পেন্নবগী খক ময়েং তাবা লৈতবা অদুগুম্বা মতৌনা তিনবা রসনি। অসিগুম্বা নিত্যরাস অসিবু ঋতুগী য়াওন মতুং ইন্না বৈষ্ণবশিংগী শরনিদা তোঙান তোঙান্বা মশক অমমম্ ওইনা মখল কয়া থোক্লা রস “আস্বাদন” তৌনৈ॥

নুঙ-তনা মহাউ তংগদবা অথোইবা রস তত্ত্ববু পানগী মিৎনা উবা য়ানা লীলাগী শক্তম ওন্থোক্কুনা ভক্তগী শরনিবু নুঙ-পান অনিমক্লা মহাউ তংহন্নবগী মশক ওইনা ফোংদোকপা লীলাবু “রাস” কৌই। তাইবং মীরমচৎকী মতৌ ওইবা নুংঙাইবা ঈরাং পুন্নমক অসিনা পানগীনি চৎন লোনচৎ অমদি পুন্সি খোঙচৎকা মরি লৈনৈ অমসুং মদুনা পীরকপা অপেনবা নুংঙাইবসু মাংবা তাকপা নাইবা মিৎকুপ খুদিং মশক হোংবা অদুগুম্বা মখলগীনি। মাংবা তাকপা নাইবা পোৎনা মাংবা তাকপা নাইবা পোৎকী মহাউ তংবা ঙাক্তগী মশক ওইবনা মসিনা মরী তত্তবা মহাউ অদুবু খক ফংহনবা ঙমদে। পৃথিবী মশামক নোংমা নত্রগা নোংমদি মাংখিগনি। মাগীসু পুন্সি ঙমখৈনুংদা কোইদুনা লৈদুনা মশাগী পোলোয় ঙাইরি। মঙোন্দগী থোকপা পোৎনা হায়বদি মাগী মথানুংদা কোল্লিবা লূ- তোঙনা

শাবা থরায় পানবা খুদিংমক্কীসু তেনখ্রবা মতমনা মপুন্সি শাই। অদুনা পোকপা শিবা নাইরিবা থৱাই পানবা পুন্নমকসু অরেপ্পা নত্তে। অসিগুম্বা পোৎনা কৈদৌঙৈদসু মরী তৎপা লৈতবা অদুগুম্বা রস অদুগী অশেংবা মহাও খক ফংদে। খষ্টহৈবা মী মুনি ঋষিনচিংবনা পুন্সি কয়া চংনা থিরকপদা মমৈদা মসিগী অশেংবা তত্ত্ব অদুগী মশক খঙবা ঙম্মরকখি। মদুদি অশেংবা মরী তত্তবা নুংঙাইবা র-স-কি নুঙতদ লৈ। ভাবকী কুয়োমনুংদা মচু লংনা তাইবং মিৎয়েং ঋাংমদা থুপ্পা ঙান্দুনা লৈ। অদুনা পানগী অমদি নুঙগী ওইনা নুংঙাইবা মখল অনি থোকই। পানগী নুংঙাইবা অসি নত্তবা নুঙগী নুংঙাইবা অমসু লৈরি হায়বসি কোয়না লাউনরকখি। অদুনা পানগী ওইনা উরিবা তাইবংগী মতৌগা চপ মান্নবা ওইবা নুঙগী তাইবং অমসু নুঙদা থুপ্পা উঙমদনা পাক্লা শন্না লৈ হায়বসি মীপুম তিংনা খঙনরকখি অমসুং লেংদবা নুংঙাইবগী ঈফুৎ অদুদি মসিতদ লৈরে হায়বদু তশেংনা উনবা ঙম্মকখি। লোয়ননা খঙনরকখি অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদি তাইবং মপু মতাক অদুতনা ওইরিবনি অতৈ করি অমত্তসু নত্তে। ইবুংঙো মহাক্তি মিৎনা খক উদে শকলোৎপা মপুনি নুংগী মিৎয়েংতনা উবনি মাগী লৈফমদি ভাবকি রাজ্যদনি অদুনা বৈষ্ণবশিংনা মখোয়গী মবুংঙোগী লৈফমদি ভাবরাজ্য - বৃন্দাবননি অসুন্না লেপ্পী।

অসুন্না নুংতনা মহাউ তংবা অথোইবা রস তত্ত্ববু পানগী মিৎনা উবা য়ানা লীলাগী শক্তম ওহ্নোক্তুনা ভক্তগী শরনিবু মনুং মপান অনিমক তুনা মহাউ তংহন্নবগী মশক ওইনা ফোংদোরকপা মতৌবু “রাস” হায়না খঙনৈ।

অসিগুম্বা ভাবরাজ্য - বৃন্দাবনগী ওইবা অশেংবা নুংঙাইবা মতৌ অসিবু পুক্লিং হকচাং অনিমক্লা চপ মান্ননা পেনমিন্নবা তানবা হোৎনবদা

পানগী ওইবা ইনাৎ ইশিন অমদি ঐ-ঐগী হৈনজবী মতৌনা শাগৎচবা নত্তনদি অতৈ পোৎচঙ অমা লৈতবনা মীরমচৎকী মতৌতনা অসিগুম্বা নুংগী ওইবা নুংঙাইবা রস চবুন অসিবু ফংনবা তানবগী অথোইবা পোৎচংনি। লৈবাকমচা তাবা তরু তরুবা অমকপা চেন্দ্রবা তাইবং শুমহৎনবা ওইবা মী মীগী লোনচৎ শাজৎনা অথোইবা সেবা পোৎচঙ ওইনা মদুবু রস পুম্নমক্কী হৌফম ওইবা অশেংবা রসকী শক্তম্মক্ ওইবা বস রাজদা কৎতুনা ইশাগী পেঞ্জনবা তৌবনা অশেংবা গোপী ভাবকী মতৌনি। গোপী নত্রগা ভগবৎ-ভক্ত অমগী পনথুংফম অমত্তনি হায়বদি গোপীসু ভক্তনি, ভক্তসু গোপীনি। অদুনা ব্রজগোপীগী মশিংদি শিংথাবা ঙমদবা মশিংগীনি। মানা মানা পামজবা অমমম্ ফংজনবা তানবদা, মদুতগী ৱাখন্দা লুপশিন্দুনা পোৎশক অদুতবু মাগী অথোইবা লাইনিং-লাইশোন ওইদুনা মদুতগী ৱাখন্দা অঙাওবগুম পুমথা থাদোকপা অদুগুম্বা মীশক অদু অপান্না অদুগী মনাইনি ভক্তনি গোপীনি।

রস-বু নুংগী অমসুং পানগী ওইনা অনি থোকপগুম লৌনৈ। পানগী নুংঙাইবনা পল্লেপফম খঙদে, লোইবা নাইদে অদুগা নুংগীদি অরেপ্পা পঙ্থুং লৈ। হায়বদি মাগীদি অমুক মখা অমা লামনিংলুবা মতৌ লৈতে, অরোইবা ঙমখৈগীনি। ভক্তনা ভগবান ফংজবা, গোপীনা রাসতা ভগবানগা নুংঙাইমিন্নবা; অসিমক ভাব অমত্তগী ওইবনা মখা অমা লৈতে মসিনা অরোইবা থাক্কী পঙ্থুংনি। ভাব অসিনা বৈষ্ণব শরনিগী অরোইবা লাইনিংনি, লম্বীনি, অথোইবা অচুম্বা লমজিংনি, পাম্বৈনি।

অসুম্না রাস লীলাগী মরিক চুম্বা অশেংবা ভাব রস অদু শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরান্না শ্রীরাস পঞ্চধ্যায়দা ময়েক শেংনা উৎলি। মহারাসতা শ্রীকৃষ্ণ

অন্তর্ধান য়াওই, বসন্তদনা অবির খেল, মান য়াওই। পুক্লিংগী নাপল মাঙহনবা ঙমদ্রিবমখেদি শ্রীভগবানবু ফংবা ওইথোক্তে হায়বসি মহারাসকী অন্তর্ধাননা উৎলি। ভগবান্দা চঙজবা হৌরক্লবা ভক্তবু ভগবাননা খক লৎনবীদে, অহোয়নদুম অকনবা লীচিংনা ইবুংঙো মাগী মায়কৈদা চিংশিনবিদুনা লৈ। অসিগুম্বা উন উনমক মাংদগী অদুম্মক মাঙখিবগী মতৌ অসিমক মনাই ভক্তগী মশাদগী নাপল অদুতবু চিংথোকপীনবা ভক্তগী লম্বীদা অপল অহুই অমত্তনা খুরৌ চেন্দনবা হোৎনবিবগী নুংশিগ্রবা থৌশিনগী মতৌনি, ইবুংঙো মাগী থৌজান্দি অঙকপনি মনাইগীদমক ব্রাইচিঞ্জবা মপুনি।

মওঙ অসিগুম্না বসন্তগী মান-লীলা মমিৎ য়াম্বা নিপাগুম্না ভগবানসু মথন্তগীনি খঞ্জবী গোপীনা কল্লক খম্নন ব্রাখলনা শাউদুনা নায়ক্কী শক্রোন পুবা হরিবু লৎনদুনা চঙহন্দ্রবদা ভগবাননা মনাই ভক্তগী নীংজবা থুংহন্নবা, মমায় পাকহন্নিংদুনা লাল্লুরবা অচম্বা নায়ক অমগুম খুরুম খাজং মতৌনা হায়জ-নোঞ্জ তৌবা লীলা অসিদা উৎলি। খুদম ওইনা থব্রায় হকচাং পুম্বা মপুরোইবদা পুমকৎ কৎথোকচরবী নুপী নত্রগা লৈজবা পুম্বা কৎথোকচরবা মপু অমগী মনাইবু, নায়ক্লা নায়িকাবু নত্রগা মপুনা মনাই অদুবু কিনা, লুনা, নুংশিনা, থাজনা লোয়নবা অসিগুম্বা মতৌ অসিদি মহৌশাগী ওইবা মীরমলেনগী মতৌনি। মতাং মতাংদা নায়কনা নায়িকাগী, মপুনা মনাইগী মখা পোন্দুনা হেক-হেক নোঞ্জবা মতৌ য়াওরকপসি মীরমলেন অসিদসু অদুম্মক য়াওবা নিপা-নুপী অমদি মপুনা চানবা মনাই খুদিংমক্কী থম্মোইদা ফাওনরিবা ঙাক্তেনি। অদুনা মী মহাক অদুগী মশাগী "ঐ" হায়বা নাপল, ব্রাখল অসি ফাওবা কাওথোক্তুনা পুম্নমক ভগবান্দা মপুং ফানা কৎথোক্লরবী গোপী নত্রগা ভক্ত অমনা মপুগী কাদা ওইনজবা শাউজবা অসিগুম্বা মতৌ

তুক য়াওরকপা পুম্নমক মশাগী লৈজবা অশেংবা প্রেম অদুতগী পাঙ্গলতনা ঙম্বনি অদুমক্তদা মাগী নুংগী নুং অদুনদি মাগী অশাউবা মতৌ অদু শ্রীভগবৎ প্রীতিগীদমকনি, সেবাগী অথোইবা পোৎচংনি খনজৈ। শ্রীভগবান্নসু মনাই ভক্তংগী মখা পোনবা য়াবীদুনা মনাই অদুগী মতিক মগুনতবু হেনগৎহনবীনবা মতম পুম্নমক্কী ওইনা শেম শাদুনা লৈবী। অসুম্না ভক্তগী মখা পোনবীবা ভগবাননি। হায়নবা লৈ "ভক্তিগী মমাঙদা মুক্তিনা খক খাঙবা ঙমদে"। বসন্তগী রাধা মান অসিনা ভাব অসিবু ময়েক লা-না উৎলি। অসিগুম্বা সেবা মখল অসিদি শ্রীরাধামক নত্তবী অচম্বী কনা নুপী অমনদি খক ঙমলুগদবা নত্তে।

*******

# "রাস লীলাগী রহস্য"

শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাগী অথুপ্পা ৱারোল অসি ভোগী পুরুষ (সংসারদা লৈবা মীনা) খংবা ঙমদে। মরমদি ভগবানগী রাস লীলা অসি অলৌকিককনি লৌকিক পদ্ধতি নত্তে। শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্লবা মধুর্ময় প্রেম লীলাগী ভজন অসিদি ফংবদা য়াম্না ৱাবা ফংঙমদবা বস্তুনি। ভগবানগী পরম প্রেয়সি অহ্লাদিনি শক্তি শ্রীরাধাগী কৃপা দৃষ্টিদনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা অসিগী রস অস্বাদন তৌবা ঙম্মি। ভাবুক শ্রোতাশিংগী মাংদা বীষয় অসিগী হিরমদা চিংলেম্লবা যুক্তি যুক্ত বীচার খর থমজগে, অসিবু অমুক্তং খন্থবীয়ু।

ভগবানগী লীলাদা "সিসৃক্ষা" শেমগৎ শাগৎপগী ইচছা অসিসু অমনি। অনিশুবনা "যুযুৎসা" যুদ্ধগী ইচছা, মতৌ অসুম্না অহুমশুবা লীলানা "রিরংসা" অর্থাৎ রমনগী ইচছা অহুম অসিনি। 'একোহহং বহুঃ স্যাম" গী "সিসৃক্ষা" দা ভগবানগী ইচছা শক্তি মায়ানা মপান-নাইদ্রবা জগৎ অসি পোকখি মদু ঐখোয়না হৌজিক উরিবা সিনি। "যুযুৎসা" অসিগী আধারদা ভগবান্না হান্না দ্বারপাল ওইরম্লা জয় বিজয়গা লোয়ননা মপোক অহুমলক্লা য়েক্লবা ওইনা লান থেংনখি অদুগা "রিরংশা" অসিদনা মসাগী প্রধান শক্তিবু শাপ পীহল্লগা রাস লীলা অসিমক শান্নখি।

শাস্ত্রদা ভগবানগী রাস লীলা শান্নফম অসি গোলোক্তগী হেন্না অতোপ্পা মফম অমা লৈতে হায়না তাক্লি। অদুবু শ্রীবৃন্দাবনগী যমুনা মপান্দা শান্নরিবসি

করিগীনো ? হায়না ব্রাহং অসি হংনরি। অসিগী পাউখুমদা অসুন্না খুন্নরি ঃ— গোলোক কৌবদি শ্রীবৃন্দাবন, গীরিরাজ গোবৰ্দ্ধন অমসুং যমুনা তির্থ অহুম অসি শোক্লনা লৈবা মফম অদুবু গোলোক কৌই হায়না তাক্লি। হায়রিবা অহুম অসিমক হান্না পৃথিবীদা লৈরমদে। গোলোক্তগী পৃথিবীদা কুমলকখিবনি অসিগী প্রমান "গর্গসংহিতা" দা নিংথিনা ইরি। নোংমা ব্ৰহ্মানচিংবা লাইশিংনা পৃথিবীগী ভার কোকপীনবা হায়জরুই। "ভূবোভারবতারায়গচছন দেব জনার্দ্দন" (ভুবো = পৃথিবীগী, ভাব = অৱাবা, অবতারায়া = কোৰ্কপিনবা, গচছন = লেংথবিয়ু, দেব জনাৰ্দ্দন।)। লাইশিংগী অসি গুম্বা প্ৰাৰ্থনা অসি তারগা ভগবাননা য়াবীরে। য়াবীরগা লাইয়াম্বু বীদায় পীপ্রগা শ্রীরাধাদা হায়খি। "রাধে ঐদি পৃথিবীগী অৱাবা কোৰ্কপিরুনবগীদমক পৃথিবীদা অবতার তৌবা তারে, নংদি মফম অসিদা লৈহৌ" তাকপিখি। মদু তারগা ইবেম্মা রাধানা খুমখি, "প্রভো ননাইদি ইবুঙোগী শ্রীমূৰ্ত্তি উজরগত নুংঙাইজে" প্রাননাথকী শ্রীমূৰ্ত্তিবু দর্শন ফংদ্রবদি গোলোক্তা লৈহৌবগী অপেনবা লৈতে। শ্রীরাধাগী বচন তারগা ভগবাননা তাকপিখি - "অদু ওইরবদি "ত্বমপি গচছ তলে" নংসু ঐগা লোয়ননা পৃথিবীদা কুমলসি"। মবুঙোগী য়াথং ফংজরগা ইবেম্মনা অমুক হঙ্গচখি। "যত্র বৃনাবনং নাস্তি যত্র নাস্তি যমুনা নদি যত্র গোবৰ্দ্ধনো নাস্তী তত্র মে মনঃ ন সুখম।।" "মফম অদুদা গিরি রাজ গোবৰ্দ্ধন লৈত্রবা, বৃন্দাবন লৈত্রবা অমসুং যমুনা তির্থ অসিনসু লৈত্রবদি মফম অদুদা ননাই ঐদি চৎচরোই" হায়জখি। রাধা কৃষ্ণ অনি লেঙথরক্ত্রিঙৈগী মমাংদা হান্না গোবৰ্দ্ধন, বৃন্দাবন, যমুনা অহুম অসি গোলোক্তগী পৃথিবীদা থারকপ্রবনি। মরম অসিনা অহুম পুনবা মফম অসিবু গোলোক কৌই হায়না শাস্ত্রদা প্রমান লৈ। অসিননি মফমসিমক্তদা রাধা কৃষ্ণ ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্কী রাস ক্রিড়া স্থলী ওইরিবসি।।

রাস ক্রিড়াগী মরু ওইবা উদেশ্যাদি করিনো ? ব্রাহং অসি ঙসিগী সমাজ অসিদা তোইনা হংনরিবা ব্রাফমনি। রাসকী মরু ওইবা উদেশ্যাদি কামগী গর্ব মাংহনবা অসিনি। ব্রাফম অসি অচুম্বনি মদুদি ভগবাননা জীবশিংগী কল্যানগীদমক থৌজানবীদুনা কনাগুম্বা অমবু নাপল পোকহন্দে। ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংবু জয় তৌরগা কামদেবনা মতম অমদা য়াম্না মথোই কাখিরম্মী। মহাক্কা মায়োক্লনবা থৌনা কনামতদা লৈরমদে। নোংমা লাইগী নোংদমদগী দেবর্ষি নারদগা থেংনখি। কামনা নারদবু খুরুম্লগা হায়রকই, "দেবর্ষি ! নংনা ঐগী ইগুন খংলব্রা ? ঐনা মরোল অহুম্মক্তা বীজয় ফংলে। জগৎ অসিদা ঐগী লাম্বা কাম যুদ্ধদা কনামতা লৈত্রে। ঐগী শান্তিগীদমক উপায় অমতং নংনা তাকউ। অদুগা খন্থবীয়ু ঐবু মাইথিবা পিবা ঙম্বা মীশক্তি সম্ভোগ তৌরগসু মশাদা ময়েং তাবা লৈরোইদবনি"। নারদনা হায়খি - "দ্বাপরগী অরোইবা শরুক্তা কংসনচিংবা দৃষ্ট রাজাশিংগী ভারনা পীরিত ওইরবা পৃথিবীগী অরাবা কোকপীনবগীদমক্ ভগবান্না অবতার তৌবিরগনি। নংনা ভগবানগী অবতার অদুমক্কা কাম যুদ্ধ থেংনৌ, মতমদুদা নহাক শোয়দনা মাইথিগনি"।

ভগবানসু কামগী অহংকারগী ব্রাফম অসি খংখি। নোংমা ভগবাননা লীলাগীদমক গোলোক্তা বিরজা গোপীগী মনাক্তা লেংখি। রাসেশ্বরি শ্রীরাধানা পাউ অসি হেক ফংবদা মানগী সঞ্চার তৌখি। ভগবাননা প্রিয়তমা ওইবী ইবেম্মা রাধাবু থেম্লবগীদমক ইবেম্মগী মন্দিরদা লেংখ্রে। অদুগা য়াম্না নুংশিনা ইবেম্মগী থোংলবা শ্রীচরন শোক্না থেমজরকই। তাঞ্জা অসিদা ইবেম্মগী অশাওবদি ইংথরকপদা ঙাইরি অদুবু সুদামা গোপনা মরি লৈনদবা ব্রাফম খর হৌদোক্লবদগী ইবেম্মা রাধা অমুক হন্না শাওখ্রে, হৌগৎলগা হায়রকই। "রে সুদামা, নংদি অশুরশিংগুম্না ব্রা ঙাংই, কারিগীনো ? মরম অসিনা নং হিংচাবগী মপোক্তা পোক্লুরো"। অসি তারগা

সুদামা কপলে অমসুং হায়রকই - হে দেবী করিনো তাকপীরিবসিবু ? ভগবান্দগী ঐবু লাপথোকহনবীরে, ইবেম্মদি ভগবানগা কাইনদবনা ননাইবু শাপ অসি পীবীরে। ঐদি চুম্না পরিহাস ওইনা হায়জবদনি। অদুবু ইবেম্মনা শাপ পীবিরবনিনা ইবেম্মসু চহি চামা চুপ্পা ইবুংঙোগা কায়নবীয়ু। অসি হায়রম্লগা সুদামা গোপ গোলোক্তগী চৎখি। ৱাফম অসি তারগা ইবেম্মনা ভগবান্দা কোটি প্রার্থনা কৎখি। মমৈদা ইবুংঙোনা রাধাবু থেমজিল্লগা হায়রকই - প্রিয়ে ঃ চিন্তা তৌগনু ঐখোয় অনিমক ভূলোক্তা চৎলগা দিব্য মধুর্ময়ি লীলা শান্নরুরগদবনি। পৃথিবী ভারন পীড়িত ওইরে। মদু কোকপীরুগদৌরিবনি। কামগী অহংকারসু য়াম্না হেনগৎলে। মহাক্না ময়াই কাবগা লোয়নদা ঐগা কামযুদ্ধ থেংনগনি হায়না ঙাইরি। মহাকপুসু মনিং থুংহনলুগদৌরিবনি। রাস ক্রিড়াগীদমক ব্রজভূমিদা গোলোক্কী বিভুতিশিং হান্না থাগ্রবনি। দেবা দেবীশিংনা মফম অদুদা গোপ-গোপীশিং ওইদুনা অমসুং যনবী যন্নাও ওইদুনা ঐখোয় লাকপগী থৌরাং তৌদুনা ঙাইদুনা লৈরে। বৃন্দাবন "চিন্ময়ধাম" ওইখ্রে। মফম অদুদা হৌজিক প্রকৃতিক ওইবা মীওইবগী মনম লৈত্রে। খুদম ঃ "সম্ভবন্ত সুরস্ত্রিয় ঃ" "মানুষ্যাঃ কথঞ্চন।" মরম অসিনা গোলোক্তা নিত্য রাস লীলা ওইনা শান্নবা রাস লীলা অসিগী মীৎয়েংতাফম পৃথিবীদা ওইরগনি। পৃশ্নি অমসুং সুতপা অনিদা পীখিবা বর অদুমকসু মপুঙ ফাহল্লগা বসুদেব দেবকী ওইনা পোকহনখ্রবনি। দ্রোন কৌবাবুসু অমসুং মাগী নুপী ধরা-বুনা, নন্দ অমসুং যশোদাগী কুপ্তা জন্ম ওইহনখ্রে। নন্দনচিংবা গোপ অমদি মাগী নুপীশিং জাতি, বন্ধু, সুহৃদ অমসুং নংগী অনুমতি পুম্নমক অসি নন্দ অমসুং বসুদেবগী কুলদা পোকখি। চাওরাক্না হন্দক রাস লীলাদা য়াওররিবশিং অসি মীচম অমত্তা নত্তে। অয়াম্বনা দেব-দেবী ঙাক্তনি। অসিগী খুদম ঃ- "সর্বে বৈ দেবতা প্রায়া উভয়োরপি ভারত"।

ভগবান্না তাকপীরি হে প্রানেশ্বরি সুদামা গোপগীদি শাপ নত্তে, মাগী ৱাহৈ অদুনা মরম ওইদুনা সংসারগী কান্নগদবা অচৌবা বরদান মখল অমা ওইগদৌরিবনি। মসিদগী মধুররসময়ী স্রোতাস্বিনি মহারাসকী ঈচেল অমা লেপতনা চেম্থরগদবনি। মদুগী ঈচেল অদুদা চেম্থজরগা সংসারগী লাংদা থুরবা জীব কয়াগী পাপ-তাপ কোকচগদৌরিবনি। ঐসু নংগী মোহন মহাভাব মহোদধিদা লুপলগা নংগী লমন শিংগদৌরিবনি। সুদামাদি গোলোক্কিনি, মহাকসু ক্রীড়া লোইরগা থুনা হল্লক্লগনি। নং অরেম্বদা ৱাগনু।" মতৌ অসুন্না রাশেশ্বরি শ্রীরাধাগী অবতীর্ণ ওইরকখিবা অমসুং রাধা কৃষ্ণ অনিমক্কী নিত্য রাস এবং নিত্য নিকুঞ্জ লীলাগী দর্শন ফংজনবগী ভূমিকাগী মশক্কি অর্থাৎ ৱাহৌদোক মখল অমনি।

শ্রীহরিগী অংশদগী বৃষভানু গোপ অমদি পিতরশিংগী মানসী কন্যা কলাবতী কীর্তিদা গোপীগী শক্তমদ প্রকট তৌখি। মতম চানা অনিমক্কী বীবাহ সংস্কার পাংথোক্লে। ভগবানগী জন্ম ভাদ্রকৃষ্ণ অষ্টমী য়ুমশকৈশ নুমিত্তা অর্দ্ধরাত্রিগী মতমদা অদুগা ইবেম্মা রাধানা ভাদ্রশুক্ল অষ্টমী নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা পোকখি। নারদনা বিচার তৌখি ভগবান অবতীর্ণ ওইখ্রবনিনা ইবেম্মা রাধাসু প্রকট তৌবীরম্লগনি। অসি খল্লগা নারদ, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্কী দর্শনগীদমক ব্রজগী গলি-গলি খুদিংদা বিনা যন্ত্রগা লোয়নননা কোইনা চৎলম্মি। লাইগী নোংদমদগী নারদ বৃষভানুগী মন্দিরগী মখাদা য়ৌরকখি। মফম অদুমক্তদা নারদনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়নননা অনুপম্ ওইবা ইবেম্মা রাধাগী দর্শন তৌরগা ভাবাবেশ ওইদুনা ঙক্তুনা লৈখি।

নোংম নন্দ মহারাজনা কৃষ্ণবু প্রেমবশ নুংশিনা পম্লগা বন অমগী মনুংদা চৎলম্মী। মতম অদুদা খংহৌদনা আঁধিগা লোয়নননা অকনবা নোং

চুরম্মী। অশুাং অদু কন্নিংবগী ব্রাখন্দা নন্দনা "নারায়ন নারায়ন" শোল্লম্মী। মতম অদুদা লংলবা মগুাল অমা ফাওরকখি। মদুদা কিশোর অবস্থাগী থোইদোক্লা ফজরবা নুপিমচা অমা উখি। মদুগী অঙকপা ফজবা অদু উরগা নন্দনা ঙকখি অমসুং গর্গ-গী ব্রাফম অমা নিংশিংলকখি। বালিকা অদু রাধামক্কী খল্লগা ভক্তি কৎখি। হায়জরকখি "দেবী ; লাও ঐনা পমলিবা অসি লৌরো লাও, মসি নংগী প্রিয়তম নি, পুরো অদুগা যশোদারানিদা পীরুরো"। রাধানা কৃষ্ণবু পুরগা শোংলবা বন অমগী মনুংদা চংখ্রে। মফম অদুমক্তদা বৃন্দাবনগী ভুমিদা গোলোক্কী দিব্য রাস মণ্ডল প্রকট ওইখি। তুংদা খংহৌদনা কৃষ্ণ ভগবান রাধাগী তম্পাক্তা মাংখি। রাধানা ঙক্লুনা থিগি। তাঞ্জা অসিদা নিত্য - কিশোরমুর্ত্তি ভগবান কৃষ্ণ মাংদা উরে। ভগবানবু উজবদা রাধাগী থম্মোই প্রেমোল্লাসনা থুমহৎখি। ভগবাননা হংখি, "প্রিয়ে গোলোক্কী ব্রারি নিংশিংলিবরা ? ঐবুসু কাওখ্রবরা ? ঐদি নংবু কাওদে শুকাওসু কাওরোই"। অসুম্না চর্চা তৌরিঙৈদা যোগমায়ানা ইনশিন্দুনা ব্রহ্মা থারক্লে। ব্রহ্মানা মকোক নোঞ্জদুনা রাধা মাধব অনিমকপু খুরুমজখি। মতাং অসিমক্তদা অগ্নীস্থাপন তৌরগা ব্রহ্মানা ইবুঙো ইবেম্মা অনির্মাক্কি পানিগ্রহন- বিবাহ সংস্কার পাংথোকখি।

অসিগী তুংদা ব্রহ্মা লেংখ্রবা তুংদা ভগবানগী কিশোর অবস্থা অদু অন্তর্হিত ওইখি। অমুক হন্না বাল রুপ্তা রাধাগী তম্পাক্তা লাক্লে। মতম অদুদা রাধাদা বাহৎ জগৎকি জ্ঞান লাকখি। নোংমা বৃন্দাবনগী অধিষ্টাত্রি দেবী বৃন্দা ব্রাখল অমগী মরমদা খাংঙমদবী অমা ওইখি। নোংমা কপ্লগা বৃন্দানা মাগী অব্রাবদু ভগবান্দা তমখি। বৃন্দাগী অব্রাবদু তারগা ভগবানগী মিৎলুদগী প্রেমগী ধারা শীম্ভখি। লোয়ননা নন্দলালা শুমাংদা খংহৌদনা ব্রাম্ভখি। নন্দ যশোদা অমসুং গোপ-গোপীশিং পুম্নমক কৃষ্ণগী মতৌ অদু

উরগা ৱানখি অমসুং কপ্লখি। যশোদানা মচাবু পমজরগা কহ্নেয়াসে মমিৎসু পাংখিদ্রে মশাসু মৈ হৌনা শারে হায়না কপখি। নন্দনা নন্দগ্রামদা লৈবা খুদিংমক্তা লাওথোকখি - ঐগী ইচা কাহ্নৈয়াবু ফহনবা ঙম্বা মীদা মীদুগী অপাম্বা মনা পীগনি। অসি তারগা গ্রামদা লৈবা নহা ওইরিবা বৈদ্য অমা লাকখি। বৈদ্য দুদা যশোদা রানিনা হায়জরকই। বৈদ্য-রাজ, ঐগী নিলমনিবু ফহনবিয়ু। বৈদ্যরাজনা হায়রকই - ব্রজরানি ! ৱাবীগনু তপথবীয়ু, ঐনা নচাবু শোইদনা ফহনগনি। থুনমক সনাগী চফু অমত্তং থৌরাং তৌবীয়ু। মদুদা ঐনা হায়বা ৱা অসি ঙাক্লা তৌবীয়ু। খুদক অদুদা সনাগী চফু অমা পুরক্লুনা পীখি। বৈদ্যনা চফু অদু য়োৎকি পতুম অমনা মখুন ১,০০০ হুৎলে অদুগা লংলবা যন্ত্র অমা মাগী ঝুলীদগী লৌথোক্লগা খোয়রবা শম খর কক্লে। শমশিং অদু অমগা অমগা শমজিন্নরগা শাংলবা শমগী কেশ তন্দ্র অমা শেমলে মদু পুরগা মহাক যমুনা তোর্ব্বান্দা চৎখ্রে। যমুনা পার তৌরগা মহাক্লা শমশাং অদু তমাল পাম্বী অমগী মরাদা পুল্লে অদুগা মদুগী অতোপ্পা মচিন অদুনা মদুগী মমাংদা হৌবা অতোপ্পা তমাল বৃক্ষ অমদগী যমুনাগী সোমৱাংমদা অমুক লাম্থোক্লগা পুল্লরে। বৈদ্যনা যশোদাদা হায়, "ব্রজরানি ! সতি ওইবী নুপী অমবু থিরো মহাক অদুনা শম্লাং মচা অসিদা মখোংনা শোক্লা-শোক্লা যমুনাবু অহুমলক লাম্থোকহল্লু। অদুগা মফম অসিদা অমুক হল্লকহল্লু। অমুক মরিরক শুবদা অহোবা চফু অসিদা যমুনা পারদগী ঈশিং শোক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা পুরকউ। ঐনা খুদক অদুদা ঈশিং অদুমক্লা নংগী লালাবু ফহনগে। অসি তারগা যশোদা রানিনা কপই। ঐগী ইচাসি ফবগী আশা উদ্রে। মখুন ১,০০০ হোরবা চফুনা ঈশিং শোক্লুনা যমুনা পারদগী মফম অসি য়ৌরকপা ওইথোক্তবনি। বৈদ্যনা খুম্মকই, যশোদারানি ; সতিগী মহিমা অপারনি মহাক্তি অহোবদা শুন্যদা চৎপা ঙম্মি। (শুন্যদা) অহোবদা ঈশিং

শোকপা ঙম্মি। ব্রজদা সতিগী অৱাৎপা লৈতে। অসি তারগা সতি ময়াম্বু কৌখি। মমৈদা যশোদা মশামক সতি ওইনা ঈশিং শোকপা চৎনবা থৌরাং তৌই। মতম অদুদা বৈদ্যনা খামখি অমসুং অসুম্না হায়রকই। সতি ওইরবসু ইমানা পুরকপা ঈশিংনদি মতাং অসিদা য়াদে। সতি ওইবী যুবতি কয়া, বৃদ্ধা ওইরবী কয়ামুক তিনখি মফম অদুদা। অদুবু মখোয় ময়ামগী মরক্তা কনামতনা ঙমখিদ্রে। মমৈদা যশোদানা বৈদ্যদা হায়রকই। নংমক্না তাকপীরো কনাবু শোকহনসিগে? মদু তারগা বৈদ্যরাজ অদুনা লৈমাইদা রেখা অহুমখক চিংই। (লৈই) মদুদা অয়েকপা চিত্র অমা যন্ত্র অমগা থম্লগা ফিনা কুপশিল্লে। মপান্দগী মানা মন্ত্র যপ তৌই। যপ তৌবা লোইরগা ফি অদু হাংদোক্লুবদা ময়েক অনিখক ইরম্মি, "রা", "ধা" মদুগী অর্থ অসুম্না পীরি ঃ--

"রাধা" ৱাহৈ অসিনা খংহল্লি – "রা" না দানগী অর্থ, "ধা" না কৃষ্ণগীদমক পুম্নমক থাদোকপা। "রাধ্যেত্যেবং চ সংসিদ্ধা রাকারো দানবাচক ধা নির্বানং চ তদ্দাত্রী তেন রাধা প্রকীর্তিতা" মদু উরগা বৈদ্যনা ঙক্লুনা হায়রকই ব্রজরানি! হুজিক চিন্তাগী ৱা লৈত্রে, ব্রজদা রাধা কৌবী সতি অমা লৈ। মহাক্তনা নচাগী অনাবা অসি কোকপীবা ঙমগনি॥

কিশোরি মথন্ত ফমদুনা লৈরম্মী কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা। পাউ অসি হেক তাবমক্তদা লাংতক্লখি অমসুং কপখি। হায়; ঐগী ইবুংঙো কৃষ্ণ হকচাং ইরবা। ইবেম্মা রাধা লেংলক্লে। রাধা দর্শন ফংবদা বৈদ্যনা বন্দনা তৌই। মায়কৈ মরিমক্তা জয়-জয় ধ্বনি লাওরকই। অসুম্না ইবেম্মা কিশোরিনা ঈশিং শোক্লুরগা পুরক্লে। বৈদ্যনা ইবেম্মদা হংগৎলি, দেবী ইবেম্মগী স্নাখুৎমক্না ঈশিং খুজোক অমতং কৃষ্ণদা খিকপীয়ু। অসুম্না ইবেম্মনা ঈশিং খুজোক অমতং খিকপদা ইবুংঙোগী মাইথোং থাজ ঙানখি। অসিনচিংবসি রাস-গী রহস্যদা শীংথারি। অসুম্না রাশেশ্বরি রাধা অমসুং অভিন্ন প্রিয়তম শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী অনুপম ওইবা মিৎয়েং অমা চিংশিল্লি।

রাসকী প্রসঙ্গদা পন্দবা য়াদবা অমনা রাসমন্দলদা শরুক য়ারিবী গোপ কন্যাশিং অসি কনা কনানো ? অসিনি। মতাং অসি নৈনবা তারবদি ঃ– বেদ পুম্নমক্না, ঋষিশিংনা ভগবান্দা বর নিজখিবা মতুং ইন্না শক্তম লাংলগা দেব কন্যাশিংনা বেদ পুম্নমক্না অমসুংঋষিশিংনা গোপী ওইনা শরুক য়ারখিবনি। মীচম্না অমত্তা নত্তে। ঋষিশিংনা ওনখিবা গোপীশিংবু শ্রুতিচারি কৌই।

অতোপ্পা কাংলুপ অমনা ঋষিজা কৌই। মখোয় অসিনা ত্রেতা যুক্তা শ্রীরামগী বরদগী ফংখিবনি।

রাসমন্দলগী অশেংবা গোপীদি হেমন্ত ঋতুদা কত্যায়নি দেবীগী পুজা কৎচখিবী গোপ-কন্যাশিং অসিনি। মখোয়দি পুর্ব্বজন্মদগী হৌনা গভবানগী নিত্য সিদ্ধি পত্রি ওইখিবী ঙাক্তনি। রাসতা ভগবান্না মনোরথপুর্ণ ওইহনখিবসু বিশেষ ওইনা মখোইসিগীদনি।

চন্দ্রমাসু ভগবানগী স্বরুপনি। মহাক্কী কালা ১৬ লৈ। কালা ১৬ অসিনা গোপী ১৬,০০০ ওইনা রাস মন্দলদা শরুক য়াখি। মসিগী প্রমান ঃ- ব্রহ্মবৈবর্ত্তদা “ষোড়শৈব সহস্রানি গোপ্যস্তত্র সমাগতঃ হংস এব মতঃ কৃষ্ণঃ পরমাত্মা জনার্দন (অর্থ – গোপী ১৬০০০ মরক্তুদা কাংঙগী মতৌগুম্না পরমাত্মা ওইবা কৃষ্ণনা লেংশিনখ্রে) ॥ অসিনচিংবা।

মহাক্কী মণ্ডালতনা কাম কোটি কয়াবু ইকাইবা পীবা ঙম্বা রাসেশ্বরিগা লোয়ননা সুশিলানচিংবী সখি ৩৩ য়াওখি। সুশিলা সখীগা লোয়ননা গোপী ১৬,০০০। কুন্তি গোপীগা লোয়ননা ১০,০০০। কদম্বমালা সখিগা লোয়ননা গোপী ১৩,০০০। যমুনাগা লোয়ননা গোপী ১৪,০০০। মতৌ অসুম্না জাহ্নবীগা লোয়ননা গোপী ৯, পদ্মমুখিগা লোয়ননা গোপী ১৪, শুভাগা লোয়ননা ১৪, পদ্মা সখিগা লোয়ননা গোপী ১৪, সর্বমঙ্গল সখিগা লোয়ননা গোপী ১৬, গৌরিগা লোয়ননা গোপী ১৪, কালিকাগা

লোয়ননা ১৫, দুর্গা সখিগা লোয়ননা ১৬১৬, কমলাগা লোয়ননা ১৩, সরস্বতি সখিগা লোয়ননা গোপী ১৩, ভারতিগা লোয়ননা ১০, অর্পনা সখিগা লোয়ননা ১৪, রিতিগা লোয়ননা ১৪, গঙ্গা সখিগা লোয়ননা ১৪, অম্বিকাগা লোয়ননা ১৬, সতীগা লোয়ননা ১৩, নন্দিনিগা লোয়ননা ১০, সুন্দরিগা লোয়ননা ১৩, কৃষ্ণপ্রিয়া অমসুং মধুমতিগা লোয়ননা ১৬/১৬, চম্পা সখিগা লোয়ননা ১৩২, চন্দনা সখিগা লোয়ননা ১৬, মাধবীগা লোয়ননা ১১, পারিজাতাগা লোয়ননা ১০, চন্দ্রমুখিগা লোয়ননা ১৬ অমসুং শশিকালাগা লোয়ননা ১৪,০০০ নি। হায়বিবা গোপীশিং অসিগা লোয়ননা রাসমণ্ডলদা শরুক য়াখি। পুন্না গোপী কোটি ৩৩ না রাধা কৃষ্ণগী বাসমণ্ডলদা শরুক য়াখি।

অসিদ নত্তনা ভগবান্না বৈকুন্ঠ নিবাসিনি, শ্বেতদ্বীপ নিবাসিনী, লোকাবল নিবাসিনি অসিনচিংবা মফম মফম কয়ামুক্তা লৈবা ইবেম্মাশিংবুসু গোপীগী মপোক্তা পোকহল্লগা রাস মন্দলদা য়াওহনখি।

বেদগী ঋচা ১৬,১০৮ বুসু গোপী ওইহনখি। মতৌ অসুন্না রাস মণ্ডলদা গোপী ওইনা চংলক্লিবশিং অসি মীচম অমত্তা নত্তে হায়বসি প্রমান তৌই। মথক্কী শাস্ত্রগী প্রমানশিং অসিগী মতুং ইন্না শ্রীজিব গোস্বামী অমসুং শ্রীবীশ্বনাথ চক্রবর্তিনচিংবা ভারতকী পুর্বাচার্য্যশিংনা রাসকী গোপীশিংগী মশিং অসি কোটি ৩০০ নি হায়না পিরি।

যোগ মায়ানা গোপীশিংগী পেন্নবগীদমক্ত মায়াগী গোপীশিং শেমখি। মরম অসিনা ভগবানগী রাস লীলাদা করিগুম্বা অকাইবা অরানবা লমচৎ অমত্তা য়াওদে। অসিমক প্রমান তৌরি "নাসুয়ন খলু কৃষ্ণায় মোহিতস্তস্য মায়য়া। মন্যমানা ঃ সুপা শ্বর্স্থান স্বান স্বান দারান ব্রজৌকস ঃ।।

শ্রীকৃষ্ণনা রাস ক্রিড়া পাংথোকখিবসিগী মরুওইবা পান্দমদি "কাম কন্দর্প মর্দনর্থম অসিনি। অর্থদি মীওইবনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা চংজবা

পামলবদি, অহান্বদা কামগী ইথিল অসি হান্ন নমথনবা হোৎনখিগদবনি। নত্রবদি কনামতনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম-ভক্তি মার্গদা চংলকপা য়ারোই তাকপা অসিনি। ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংবু জয় তৌরগা কামদেব অসি য়াম্না গর্ব তৌখ্রে। মহাক্না তশেংনা শ্রীকৃষ্ণবু ফোংনা কামযুদ্ধ থেংনবা পামখি। দেব ঋষি নারদগী বচন অদু নিংশিংলগা কামদেবনা তাঞ্জা অসি ঙাইদুনা লৈরকখি। শ্রীমদ্ভাগবত দশম স্কন্ধগী অধ্যায় ২৯ দগী অধ্যায় ৩৩ ফাওবদা ব্যাস দেবনা তাক্লিবা রাস পঞ্চাধ্যায় অসিমক্কী মতাংদা নোংম শারদীয় পুর্ণিমাগী ফজরবা থাবলগী মণ্ডালদা গোপীশিংগা লোয়ননা রাস ক্রিড়া শান্নগে খনখি। রাসকী লুরিবা অমনা লীলা অসি লৌকিক্ লীলা নত্তে। অলৌকিকনি হায়বসি রাসকী অহৌবা শ্লোক্না তাকলী।। 'ভগবান পিতা রাত্রি : শরদোৎফুল্লমল্লিকা ঃ। বীক্ষ্যরন্তুং মনশ্চক্রে যোগমায়ামুপাশ্রিতাঃ ।।" অসুম্না ভগবানমক রাস ক্রিড়াগীদমক্তা যোগময়াদা উপাশ্রয় তৌরিবসিনি। অসুম্না রাস লীলা অসি হৌরক্লবদা গোপীশিং পুম্নমক মাগী মাগী থবক থদোক্তুনা কৃষ্ণগী নাক্তা থুংলরে। অসুম্না রাস লীলা হৌগৎলকপদা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরিবা কাম (মদন) না শেম শারদুনা মশাগী লানমিশিংগা লোয়ননা রাস ক্রিড়াস্থলিদা থুংলরে। ভগবানগী রাস ক্রিড়াস্থলিদা কামগী চংবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। অসিগী প্রমান "কাম ঃ কথং নু পুনরস্য মমঃ শ্রয়তে।।" অদুবু ভগবান্না চানবীদুনা মাগী নিংজবদু থুংহনবীনবা কামগী মফম পীবিখি। কামদেবনা মাগী নুপী রতিগা লোয়ননা গোপীশিংগী মণ্ডলিদা চংলগা শ্রীকৃষ্ণবু আক্রমন তৌনবা হোৎনরকখি। মতম অদুদা ভগবান্না "বিশ্বমোহন" রুপ নত্রগা "মদন মোহন" রুপ লৌরগা কামবু অহানবা মাইথিবা পীখি। অসিগী খুদম ঃ– রাসতা "তাসামাবিরভুচ্ছৌরি ঃ স্ময়মান মুখাম্বুজ ঃ। পীতাম্বর ধর ঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মথমন্মথ ঃ (কপ্লিবী পোগীশিং অদুগী ময়াইদা মোমোন নোকপা মাইথোং থম্বাল লকানা তমজবা সনা ফিগে থোনবা বনমালা থোনবা জগৎপু সুমহৎপা কৃষ্ণনা লেংথোকপীরকখি)।। ভাঃ ৩২/২ মফম অদুদা তিল্লিবী




গোপীশিং পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণময় রুপ ওইনা উহনখি। মদুদা কামদেব মশামক্ক মায়থিরে। ২ শুবদা অমুক কামদেবনা মাগী তৌবা [illegible] শক্তি পুম্নমক শ্রীমতি ইবেম্মা রাধাদা চংই। মদুসু ইবুংঙোনা "রাধা মোহন "রুপ লৌদুনা রাস বিহার আরম্ভ তৌখি। মমৈদা ইবুংঙোগী তু খুদিংদগী গোপী অমমম্ পুথোক্লুনা গোপী লিশিং কয়াগা লোয়ননা রাস বিহার তৌখি, নুঙাইবা ফাওখ্রে (অর্থদি কৃষ্ণগী পুক্নিংদা রাস লীলা শান্নগে খনখ্রে)। "রময়াঞ্চকার' রম্ভং মনশ্চক্রে" সহ তাতি ঃ মুংমোদ" পদশিং অসি মতাং অসিদা খুদম ওইনা লৌবা য়াই। রাস অসিদা ভগবান নত্তনা অতোপ্পা পরপুরুষ অমা চংবা য়াবগী অধিকার লৈতে। "কাম" মশামকসু গোপী ওইনা, রাধা ওইনা চংজখিবনি। মতাং অসিদা কামগী অঙ্গ প্রত্যঙ্গ খুদিংমক চোকথখিরম্মী। মতাং অসিদা ইবুংঙোনা ইবেম্মবু চিংশিল্লগ যুগ্ম অবস্থাদা লৈবা রুপ-পু "ক্লীঁ" হায়না খংনখি (ক্লীঁ হায়বদি ইবুংঙো, ইবেম্মা অনিগী অপুনবা শক্তম্নু খঙনৈ)। মদুবু লৌরগা মহাদেবনা গোপাল সহস্রনামগী শৈহৌদা "ওঁ ক্লীঁ দেব কাম দেব কামবীজ সিরোমনি" অসুম্না হৌরিবা অসিনি। লীলা অসি অচম্বা নত্তে ব্রহ্মাগী রাত্রিনা লোইরকপদা অসিগুম্বা নিরবচ্ছিন্ন ওইবা লীলা অসে যমুনাগী "সাবরনকুঞ্জদা" শান্নখিবনি। অসিদা কামগী হকচাং পুম্নমক পুংচোক চোকথখিবা অদুগা ভগবানগী অঙ্গনা অচ্যুত ওইনা হায়বদি চোকথদনা বিরাজমান ওইর্বিখি। তাঞ্জা অসি উৎলগা ব্যাসনা হায়খি, "আত্মন্যবরুদ্ধ সৌরত ঃ" কাম বীজয়গী ঐশ্বর্য্য পূর্ণ ওইবা চরিত্র অসি অপুর্বনি। মরোল অহুম্মক্তা অসিগুম্না অতোপ্পা পুরুষ অমত্তা লৈতে। মদুদি অবস্থা অসিদা নিবিকার ওইনা লৈবা ঙমলিবদি শ্রীকৃষ্ণদনি। মরম অসিদগী ভগবানগী নাম অমবু "মদন মোহন" কৌখিবনি ॥

মমৈথংদা (মদোন্মত্ত ওইরবা) কামনা ভগবানগী অসিগুম্নবা অলৌকিক ওইবা তেজগী মমাংদা কিরদুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা মকোক্লা শোক্লা খুরুমখি অমসুং হায়জখি।

"মদাবেশাচচ্যুতাঃ সর্বে তুমেকো বস্তুতোদুচ্যত ঃ। জিতোহহং ভবতা সম্যগ মাং ক্ষমস্ব দয়ানিধে।।" অর্থাৎ ঃ– অসিগী ভাবার্থদি ভগবান ! সংসারদা ঐগা মায়োক্রবদা পুম্নমক "চ্যুত - মপাঙ্গল ময়েং তাখিবা ঙাক্তনি, অদুবু হে কৃষ্ণ ঃ ইবুংঙো নংদদি ময়েং তাবা লৈতে। মরম অসিনা প্রভো ঃ নহাক্না ঐবু জয় তৌরগা ঐগী "বিশ্ববিজয়িতু" গী লৈরম্বা অহংকার পুম্নমক মাংখ্রে। হুজিক ননাইনা শ্রীচরন্দা লাল্লে হায়না চংজরি ঙাকপীয়ু হায়জখি।

মতম অদুদা ভগবান্না তাকপিখি "হে কাম নংগী নাপল অদু মাংহল্লগা নংবু ৱাংখ্রবা প্রেম ভক্তি মার্গদা পুসিন্নবগীদমক্ত ঐনা গোলোক থাদোক্লুনা মফম অসিদা অবতার তৌরগা অসি গুম্বা গোলোক্তগী হেনফদ্রবা মহারাস মরী রাস লীলা অসি শান্নরিবনি। চংখ্রো নথৌ তৌরুরো মঙ্গল ওইজৌ অসুম্না তাকপিখি।

মমৈদা কামনা প্রার্থনা কৎলম্মী অদুদি "হে ভগবান ঃ ননাইনা কাম যুদ্ধদা চ্যুত ওইদবদি নংতনি খংহৌনবা নংগী নমিংবু ননাইনা "অচ্যুত" নাম অসি কৎলমগে।। ঙসি ভগবানগী "অচ্যুত" নাম অসি কাম দেবনা কৎচখিবনি। মতাং অসিদা ঐখোয়না খংলিবদি রাস লীলাগী অনুকরন অসি কাম বিজয় তৌনবগীদমক্নি, লমচৎ নাইদবা উৎনবা নত্তে।

ভগবানগী রাসকী মখল অসি য়াম্মি। "শরদীয় মহারাস" কামবীজয় খ্যাতি হুজিকমক চৎথরিবসিনি। "বসন্তরাস" দিবারাস, রাগ অমসুং ঋতু ৬কি রাগ মখল ৬ অমসু লৈরী। খুদম ওইনা হায়রবদা মাঘ মাসদা শান্নখিবা রাস – মসিদি শ্রীবৃন্দাবন্দা সুপ্নগী গোপী ৬ তগা লোয়ননা য়াম্না গুপ্ত ওইবা মওংদা শান্নখি। শ্লোক অসি গর্গ সংহিতা কৌবা গর্গ মুনিনা ইবা লাইরিক্তগীনি। মতাংনা মাধুর্য্য খণ্ডদগীনি। খুদম ঃ– "মাঘমাসে মহারাসে

পূর্ণেং বৃন্দাবনে বনে। তাভি ঃ সার্দ্ধং হরি রেমে সুরীভি ঃ সুররাড়িব ।।"
অর্থ ঃ– মাঘ মাসগী মহারাসদা শেংলবা বৃন্দাবনগী মনুংদা শ্রীহরিনা দেবাঙ্গনা মিংগা লোয়ননা মহারাস লীলা নীংথিনা শান্নখি হায়বনি।

(গর্গ সংহিতা)

অতোপ্পা অমনা বৈশাখ মাসদা সিদাম গোপগী শাপ মতুং ইন্না ইবেম্মা রাধা চহি ১০০ কাইনরবা তুংদা সিদ্ধা শ্রমদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদগী লৈমা ১৬,০০০ চাম শুপ্পা ৮ পুরক্লগা ইবেম্মা রাধাগী গুন শক্তুনা দ্বারকাগী ইবেম্মশিংগী অকোইবদা রাধা কৃষ্ণ লেংশিল্লগা শান্নখিবা মহারাস অসিবু বৈশাখীয় মহারাস কৌই। অসিগী খুদম ঃ– রাধায় পরাপ্রীর্তিমাধবে মধুসুদনে।

তৎসমানান চৈকৈষা অদ্বিতীয়া মহিতলে।"

(গর্গ সংহিতা)

*******

# "গোলোক্কী রাস মন্দলদা রাধা পুথোকপা"

গোলোক্কী মপু শ্রীকৃষ্ণগী গোলোক ময়ায়দা মক্ত্রবা "রাসমন্দল" (রাস শান্নফম) লৈ। রাস মন্দল অদুগী ময়ায়দা ফজরবা কল্পবৃক্ষ হৌরি। উশিংদুগী মখোংগী লৈপুংদু সনা ঙাক্তনা শেম্লনি। পাকপা শাংবা মান্নবা কোইরক কোইবা রাস মন্দল অদুদা চন্দন, আগরু, কস্তুরি, কুঙ্কুমচিংবনা লৈতেংই। নিংথিবা পুন্নমক্কী মফম ওইরবা অদুদা অরাংপা হায়বা অমা লৈতনা মনি মুক্তাতনা থান্নবা রাস মন্দলনি।

জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণনা লাই ময়ামগা লোয়ননা অহান্বদা শেমলম্লবা রাস মন্দল অদুদা চৎলগা লৈখি। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী রাস মন্দল অদু উরগা লাই ময়াম্না পুক্লিং শুমহৎপা ফংখি। মফম অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা হকচাংদগী কন্যা অমা পুথোকখি। কন্যা অদুনা লৈ পরেং অমসুং পুজাগী পোৎলম পায়দুনা চেনশিনলক্লগা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী চরন থম্বালদা কৎলি। অসুম্না গোলোক্কী শ্রীরাস মন্দলদা সম্ভূত (পোকই) ওই অমসুং শ্রীরাস মন্দলবু হরিগী মমাঙমক্তদা মাগী শান্নফম ওইনা লুনা লৌজে। মরম অদুদগী রাস মন্দলগী অহান্বা ময়েক "রাস" দগী "রা" লৌদুনা কন্যাদুগী মমিংবু মমাংঙৈদা "রাধা" হায়না অখণ্ডবশিংনা কৌনখি।

রাধা কৌবী মহাক অদুমক্তি পরমাতমা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রানধিষ্ঠাতৃ (থবাইগী লৈফম) ওইবী দেবীনি। হন্দক পুথোকলিবা রাধাসিদি শ্রীকৃষ্ণগী থবাই পুন্নমক্তগী হেন্বী অমসুং থবাই পান্বা জীব পুন্নমক্তগী মানা

মহেল্লবীনি। মৈরীবু ঙমজবা অঙ্গদা অশংবা শারি থোল্লি। নোকফেৎ তৌবদা জীব পুন্নমক্কী পুক্লিং য়াম্না হুবীনি। মশা পুন্নমক থোৎ মেংবী, তনৌ তনৌবী অমসুং মশক ফজবী নুপীশিংদগীসু মানা মহেম্বী মুর্তিনি। অদুগুম্বী শ্রীমতি রাধিকাবু শ্রীগোবীন্দনা কৌশিন্দুনা অথোইবা সনাগী সিংহাসন্দা ফম্মিন্নখি। মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং থম্বাল য়েংজদুনা মোমোন নোক্তুনা ফমখি॥

খুদক অদুমক্তদা রাধাগী তুখোঙ খুদিংদগী গোপী ময়াম পুথোকখি। মখোয় খুদিংমক ফিজেৎ লৈতেং, মশক মতৌ অমসুং বয়সসু শ্রীরাধিকাগা চপ মান্নে। মতম পুন্নমক্তা মথোৎ কাদুনতা লৈবী গোপীশিংদু কোতি লাক্ষ (৩) অহুম্নী।

**গোপ পুথোকপা ঃ—**

শ্রীকৃষ্ণগী তুখোঙ খুদিংদগী গোপ ময়াম পুথোকখি। মশক মচু ফিজেৎ লৈতেং কৃষ্ণগা চপ মান্নে। গোপ ময়ামদু মশিং থিঙমদনা য়াম্মী।

মথংদা শ্রীকৃষ্ণগী তুখোঙ খুদিংদগী ষনয়াম পুথোকখি। মখল মচু কয়ানি অমদি মতম পুন্নমক্তা ইনৌ নৌদুনতা লৈ॥

*******

# "শ্রীশ্রী রাস পঞ্চধ্যায়"

শ্রীশ্রী রাস পঞ্চধ্যায় হায়রিবা অসি শ্রীবেদব্যাস মুনিনা লেংজবা 'শ্রীমদ্ভাগবত" মহা পুরানগী দশম স্কন্ধগী মনুংদা য়াওবা অধ্যায় ২৯, ৩০, ৩১, ৩২ অমসুং ৩৩ হায়রিবা অধ্যায় মঙা অসিবু রাস পঞ্চধ্যায় হায়না খঙনৈ। ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী থবাই মঙানি হায়না সাধু বৈষ্ণবশিংনা লৌনরিবা অধ্যায়নি। কত্যায়নি পুজানচিংবা তৌজরিবী ব্রজ গোপীশিংগা ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নদুনা রাস লীলা শান্নবগী বর্ণন তৌদুনা লেংজবা অধ্যায়নি। অসিগুম্বা অধ্যায় মঙা অসিবু পুকচেল শেংনা অনি লোংদনা তাজরবদি মোক্ষপদবী (অরান খুভম) ফংই হায়দুনা শ্রদ্ধনচিংবা জীবগী "মোক্ষ" অরান খুভম ফংননবগীদমক পুজানচিংবা তৌজদুনা ব্রহ্মণ বৈষ্ণবশিংনা পাঠ তৌনরি।

********

# "শ্রীশ্রীমদ্ভাগবত মহারাস লীলা"

## দস্ম স্কন্ধগী ২৯ শুবা অধ্যায়, শ্রীশ্রীরাস পঞ্চধ্যায় অহান্বা

বেদব্যাস মুনিনা ইবিরম্বা বেদব্যাসকী মচা ইবুংঙো সুকদেব মুনিনা লিদুনা পরিক্ষিৎ মহারাজনা তাজখিবা "শ্রীভাগবৎ" মহাপুরানগী দস্ম স্কন্ধ মনুংদা য়াওরিবা মহারাস লীলাগী শরুকপু মখাদা উৎলি ঃ–

ব্যাসকী মচা শুকদেবনা হায়খি ঃ–

ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা, শরদ ঋতু ওইরক্লবদা মাল্লিকানচিংবা লৈ খিবিক্লা লৈকা ফন্না শাৎপা অহিংগী ফজবা উরদুনা যোগমায়াদা থোইদোক্লা পুক্লিং চংদুনা অমসুং হায়নখিবা ব্রাফমসু লৈবনা রাসলীলা শান্নগে হায়না পুক্লিংদা নিংলকখি। ১/২৯

শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলা শান্নগে হায়না নিংবা মতম অদুমক্তদা মপুং ফারবা পুর্ণিমাগী থাজনা জীব পুম্ববু নুঙাইহনবা মঙান খিবিক্কা লোয়নদুনা থোক্লকখি। নোংপোক মায়কৈগী মমায়বু অঙাংবনা তৈবীবগুম, অদুমক্তি কুইনা উনরুদ্রবদগী উন্নবা চান্নবনা মাগী চান্নবীগী মায়থোংদা নুংশিদুনা অঙাংবা তৈবীবগুম্না নিংথিখি। অসিগুম্বা মতম অসিদা রাসলীলা শান্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা অভিসার তৌরকখি। ২/২৯

শ্রীকৃষ্ণনা তাংথক নাইদবা মকোইনা ওইবা পুর্ণিমাগী থাজনা রামা দেবীগী (লাইরেম্বীগী, রাধাগী) মায়থোংগুম্বা অমসুং থাজগী মঙাল ফংজবদা থরো অমসুং থারিকথা খিবিক্লা লৈকা ফন্না শাৎচবা অমসুং বনগী

নিংথিজবা উরুরগা ইবুঙোনা অভিসার লেংলক্তুনা য়ৌরকখি। মীৎয়েং ফজবী খোই খোইনা য়েংবী ব্রজগোপীশিংগী পুক্নিং হুনবা ওইবা নুংশিরবা স্বরদা য়াম্নদি হৌদনা মীরবা খোম্হোক্তা ক্লীঁ হায়বা কাম বীজবু বেনুদা হাপ্তুনা খোংখি। ৩/২৯

শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিং হুখরবা বেনুগী খোঞ্জেল অদু তারগা ব্রজগোপীশিংনা অমগা অমগা খংনদনা হায়বদি হৌনবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা য়ৌরকখি। মখোয়শিং অদুদি কন্না চৎপা মরম্না নাদা য়াল্লিবা কুণ্ডল নায়িন্না হাই হুম্না নিংথিজখি। ৪/২৯

কনাগুম্বী গোপীশিংনা বেনুগী খোঞ্জেল হেক তাবদা শ্রীকৃষ্ণবু উননিংবমক্তনা পুক্নিং থকুৎলবী ওইদুনা শঙ্গোম শুম্লম্বদগী হন্দোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকখি। কনাগুম্বীশিংনা লৈরংদা তল হৌবা থাংথরমদনা হন্দোক্তুনা চৎখি। কনাগুম্বীশিংনা শঙ্গোম থাঙ্গত্তুনা ঙৌরম্বদগী হন্দোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎখি। ৫/২৯

কনাগুম্বীশিংনা মচানচিংববু পিজনবা পাত্রদা চানবা হাপলমই মদু হন্দোক্লমদুনা চৎখি। কনাগুম্বীশিং অমনা মচাশিংবু পীজ পীথক্লম্বদগী হন্দোক্তুনা চৎখি। কনাগুম্বীশিংনা মপুরোইববু সেবা তৌরম্মী, কনাগুম্বীশিংনা চাক চারম্মী পুম্নমক হন্দোক্লম্লগা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা য়ৌরকখি। ৬/২৯

কনাগুম্বী গোপীশিংনা হকচাংদা মনম নুংশিবা তৈদুনা লৈরম্বা অদু হন্দোক্তুনা চৎখরে, কনাগুম্বীশিংনা মীৎতা কাজল থারম্মী, মদু লোইশিল্লমদনা হন্দোক্তুনা চৎখি, কনাগুম্বীশিংনা হকচাংদা মচু ফজবা তৈরম্মী, মদু হন্দোক্তুনা চৎখি, কনাগুম্বীশিংনা ফিরোন্নচিংবা খুজি অমসুং অলঙ্কার আভরন পুম্নমক ওন্ন তৈননা শেৎতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎখি। ৭/২৯

গোপীশিং অদুবু মপুরোইবশিংনা, মবুং, মৌপ্বাশিংনা, শাগে ঙাই, মরুপ মপাংশিংনা অমদি মপা মমানচিংবনা খামই, অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মপুক্লিং হুখ্রদুনা করিমতসু খামই হায়বা খংদদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা ঙন্না চৎখি। ৮/২৯

কনাগুম্বী গোপীশিংদি মখোয়না চৎনবা লম্বেন্দা মপুরোইবনচিংবনা থৎতুনা লৈখ্রবদা চৎনবা লম্বেল লৈত্রদুনা হঞ্জিন্দুনা ইমুং মনুংদা চংদুনা শ্রীকৃষ্ণতবু নিংজদুনা মীৎ উইশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌজখি। ৯/২৯

**মতাং অসিবু মহারাস লীলাগী মনুংদা গোপী চিৎথবী হায়না গুরুজনশিংনা তাকপীরম্মী।**

ইমুং মনুংদা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌদুনা লৈখিবী গোপী পুন্নমক অদু মখোয়গী চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংদবগী খাংঙমদবা অৱাবনা মৈ ওইদুনা চাকপা অদুনা মখোয়গী পাপ পুন্বা কোকখরে, মখোয়না ধ্যান তৌবদা ধ্যান মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলক্তুনা মখোয়বু হেক কোনবীবদা মদুগী নুঙাইবনা মরম ওইদুনা মখোয়না তৌজরকপা পাপ্ কোকখ্রবদা পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণবু লোন্না চান্নবনি হায়না নিংলুদুনসু মখোয়বু ফাদুনা তাইবং পানবদা লৈহন্নবা য়োৎহ্লিং লৈত্রদুনা খুদক্তা য়াম্না থুনা প্রকৃতি মায়াগী গুন ওইবা হকচাং অদু কোকখরে, হায়বদি চিন্ময় শরীর ওইখরে। ১০-১১/২৯

মতাং অসিদা পরিক্ষিৎ নিংথৌনা হংই - হে মুনিদেব গোপীশিংনা মখোয়গী লোন্না চান্নবনি হায়না খংই, ব্রহ্মনি হায়বদি খংদে, অদুগা মখোয়না গুণগী ঈচেল কোকখিবা করিগীনো ? ১২/২৯

শ্রীশুকদেবনা হায়খি - হে নিংথৌ শ্রীকৃষ্ণবু য়েক্লবনি হায়না নিংদুনসু শিশুপালনা সিদ্ধি ফংখি, অসুম্না ঐনা নঙোন্দা হান্নলা হায়খরে,

অদু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণবু ঐগী চান্নবনি হায়না নিংজবা গোপীশিংনা সিদ্ধি ফংবদা করিবু হায়গনি। ১৩/২৯

মশক হোংদবা বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদবা মায়াগী গুণনা ওইবা নত্তবা গুণবু ৱায়েনবা ঈশ্বরগী ওইবা গুণ তরুক্লা লেংদনা লৈবা ইবুংঙো মানা মী হায়বদি নিপাগী মুর্ত্তি ওইদুনা ফোংদোকপিবা অসিদি মীওইবশিংবু মোক্ষ (অৱান খুভম) ফংহনগে হায়দুনা তৌবনি। ১৪/২৯

শ্রীকৃষ্ণদা গোপীশিংনা কামভাব (অপাম-নুংশি) ওইনা নিংবা শিশুপাল, জরাসন্ধনচিংবনা শাওনা নিংবা, কংশনিংথৌনা কিনা নিংবা, নন্দনচিংবনা নুংশিনা-চান্না ইচানি হায়না নিংবা আত্মারামশিংনা অমত্তনি হায়না নিংবা, পঞ্চ পাণ্ডৱচিংবনা ঐখোয়গী মরি-মতানি হায়না নিংবা, অসুম্না মী-মী অদুনা মা মানা পামজবা অদু ইতৎ তত্তনা মদুত নিংখরবদি অনিংবা অদু ওইনা ফংই। ১৫/২৯

ভগবান ওইবা মীচমগুম্না পোক্তবা, যোগেশ্বর পুম্বগী ঈশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা নহাকুম্বনা মসুম্না খংদবা অঙকপা তৌবা হৌনদে, ইবুংঙো মাগী মফমদগী কৃপা তৌফম ওইবা তাইবং অসিনা লান্নরিবনি। ১৬/২৯

অসুম্না ইবুংঙোগী নাক্তা লাক্লবী গোপীশিংবু উরগা ঙাংবা হৈবশিংগী অথোয়বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা য়াথংগী থৌজান খিবিক্লা ঙকহন্দুনা হায়খি। ১৭/২৯

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি - ব্রজগী ইবেম্মশিং লেংশিনবিরকসি, লেংশিনবিরকসি - লাইবকফবী ইবেম্মশিংগী ঐনা করি তৌরগা পেনবিগবা ? ব্রজগী করিগুম্বা অৱা-অনা তাবগী নুঙাইতবা থোক্কেদনা ? করি মরমগীনো লেংবীরকপবু তাকপিয়ু। ১৮/২৯

অহিং হায়বসিদি য়াম্নদি ফজৈ হায়ববু মহাক্তি অকিবগী মশক্লি, অকিবগী মশক ওইবা লিন-শা-কৈনচিংবা থোক্তুনা মতম অসিদা কোয়না চৎতুনা লৈ। হে-খ্বাং ফজবীশা ব্রজদা হল্লো, অহিংদা বন্দা নুপীনা লৈবা হৌনদে। ১৯/২৯

নখোয়গী নমাশিং নপাশিংনা, নচাশিংনা, নবুং নৌপ্বা, অমসুং নপুরোইবশিংনসু নখোয়বু উদ্রদুনা থিগনি, বন্ধুশিংগী নুংশাথিবা তৌহনগনু। ২০/২৯

যমুনাগী ঈরিক পুদুনা তপ্লা শিৎপা নুংশিৎনা হুমদুনা উনা পুম্নমক তনিক-তনিক্লা নিংথিজরে, শরৎ ঋতুগী লৈচিল পক্তবা থাবলনা শঙ্গোম অনৌবগুম ভৌদুনা অশংবা উনা পুম্নবু লৈতেংদুনা ফজরবা লৈ ময়াম শাৎপা বন উরে। ২১/২৯

হে গোপীশা নখোয়না বন য়েংগে হায়না লাকপসু হুজিক্তি উরে, য়ুমদা থুনা চৎলো, হে সতিশা নপুরোইববু সেবা তৌরু, ষন্নাওশিং নচাশিংসু কপ্লরিগনি মখোয় অমৃত পিথকলু শঙ্গোমসু শুমলু। ২২/২৯

অমরোমদা হায়রগা ইবেস্মশিংনা লাক্লিবা অসি ঐবু নুংশিবিবমক্তনা পুক্লিং লাকশিন্দুনা, লেপ্লদুনা লাকপা ওইরিগনি, মদুম্না তৌবা অসি নখোয়না তৌগদবমক্লি, মরমদি ঐবু জীব পুম্নমক্লা নুংশি, হুজিক্তি ঐগা উনরবনিনা য়ুমদা হল্লো (অতোপ্পা মওং অমদা উন্নরবনিনা হল্লগনু ঐগা শান্নরসি) ২৩/২৯

হে য়াইফবীশা তাৎ তৌদনা মপুরোইববু, মপুরোইবগী মপাশিংবু অমসুং মচাবু পেলহনবা, সেবা তৌবা য়োক-থাকপনা নুপীগী অথোয়বা ধর্ম্মনি। ২৪/২৯

ইহলোক পরলোক, হন্দক্কী মপোক, হয়েংমুক্কী মপোক্তবু অফবা পান্নী নুপী ওইবীনা মপুরোইবনা মরমচৎ ফৎত্রবসু মরাইবক থিরবসু হনুরবা শোল্লবসু **"মুর্খ"** অপংবা ওইরবসু অনাবা ওইরবসু হুন্দোকফদে লুনা তৌগদবনি। ২৫/২৯

মাগী শাগে পাল্লিবা মৌনা অরোনবা নিপা থম্লবদি স্বর্গ ফংদে। মিংচৎ থি, অতোনবা ওই, অৱাবা অকিবা নংই, মতম পুম্নমক্তা মীনা নিন্দা তৌনফম ওই। ২৬/২৯

ঐগী গুণ লীলানচিংবা অদুনা ঐবু দর্শন তৌদুনা, ঐবু ধ্যান তৌদুনা, ঐবু কীর্ত্তন তৌদুনা ঐঙোন্দা ভাব-ভক্তি ওইবা মরম অমসুং ঐগী হকচাংগা মরি লৈনবনা ভাব-ভক্তি পোক্তে, অদুনা য়ুমদা হল্লো। পক্ষ অমদনা ঐগী হকচাংগা মরি লৈনবদগী ওইরকপা ভাব ভক্তি অদুদি ঐগী গুণ শ্রবন্নচিংবনা ওইদে, অদুনা য়ুমদা হল্লগনু। ২৭/২৯

শুকদেবনা হায়, হে পরিক্ষিৎ নিংথৌ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা ৱা অসি তারগা য়াম্না ৱাখি, নিংজরকপা পুম্না কায়রদুনা শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল নত্তনা কোক্লরোইদবা চিন্তা তৌখি। ২৮/২৯

মায় লুকথদুনা কায়নগনি হায়বগী অৱাবনা মৈ ওইনা চাক্লবী পুক্লিংগী মৈচাক্লা চিনবান কংশিল্লবী গোপীশিংগী মীৎতগী শিম্থরিবা পী ময়াম্না মীৎতা তৈবা কাজলগী অমুবনে, থবাক্তা তৈবা কুঙ্কুম চন্দনগী অঙাংবনে মচু অনিনা মখোয়গী হকচাংদা লৈবা অদুদি অৱাবগী অরুম্বা অদু পুবা ঙমদ্রদুনা ইবেম্মশিংগী হকচাং অদু কায়রগে হায়দুনা লৈই অমা চিংবগুম থোকখরে। করিগুম্বা ৱা অমত্তা ঙাংখিদরে, খোঙবীনা লৈপাক্তা চিংল চিংলদুনা লৈখি। হে লৈপাক লৈমা কায়রো নংগী গর্ভদা চংজরগে হায়বনি। ২৯/২৯

গোপীশিংগী চান্নথোইবা, নুংশিথোইবনি, অদুবু চান্নদবনা তৌবগুম্না লাক্কনু হায়দুনা মখোয়বু তানথোকলম্না শ্রীকৃষ্ণদা ইবুংঙো মাবু ফংনিংবমক্তনা অপাম্বা পুম্নমক খাকচবা লৈতনা থাদোকখরবী গোপীশিং, মখোয় অদুমক্তি অনুরাগবতীনি, হায়বদি প্রেমগী তরেৎশুবী থাক্তা লৈরবী ওইদুনা ক্ষন ক্ষন খুদিংগী মথং মথং হেনগৎপা প্রেম অদুনা লেপ্লা লৈতনা ইতৎ তত্তনা হেনগৎপা প্রেমবতীনি। অদুনা শ্রীভাগবতম্না হায়খরে, ক্ষন ক্ষন খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মশিংগী নাক্তা লেংলক লেংলক্তুনা অলিঙ্গন তৌরবী অদুগুম্বশিং অদুনা কপ্পগী খজিক্তং পোমখৎলবা মীৎ-অনিবু পিনা মমশিন্বা অদু নোয়থোক্তুনা খজিক্তং শাওবদগী ঙাংবদা হিক্লা হিক্লা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই। ৩০/২৯

(গোপীশিংনা হায়জরকপা)

গোপীশিংনা হায়জরকখি - হে তৌবা ঙম্বা ইবুংঙো ; হে তৌঙমদবা লৈতবা ইবুংঙো, নহাক্লা মসুম তৌদুনা জীব হাৎপা ব্রাহৈশিং অসি হায়বিফম থোক্তে, জীব পুম্বনা মাবু পেন্নবগীদমক সেবা তৌনরিবা অসি পুরুষ ভগবানমক্লসু মোক্ষ ফংনিংবা জীববু অপাম্বা থুংহন্দুনা, পেলহন্দুনা সেবা তৌই। মদুগুম্না বিষয় পুম্বা থাদোক্তুনা নহাক্কী শ্রীচরন সেবা তৌজরিবী ঐখোয়বুসু ঐখোয়না পামজবা অদু পীবিদুনা ঐখোয়বু নিংবিয়ু, হায়বদি পেনহল্লু, ঐখোয়বু হুন্দোকপীগনু। ৩১/২৯

হে ইবুংঙো মপুরোয়বা, মচা অমসুং বন্ধুশিংবু নুঙাইহনবা, সেবা তৌবনা নুপী ওইবীগীদি অখোয়বা ধর্ম্মনি, অসুম্না ধর্ম্ম খংবা ইবুংঙো নহাক্লা ঐখোয়দা তাকপীরে, মদুদি ঐখোয়গী ইপুরোয়বনচিংবগী তুঙনফম ওইবা ইবুংঙো নঙোম্তদা ওইসনু, মরমদি ইবুংঙো নংদি থব্রাই পাম্বা পুম্বগী চান্ন-থোয়বা আত্মানি। ৩২/২৯

হে পরমেশ্বর - হে অরবিন্দ-নেত্র মীৎ থম্বাল মানবা হে - বর পীবা! শাস্ত্র হৈবা পণ্ডিতশিংনা মী মহাক্কী পরমাত্মা ওইবা ইবুংঙো নঙোন্দা রতি লৈবতবু পাম্নরিবনি, মপুরোয়বা মচানচিংবদি করি কান্নগনি ? মখোয় অদুদি তাইবং পানবদা হন্না হন্না অৱাবা তাননবতনি, ইবুংঙো নঙোন্দা মতম কুইনা হাপচরক্লবা ঐখোয়গী অশালতা অসি কক্‌থৎপিগনু । ৩৩/২৯

ইবুংঙো নহাক্না থম্মোয়বু নুঙাইনা হুখরে, থম্মোয় অদুনা য়ুমদা য়ুমগী থবক তৌগদবদা শিঞ্জল্লম্মী, খুৎ অনিসু ওইরমই, খোঙ অনিনা ইবুংঙো নহাক্কী নখোঙ খুয়া খাদ্গী খোংকাপ অমতংবু থাংদোকপা ঙমদরে, ঐখোয়না করম্না চৎকনি ? চৎলগা করি তৌরুগনি ? ৩৪/২৯

হে সখে - ইবুংঙো নহাক্কী চিন্দগী থোরকপা অমৃতগী ঈচেন্না মরম ওইদুনা গোপীকা ঐখোয়গী থম্মোয়দা চাক্লিবা মৈ অসে নংনা মুথৎলু, মরমদি ঐখোয়গী থম্মোয়দা ইবুংঙো নংগী মীনোক ফজবা, মীৎয়েং ফজবা অমসুং নংগী বেনু গানগী নিংথিবনা চুদুনা নংনা চাকহনবা মৈনি । নংনা মৈ অসি নংগী চিন্না কামদুনা মুৎথৎপিয়ু, নং নত্তনা অতোপ্পা অমনদি মুৎথৎপা ঙমদে, ইবুংঙোনা মুৎথৎপিদ্রবদি নংগী মৈনা চাক্কুনা নংগী নখোং থম্বালতবু নিংদুনা শিরগা নংগী নখোং থম্বালগী নাক্তা লৈজগে। ৩৫/২৯

হে মীৎ থম্বাল মানবা ইবুংঙো নংদি ব্রজদা লৈবা গোপ জাতিগী চান্নবনি, অদুগুম্বা ইবুংঙো নংগী শ্রীচরনগী খুয়াখা অদুনা করিগুম্বা মতমদা লক্ষ্মীবু পীনবীবনি, তৎতনদি লক্ষ্মীনা ফংজদে, অদুগুম্বা ইবুংঙো নংগী খুয়াখাবু গোপী ঐখোয়না শোকচবা ফংবা মতমদগী হৌদুনা ইবুংঙো নং নত্তনা নিপা অমবু ঐখোয়গী ইপুরোয়বনি হায়না নিংলুবদি থল্লদুনা মংদা মশক উবা মফমদা ফাওবদা ঐখোয়না লৈজদে - লৈবা ঙমদে। ৩৬/২৯

লক্ষ্মীনা ঐবু চানবীদুনা অমুক্তা য়েংবীসনু হায়দুনা ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা মাতবু তান্নরিবা অদুগুম্বী লক্ষ্মীনা ইবুংঙো নংগী ননাই ময়াম্না থৌগল তৌদুনা অহাংবা লৈত্রবা নহাক্কী নখোং থম্বালগী উফুলবু পাম্বমক্তনা হাকমনখিদুনা নখোং খুয়াগী উফুলদা তুলসিনা লোন্নবী ওইদুনা লৈমিন্ননিংখিবনি। ৩৭/২৯

হে ইবুংঙো পাপ কোকপীহৈবা, হে নিপা ওইবগী লৈতেং ওইবা-ইবুংঙো নহাক্তবু প্রেম সেবা তৌজনিংদুনা ইয়ুম-ইকৈনচিংববু থাদোক্লুনা ইবুংঙো নহাক্কী খুয়া খাদা চংজরক্লবীনি, ইবুংঙো নহাক্কী নিংথিজরবা মীনোক, নিংথিজবা মীৎয়েংনা ওইহনবা প্রেম্না চাক্লবী ঐখোয়বু চানবীয়ু, ইবুংঙো নহাক্কী ননায় ওইবা পীনবীয়ু। ৩৮/২৯

ইবুংঙো নহাক্কী শমজোই ময়াম্না কোয়বা মায়থোংবু নাদা য়ানবা কুণ্ডল নাইন অনিগী মমি তাদুনা ফজরবা চাইরুং, অমৃত্ত পুবা চিনবানবু মীনোক নিংথিজবগা লোয়ননা য়েংবা মীৎয়েংবু, ননায় পুন্নমক্তা কিহন্দবা পীবা পাম্বোম অনিবু অমসুং লক্ষ্মীগী শান্নফম ওইবা থবাকপু উদুনা গোপী ঐখোয় পুন্নমক্না নহাক্কী ননায় ওইজগে। ৩৯/২৯

ইবুংঙো নহাক্কী বেনুগী মিরবা ঈশৈ অসিবুসু তারগা নহাক্কী শক অসিবুসু উরগসু তাইবং পানবা মরোল অহুমদা পোক্লিবা নুপী কনানা মা মাগী লীচৎ "আর্যধর্ম্মবু" থাদোক্লোইদবা করম্বা নুপী লৈবগে? ইবুংঙো নহাক্কী শ্রীরূপ অসি উরগা অমসুং বেনুগী খোঞ্জেল তারগা শা-ষন, উচেক রায়ানচিংবা অচৎপা জীব অমসুং উ-ৱানচিংবা চৎতবা পোৎ পুম্বা তু চুংলিবসিনি, হায়বদি অচৎপনা মাগী চৎপা ধর্ম্ম থাদোকই, চৎতবনা মাগী চত্তবা লেংদবা ধর্ম্ম থাদোকই। ৪০/২৯

ইবুংঙো নংনা ব্রজগী অৱাববু কোকহনগে, হায়দুনা থাঙ্গৈশেংনা পোকপীরবনি, মদুদি স্বর্গলোক্কী অৱাববু আদিপুরুষ ওইবা শ্রীনরায়ননা

কোকহন্বগুম্বনি, মরম অসিনা ননাই ওইবী গোপী ঐখোয়গী চাক্লবা থবাক্তা কোকতসু ইবুংঙোগী নখুৎ-থম্বাল অদু হাপ্লিয়ু। ৪১/২৯

শ্রীশুকদেবনা পরিক্ষিৎতা হায়খি - ব্রহ্মানচিংবা যোগেশ্বরশিংগী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মহাক্কী মহৌশানা মথন্তনা নুঙাইবনা থন্না লৈবা ওইদুনসু গোপীশিংগী হায়জবগী অৱাবা অদু উরগা নোক্লদুনা গোপীশিংবু থৌজানগা লোয়ননা শান্নদুনা নুঙাইহনখি। ৪২/২৯

শ্রীকৃষ্ণনা থৌজাল তৌদুনা য়েংবিরবদা হরাওবনা মমায় মকাফল্লবী মপৈ ওইনা পুল্লপ তীল্লবী গোপীশিংনা মায়কৈ নিপালমক্তা কোয়শিল্লদুনা গোপীশিংবু থৌজাল তৌদুনা চিনবান মকা ফন্না কন্না নোকপদা য়া পরেংনা কুন্দো পরেংগুম্না ফজরবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী পুক্লিং থুংনবা লীচৎ তৌরদুনা থৱানমিচাক ময়াম্না কোয়রবা থাগুন্না নিংথিজখি। ৪৩/২৯

নুপী মরক্তগী অথোইবী গোপীশিংগী মপৈ চাম-চামবু ঙাক্তুনা গোপীশিংনা ইবুংঙো মাবু থাদুনা ঈশৈ শকই, শ্রীকৃষ্ণনসু গোপীশিংবু থাদুনা ঈশৈ শক্তুনা গোপীশিংবু পেলহনখি। অসুম তৌদুনা লৈ-মচু মঙানা লেংবা বনমালা থোল্লদুনা বন্দা কোয়না কোয়না লেংদুনা বনবু ফজহনখি। ৪৪/২৯

যমুনাগী করপুরগুম্না ঙৌবা অমসুং অইংবা লৈঙোয় ময়াম লৈবা, যমুনাগী ঈথক্লা ইংলবা থরোগী মনম পুবা নুংশিৎনা জীব পুম্ববু নুঙাইহনবা, মপান্দা গোপী ময়ামগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলক্তুনা পাম্বোম তিংথোকপা, কোনশিনবা, খুৎনা শমজোয় পায়দুনা চিংবা, ফাগী তৌদুনা ঙাংবা, খুজিন্না শিক্তুনা নোক্লবা অসুম্না তৌদুনা ব্রজগোপী পুন্নমকপু মখোয়গী পুক্লিংদা কামদেববু হৌগৎহন্দুনা মীপুম তিংনা গোপী অমত্তা চিৎথদনা নুঙাইহনখি। ৪৫-৪৬/২৯

দিব্য-পুরুষ, অতিদিব্য পুরুষ পুন্নমক্তগী হেনবা মদুগীসু মথক্তা ভগবানসু ওইবা, মদুমক্তদগী স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা সন্মান তৌরবদা গোপী পুন্নমক্লা নাপল তৌরদুনা পৃথিবীগী নুপী পুম্বদগী মখোয়না মহেল্লবনি হায়না নিংখি। ৪৭/২৯

শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী লাইবক ফবদগী থোকলকপা ঐনা মহেল্লে, হায়না ময়াই কাববু অমসুং মান তৌববু উরদুনা নাপল কোক্লবগীদমক, মান তৌদনবগীদমকসু মফম অদুমক্তদা মাংখিদুনা উহনখিদরে। ৪৮/২৯

[শ্রীকৃষ্ণনা ইখং খংহৌদনা মাংখিবা অসিবু কৃষ্ণ অন্তর্ধান হায়না খঙনৈ।]

মতাং অসিদা শ্রীবেদব্যাস মুনিনা লেংবা শ্রীমদ্ভাগবত দশম স্কন্ধগী ২৯ শুবা অধ্যায়, রাস পঞ্চধ্যায়গী অহানবা অধ্যায় মতাং অসিদা লোইরে।

অধ্যায় অসিগী মনুংদা মরু ওইনা ফোংদোক্লিবা নুংগী ওইবা ঈচেলদি ঃ— ঈশ্বর নিংবদা নিংলিবা মী মীদুগী পুকচেল অদু পরিক্ষা তৌদুনা অহানবদা য়েংথোকই। অনিশুবদা মী অদুগী মপুকচেল অশেংবা অদু খংলবা মতমদা ঈশ্বরনা দর্শন পী, অমসুং মীদুনা নিংবা থুংহল্লি। অহুমশুবদা ঈশ্বর নিংবদা নাপল তৌবা য়াদে হায়বসি খংহল্লি, মরম অদুনা নাপল য়ৈথেকই।

**দস্ম স্কন্ধগী ৩০ শুবা অধ্যায়**

**শ্রীশ্রীরাস পঞ্চধ্যায় - অনিশুবা**

**শ্রীশুকদেব মুনিনা হায় ঃ—**

ইখং খংহৌদনা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধান তৌখ্রবদা গোপী পুন্নমক্লা শ্রীকৃষ্ণবু উদ্রদুনা শামু অমোম ময়াম্না শল্লুপ পুববু উদ্রগা তৌগুম্না য়াম্না ৱাখি। ১/৩০

গোপীকা পুম্নমক অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা চৎলম্বা অনুরাগগা লোয়ননা, মোমোন নোক্লম্বা, বিভ্রমগা লোয়ননা য়েংলম্বা পুক্নিং হুনবা ওইবা ৱাঙাং, বিহার শান্নবা পুম্নমক অদুতা খনখিবদগী মদুনা হাকমনখিদুনা শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা অদুতা মখোয়গী পুক্নিংদা খন্দুনতা লৈখিদুনা মদুতনা চেৎনা পুনখরে, অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তা খনখিদরে, মদুনা হাকমনখিদুনা মশাসু শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা অদু ঙাক্তা তৌখি। ২/৩০

গোপী পুম্নমক অদু চান্নবা শ্রীকৃষ্ণনা চৎপা, নোকপা, য়েংবা, ৱা-ঙাংবনচিংবনা মখোয়গী পুক্নিং হকচাংদা চংলকই, মথংদনা গোপীশিংনা চান্নবগী খোংচৎনচিংবদা চংখরে, অদুগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী অবলা ওইবী গোপীশিং অদুনা শ্রীকৃষ্ণগুম্না শান্নবনচিংবা অদু তৌরদুনা ঐ কৃষ্ণনি, ঐ কৃষ্ণনি অসুম্না মহৈ-মহৈ হায়নখি। ৩/৩০

মদুগী মথংদা গোপীশিংনা মহৈ-মহৈ পুল্লপ্পা তিন্নরে অদুগা শ্রীকৃষ্ণতবু থারদুনা খোঞ্জেল ৱাংনা ঈশৈ শকখি, বন অমদগী বন অমা তান্না কোয়না কোয়না চৎতুনা শ্রীকৃষ্ণসু থিখি, উ-পুম্নমক্তা অতিয়াগুম্না মনুংদসু মপান্দসু লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু গোপীশিংনা হংখি। ৪/৩০

হে সনা খোংনাং - হে লোইরং খোংনাং - হে খোংনাং বট প্রেমগা লোয়ননা মীনোক মীৎয়েংনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী পুক্নিং নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা হুদুনা চৎখরে। নখোয়না করিগুম্বা উ-লাকপরা। ৫/৩০

হে তুলসী হে মঙ্গলগী মশক ওইবী হে-গোবিন্দগী চান্নবী খোইমু ময়ামগা লোয়ননা নংবু পুবা শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা উহৌবরা। ৭/৩০

হে মালতী হে মল্লিকে হে জাতি হে যুতিকে শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী

শ্রীহস্তনা নখোয়বু শোকপীদুনা নুঙাইহন্দুনা লেংখিবা শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা উহৌবরা। ৮/৩০

হে চুত (মরি চৎতুনা পাম্বা হৈনৌ) প্রিয়াল (পুঙতোন) পনস (থৈবোং), অসন (চিংশু) কোবিদার (চিংহাও) জম্বু (হৈজাং) অর্ক (অঙ্গোৎ) বকুল (বকুল) আম্র (হৈনৌ) কদম্ব (কদম) নীপ (কেলি) শা যমুনাগী মপান্দা হৌদুনা জীব পুম্বগী ফননবতা তৌবিবা, অতৈ অতোপ্পা পাম্বী পুম্নমকসু শ্রীকৃষ্ণনা হুখিদুনা পুক্লিং লৌশিং লৈজদ্রবী ঐখোয়দা শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম তাকপিয়ু। ৯/৩০

হে পৃথিবী নহাক্না করম্বা তপস্যা তৌখ্রিগবা ! ওহ্লোকপনি, শ্রীকৃষ্ণগী চরননা নথক্তা নেৎপীবনা নংনা নতু চুংদুনা বিকার তৌরি, অদুনা নং ঙাহ্লোক্তুনা লৈরে। নংগী করম্বা মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা নেৎলিবগে ? নংগী নতু চুংলিবসিবু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরননা নেৎপনা নত্তরা ? অদুঙৈ বামননা নথক্তা নেৎখিবনরা ? নত্রগা মদুগী মাংদা বরহদেবনা কোনখিবনরা। ১০/৩০

হে সখি এন পত্নি (হে ইতা শজি অমোম) চান্নবীগা লোয়নদুনা চৎপা শ্রীকৃষ্ণনা ননাক্তা চত্তুনা মহাক্কী পাম্বোমনচিংবা হকচাংনা নখোয়গী মীৎপু নুঙাইহন্দুনা চৎখিবরা ? কুঙ্কুম চন্দন চুরবা শ্রীকৃষ্ণনা থোল্লিবা কুন্দো পরেংগী মনম নুংশিবনা নংনা য়েংলিবা সোমদা নুংশিৎনা হুমদুনা লাক্লে। ১১/৩০

হে উপাল-শা, খুত্তা নীলকমল কৌবা থম্বাল পায়বা ইবুংঙো মানা থোল্লিবা তুলসী পরেংদা ইনবা খোইমুশিংনা কোয়ইন ইন্নবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মাগী ওই থংবা খুৎনা চান্নবীগী য়েৎ থংবা লেংবান্দা

হাপ্তুনা মফম অসিদা লেংখিবদা নখোয়না খুরুমজহৌবদা ইবুংঙোনা তরাম তরাম তৌদুনা ওকপিরম্বরা। ১২/৩০

কনাগুম্বী গোপীশিংনা গোপী ময়ামদা হায়রকই, ইভাশা উরীশিংসিদা শ্রীকৃষ্ণ উবরা হায়না হংউ, মখোয় অসিনা মখোয়গী মপুরোইবা উপানগী পাম্বোম ওইবা মশাদা চেৎনা কোন্দুনা মতু চুংদুনা খাংলিবা অসি শ্রীকৃষ্ণগী খুৎনা শোক্লম্বগী মতু চুংহৌবা ওইগনি। ১৩/৩০

অসুম তৌদুনা অঙাওবনা ঙাংবগুম ঙাংলদুনা শ্রীকৃষ্ণবু থিবা মক্তনা ৱারবী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণমক্তবু নিংবনা মশা অদু লৈবা কাওখ্রদুনা মখোয়বু কৃষ্ণনি হায়না নিংখরে, অদুদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা অদু অদুগুম্বা লীলাবু শ্রীকৃষ্ণনা তৌবগুম্না গোপীশিংনা তৌখি। ১৪/৩০

কনাগুম্বী গোপীনা শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈগী মূর্ত্তি শারে, পুম্না শাবী কনাগুম্বী অমগী স্তন থকখি। কনাগুম্বী গোপী অমনা অঙাং ওইবা শ্রীকৃষ্ণ শারে, অদুনা কংশ শারিবী কনাগুম্বী গোপী অমদা খোংনা কাওখি। ১৫/৩০

কনাগুম্বী গোপী অমনা তৃনাবর্ত্ত হিংচাবা শাদুনা কৃষ্ণনা অঙাং ওইবগী মূর্ত্তি শারিবী গোপী অমবু হুখি। কনাগুম্বী গোপী অমনা শ্রীকৃষ্ণ অঙাং ওইরিঙৈদা খোংগী কিঙ্কিনি মখোল হৌহন্দুনা উপ্পা ইন্দুনা চৎপা অদু তমখি। ১৬/৩০

গোপী অনিনা অমনা কৃষ্ণ শারে, অমনা রাম শারে, অতৈ গোপীশিংনা গোপমচা শারে, অনিগী মরক্তা অমনা বৎশাসুর শাববু অমনা বকাসুর শাববু হাৎলি। ১৭/৩০

শ্রীকৃষ্ণনা লাপ্না চৎখ্রবা ষনবু বেনু খোংদুনা কৌশিনববু কনাগুম্বী গোপীনা বেনু খোংদুনা তমই, মদু উন্নগা গোপীশিংনা সাধু সাধু হায়না থাগৎলি। ১৮/৩০

কনাগুম্বী অতোপ্পী গোপী অমনা মহাক্কী পাম্বোম্বু অতোপ্পা গোপী অমগী লেংবান্দা হাপ্পগা চৎলদুনা হায়রকই হে গোপীশা ঐ কৃষ্ণনি ঐগী ফজবা খোংচৎ অসি য়েংউ, অসুম্না কৃষ্ণমক্তা খনখরবী গোপী অদুনা হায়রকই। ১৯/৩০

নোং নুংশিৎ কিগনু মদুদগী ঙাক্লবা উপায়দি নখোয়না পুজা তৌদুনা হান্নবা শেমগ্রবনি, অসি হায়দুনা খুৎ নাম্মনা যতন তৌনা ফি অমা থাঙ্গৎখি। ২০/৩০

কনাগুম্বী গোপী অমনা কনাগুম্বী গোপী অমদা খোংনা নেত্তুনা মকোক্তা কাখৎলগা হায়রকই, হে ফত্তবা কালিয় কৌবা লীন নখোয়গুম্বা ফত্তববু দণ্ড পীবা ঐ পোক্লে চৎলো। ২১/৩০

গোপী ময়ামগী মরক্তা কনাগুম্বী গোপী অমনা গোপী ময়ামদা গোপ ওইহন্দুনা হায়রকই, হে গোপশা য়েংউ অকিবগী মশক ওইবা লাম্মৈ চাক্লক্লে, মীৎ উইশিল্লু ঐনা নখোয়গী ফনবা শোয়দনা তৌগনি। ২২/৩০

গোপীশিংগী মরক্তা কনাগুম্বী গোপী অমনা যশোদা শাদুনা শ্রীকৃষ্ণ শারিবা গোপী অমবু শুম্বন্দা লৈপরেংনা পুনশিল্লে, চক্ষু থুগায়বা শঙ্গোম হুরানবা নংবু পুনগে অসি হায়রবদা কৃষ্ণ শারিবী অদুনা ফজবা মীৎ নিংথিরবা মায় অদু লোৎলদুনা কিবগী মতৌ তমই। ২৩/৩০

বৃন্দাবনগী লতা তরু-উরী উপাল পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণবু হংদুনা থিরিবী গোপীশিংনা করিগুম্বা বন মচি অমদা পরমাত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চরন চিহ্ন তারম্বা উরে। ২৪/৩০

নন্দগী মচা পুকচেল চাওবা, নিংবা থুংদবা লৈতবা মহাত্মা শ্রীকৃষ্ণনি, অসুম্না খোংগুনশিং অসিনা তশেং তশেংনা ফোংদোকই,

মদুদি ফীরান শাবা থম্বাল শাবা বজ্র শাবনচিংবা ময়ি অসিনা খংবা ঙমই। ২৫/৩০

গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন চিহ্নশিং অদু য়েং-য়েংদুনা শ্রীকৃষ্ণবু থিরকপদা শ্রীকৃষ্ণগী চরন চিহ্ন অদুদা কনাগুম্বী বধু হায়বদি শ্রীরাধাগী চরনচিহ্ন য়ান্নবা তাবা উরে, মদু উরগা চরনচিহ্ন অদুনা খর পিকথবা অদুদা নুপীগী খোঙ্গুন্নি হায়বা খংলদুনা ব্রারদুনা গোপী ময়াম্না মহৈ-মহৈ ঙাংনখি। ২৬/৩০

শামু লমশা লাবগা লোয়নবী শামু অমোম্না চৎপগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী লেংবান্দা খুজেং থমদুনা চৎলিবী নুপী কনাগী খোঙ্গুম্নো। ২৭/৩০

গোপী অসিনা ঐশ্বর্য্য তরক্লা পুর্ণ ওইদুনা লেংদনা লৈবা মনিং তৌবা অমসুং মনাই ভক্তগী অব্রাবা কোকহনবা শ্রীকৃষ্ণবু আরাধন তৌদুনা পেলহনখি, মরম অদুনা শ্রীগোবিন্দনা গোপী ঐখোয় পুম্নমকপু হন্দোক্তুনা অচিকপা মফমদা পুদুনা মাতগা লোয়নদুনা চৎলিবনি। ২৮/৩০

হে ইতাশা শ্রীগোবিন্দগী চরন পদ্মদা লৈবা পকপা উফুলশিং অসি ওম্থোক্লা লাইবক ফৈ। মখোয় উফুলশিং অসিবু ব্রহ্মা, মহাদেব, লক্ষ্মীনা কায়না মৈচাক ফংদনবগীদমক কোক্তা হাপ্তুনা পুই।২৯/৩০

মহাক মথন্তনা গোপী ঐখোয় পুম্নমক্কী লন ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃতবু অচিকপা মফমদা হুদুনা চারে, মরম অদুগী মাগী খোঙ্গুলশিং অসিনা গোপী ঐখোয় পুম্নমকপু য়াম্না নুঙাইহন্দরে ব্রাহল্লে। ৩০/৩০

মফম অসিদা নুপী অদুগী খোঙ্গুল অদু উখিদরে, অসুম্না কনাগুম্বী গোপীশিংনা হায়রবদা কনাগুম্বীশিংনা হায়রকই শোয়দরে

চান্নথোইবীগী খুয়া তনৌবদা নাপী মতোল্লা য়ুদুনা নাররিনি, অদুদা চান্নথোয়বা শ্রীকৃষ্ণনা লেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা পুখরে শোয়দরে।৩১/৩০

হে গোপীশা য়েংঙোই শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ্গুল অসে য়াম্না কুৎথনা ঙাক্তা তারে কামী ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মৌ অমা লেংবান্দা পোদুনা পুবদা লুমথরদুনা খোঙ্গুল কুৎনা তারিবনি। ৩২/৩০

মহাত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মসিদা হায়বদী অশোকবৃক্ষসিদা লৈ শাৎপগী চান্নবীবু লেংবান্দগী থাখি। ৩৩/৩০

মফমসিদা চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবী মহাক্কীদমক লৈ হেকখি মরম অদুনা লৈবু লামখৎতুনা হেকপগী হৌনবা মপুম ফাদবা খোংগী খোংদোনগী মখৈদা মচেৎ ওইনা তারিবা খোঙ্গুল অনি অসি য়েংউ। ৩৪/৩০

মফম অসিদা কামী ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা কামিনী অসিগী শম হাৎপিখি। অদুগা লৈ ময়াম অদুনা কামিনিগী চুড়া শাবিদুনা মফম অসিদা শোয়দনা শ্রীকৃষ্ণনা ফমখি। ৩৫/৩০

নুঙাইবনা মঙোন্তদা লৈবা মরম অদুনা মথন্ত শান্নবা মহাক্তি খায়দোকপ্রবা মচেৎ নত্তবা মপুম ওইবা নিংবা থুংদুনা লৈবা শ্রীভগবান্না কামী ওইবা নিপানা অতোনবা মতৌ ওইদুনা হায়জববু কামিনি ওইবী নুপীনা হায়ববুসু য়াদবা পুকচেল ফত্তবা ওইববু লোক্তা খংহন্দুনা হে পরিক্ষিৎ গোপী অদুমত্তগা লোয়নদুনা শান্নখি। ৩৬/৩০

গুণ মাংলবী গোপীশিংনা মসুম তৌদুনা য়েংদুনা কোইনা কোইনা চৎতুনা শ্রীকৃষ্ণবু থিখি। ৩৭/৩০

শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অতৈ পুম্নমকপুদি বনদ হুন্দোক্লম্লগা মাতবু পুদুনা লোয়নরিবা গোপীদুনা মাবু পামজবী গোপী পুম্ববু হুন্দোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা ঐতবু পুদুনা শান্নরি ঐনা পুম্নমক্তগী অহেনবনি অসুম্না খনখি। ৩৯/৩০

মদুগী তুংদা বন মচি অমদা চৎলগা নাপল তৌরবী গোপীনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকখি - ঐ চৎপা ঙমদরে নহাক্না চৎনিংবা মফমদ ঐবু পুবিয়ু। ৩৯/৩০

মসুম্না চান্নবীনা হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবীদা হায়রকখি **"লাউ ঐগী লেংবান্দা তোংঙো লাউ"** মসি হায়রম্লগা মাংখরে, মতম অদুদা বধু অদুনা অনুতাপ তৌখি, কাখি। ৪০/৩০

হা ইবুংঙো হে নুঙাইহনবা হে পাম্বোম কনবা কদাইদা লৈ কদাইদা লৈ হে সখে তোল্লবী ননায় নুপী ঐবু নহাক্কী নুংশিজবা শক্তম অদু অমুক্তা উহনবীয়ু। ৪১/৩০

শ্রীকৃষ্ণবু কোয়না থিরিবী গোপী ময়াম্না চান্নথোয়বা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নদুনা কাম্বরবী মখোয়গী সখী অদুবু উরে। ৪২/৩০

শ্রীকৃষ্ণনা হন্দোক্লম্লবী গোপী অদুনা ময়ামদা তমদুনা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণদগী সন্মান ফংবা অমসুং মাগী পুকচেল ফত্তবা মীগী মতৌ ওইবনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা হন্দোক্লমদুনা মায়থিবা তারগা য়াম্না ঙকখি। ৪৩/৩০

অদুগী মতুংদা থাবলনা ঙাল্লিবা মফমগী মখৈ শ্রীরাধাগা লোয়নবী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু থিরম্মী। অদুদগী থাবল চংদ্রবা বনগী অমম্বা ময়াম উরগা গোপীশিংনা অমম্বা বন্দগী মপাল্লোমদা অঙানবা মফমলোমদা হন্দোকখি। ৪৪/৩০

গোপী পুম্নমক অদুনা শ্রীকৃষ্ণতবু পুক্লিংনা নিংই খন্দুনতা লৈ, শ্রীকৃষ্ণতবু ঙাংদুনা শোন্দুনতা লৈ, শ্রীকৃষ্ণনা তৌবদা পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী গুণতবু শক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী মতৌ মহাক মহাক্না নিংখি, অদুনা মখোয়না মমাবুসু ময়ুম্বুসু পুম্নমকপু নিংশিংখিদরে। ৪৫/৩০

শ্রীকৃষ্ণবু নিংলিবী, শ্রীকৃষ্ণনা লাকপতবু খৌরাংনা ঙাইরিবী গোপীশিংনা পুল্লপ তিন্নরদুনা অমুক হন্না যমুনা মপান্দা হল্লক্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু শৈথাদুনা শকলকখি। ৪৬/৩০

মতাং অসিদা বেদব্যাস মুনিনা ইজবা শ্রীমদ্ভাগবত দস্ম স্কন্ধগী মনুংদা রাস পঞ্চধ্যায় হায়না খংনরিবা অধ্যায়শিংদুগী মনুংদগী অনিশুবা অধ্যায়, দস্ম স্কন্ধগীনা ৩০ শুবা অধ্যায় লোয়রে।

অধ্যায় অসিগী নুংগী ওইবা ঈচেলদি শ্রীকৃষ্ণবু কোয়না কোয়না থিজবা শ্রীরাধারানিগী নাপন্নাচিংবা মাংহনবা, অন্নাবা রসনি।

**দস্ম স্কন্ধগী ৩১ শুবা অধ্যায়**

**শ্রীশ্রী রাস পঞ্চধ্যায় - অহুমশুবা**

শ্রীলক্ষ্মী দেবীনা ব্রজ অসিদা মতম পুম্নমক্তা অতৎপা লৈতনা ব্রজবু লৈতেংদুনা লৈ, অসুক নুঙাইরবা ব্রজবৃন্দাবন অসিদা নহাক্কী ননাই ওইবী গোপীকা ঐখোয়তদি নহাকপু সেবা তৌদুনা নহাকপুদা নুঙাইহনিংদুনা নহাক্কীদমক্তা হায়দুনা নহাক্কা কায়নবদগী মপান থোকখিদৌরবা থব্রায় অসিবু ফাদুনা য়াম্না ৱানা লৈ। অদুনা ইবুংঙো নংবু মায়কৈ পুম্নমক্তা ঐখোয়না ইবুংঙোবু উজগে, গোপী ঐখোয়না কোয়না থিজরি মরম অসিদগী ইবুংঙো নহাক্কা য়েংবীয়ু, গোপীশিং অসিনা ঐবু থিজরি হায়বদু ইবুংঙো নহাক্কা অমুক্তা নুংশিবিয়ু। ১/৩১

হে সম্ভোগকী মপু, হে নীংবাথুংহনবা, শরদ ঋতুদা নিংথিবা পুখ্রিদা ফজনা শাৎলবা থম্বালগী লৈয়োন মনুংবু হেন্না ফজবা নহাক্কী মীৎনা মরম ওইদুনা মমল পীদনা লেম্না ননাই ওইবা গোপী ঐখোয়বু নহাক্কা হাৎলে, মসিদা করিনা হাৎতবা কৌগদগে ? খুৎলায়না হাৎপদবু হাৎপা কৌবরা ? ২/৩১

হে ইবুংঙো পুন্নমক্তগী হেনবা ইবুংঙো নহাক্না ঐখোয়বু কালিয় লীনগী হুনা থল্লবা ঈশিংদগী, অঘাসুরগী গর্ভদা গর্ভগী মৈনা চাকপদগী, ইন্দ্রগী ব্রজ মাংনবা শিৎলকপা নোং নুংশিত্তগী নোংথাংদগী, লাম্মৈনা চাকপদগী, অরিষ্টাসুরদগী ব্যোমাসুরদগী অতৈ অতোপ্পা অকি অকিবা পুন্নমক্তগী ঐখোয়বু হন্না হন্না কনবিখ্রবনি, হুজিক্তি কামদেবনা হাৎপা অসিদগী কনবিররোয়দরা, নংতনা কন্বীদুনা তিংলবী ঐখোয়বু হুজিকসু কনবিদবা চুমদে। ৩/৩১

হে সখে, হে ইবুংঙো নহাক্তি যশোদাগী মচা নত্তে, শুংশোয় শোয়দবনি, মদুদি হকচাং পুন্নমক্তা থম্মোয়পুম্বগী নংনা শাক্ষিনি, জগৎজীব অসিবু হিংদুনা পানবা য়ানবগীদমক ব্রহ্মানা হায়জদুনা যদু শাগৈদা সাত্বতগী ধারাদা নংনা অবতার তৌবনি। ৪/৩১

হে বৃষ্ণিবংশগী অথোইবা, হে চান্নবা তাইবং পানবদা হন্না হন্না পোকপবু কিবদগী নংগী নখোং থম্বালদা চংজরিবা ননায় ভক্তশিংগী মরিদা অকিবা মাংহনবা, ভক্তগী নিংবা পীনবা লক্ষ্মীগী খুজেং পায়বা ইবুংঙো নহাক্কী নখুৎ থম্বালবু তোল্লবী গোপী ঐখোয়গী কোক্তা হাপ্পিয়ু। ৫/৩১

হে ব্রজ পুম্বগী অৱাবা মাংহনবা, হে অকনবা, হে ননাই ওইবশিংগী নাপল মাংহনবা মীনোক নোকপা হে সখে, ইবুংঙো নংগী ননায় ওইবী ঐখোয় পুন্নমকপু নিংবিয়ু, ফজরবা মায়থোং থম্বাল অদু নুপী ওইবী ঐখোয়দা উহনবীয়ু। ৬/৩১

খুরুমজবা ননাই পুম্বগী পাপ কোকপীবা নাপী চাবা ষনশিংগী তুংইন্দুনা লেংবা লক্ষ্মীগী চংনফম ওইবা কালিয় কৌবা লীনগী মতোক্তা হাপ্পা ইবুংঙো নংগী নখোং থম্বালবু ঐখোয়গী ইকোক্তা হাপ্পীয়ু অদুগা কন্দর্পগী মৈচাক অসি কোকহনবিয়ু। ৭/৩১

হে মীৎস্নানা থম্বালবু ঙমজবা, হে অকনবা পণ্ডিতশিংনা ঙম্নবা ওইবা ফজবা ব্রাহৈনা তিনবা নিংথিজরবা নয়াথংনা ঙক্লবী ঐখোয়বু নহাক্লা চিনবানগী মশক ওইবা অমৃত পীদুনা হিংহনবিয়ু। ৮/৩১

হে ইবুংঙো, প্রাননাথ ইবুংঙো নহাক্কী গুণ ফোংদোকপা ব্রাফমদি অমৃতমক্কি, আধিকভৌতিক অধিদেবিক অমসুং আধ্যাত্মক কৌবা তাপ অহুম্মা চাক্লবা জীবশিংগী হিংননবনি। মরম অসিনা বাল্মীকি, ব্যাসনচিংবা কবিশিংনা নংগী কথাবু লেংদুনা শক্ল শোন্নরিবনি, মদু তাজবতদা জীব পুম্বগী পাপ কোক্লরিবনি, তারুবা জীবগী মঙ্গল ওইবা অদুম্বা নংগী কথাবু মীওইবনা পৃথিবীদা শক শোনবা তাবা অদুগুম্বা জীবশিং অদু পুর্ব্বজন্মদা দান য়াম্না তৌরক্লবনি।৯/৩১

হে চান্নবা, হে লৌনম চাওবা, ধ্যান তৌবতদা মঙ্গল পীবা নংগী ফজবা মীনোক প্রেমগা লোয়ননা য়েংবা মীৎয়েং নহাক্কী বিহার অমসুং অদু অদুগুম্বা পুক্লিং শোক্লবা অচিকপদা সঙ্কেত তৌদুনা শান্নবা পুম্নমক অসিনা ঐখোয়গী পুক্লিংবু লাংতক্লহল্লে অদুনা নংগা কায়নবা মতমসিদা ইবুংঙো নহাক্কী কথা-ত শক শোনবতনা লেনবা ঙমদরে। ১০/৩১

হে নাথ, হে কান্ত ইবুংঙো নহাক্লা ষননচিংবা শাশিংবু শেন্নবগীদমক ব্রজগী বন্দা লেংখরবদা য়ুমদা লৈহৌবী গোপী ঐখোয়না ইবুংঙো নহাক্কী থম্বালবু ঙমজবা থোৎলবা শ্রীচরন্দা নাপীগী মতোন্না থিন্দুনা নাররিনি হায়না খনবদা গোপী ঐখোয়গী পুক্লিংনা নুংঙাইতবা অরাবা ফংই। ১১/৩১

হে অকন্বা, নহাক্লা নুমিদাংব্রাইরমদা অমুবা শমজোয় পুম্নমক্লা কুপ্লবা ষনগী উফুল তৈরবা মায়থোং থম্বালবু অসুম পুবা মতম অদুদা মদু ঐখোয়দা হন্না হন্না অসুম উহন উহন্দুনা ঐখোয়গী পুক্লিংদা কাম্বু পীনৈ। ১২/৩১

হে নুংশিবা পুক্নিংগী অরাবা কোকহনবা ইবুংঙো হে খুরুমজরিবা ভক্তশিংগী নিংবা থুংহনবা ব্রহ্মানা লাৎনরিবা পৃথিবী মগুণগী লৈতেং মঙ্গল ফংনবা ওইবা ইবুংঙো নহাক্কী নখোং থম্বালবু গোপী ঐখোয় পুম্নমক্কী কোক্তা হাপ্পিয়ু। ১৩/৩১

হে অকনবা অপাম নুংশিবু হেনগৎহনবা কায়না মৈচাক কোকহনবা খোঞ্জেল ফজবা বেনুনা নিংথিনা তাজবা মী ওইবগী মচাক মরল পাম্ববু কোকহনবা ইবুংঙো নহাক্কী অধরামৃতবু ঐখোয়দা পীনবীয়ু। ১৪/৩১

ইবুংঙো নহাক্না নুংথিলদা ব্রজবৃন্দাবন্দা লেংখিবা মতমদা ইবুংঙো নহাকপু উদ্রবশিংগী মবিদা পীকশরবা মতম খরতনা যুগ অমা ওইনা থোকই। ইবুংঙো নহাক্কী খোয় খোয়বা শমজোয়না লৈতেংবা মায়থোংবু য়েংজরিবা মীগী মীৎতা পা-শেম্বা ব্রহ্মা অদু হুনি। অসুন্না ঐখোয়না নিংই। ১৫/৩১

হে অতাবা নাইদ্রবা ঐখোয়না লাকপসু খংবা অমসুং ঈশৈগী খোংচৎ পুম্বা খংবা নহাক্কী রাংলবা বেনুগী ঈশৈনা শুমহৎলবী ঐখোয়না ইপুরোয়বা, ইচা, শাগৈ, ইবুং-ইপ্পা পুম্নমক হন্দোক্তুনা ইবুংঙো নহাক্কী নাক্তা লাকচরবীনি, অদুগা অহিংদা নুপীবু কনানা হন্দোকপা হৌনবগে। ১৬/৩১

ইবুংঙো নহাক্না অচিকপা মফমদা রতি প্রার্থনা তৌবা খংহনবা রা-ঙাং থম্মোয় মনুংদা হিপ্লিবা কামদেববু মপান্দা থোরকহনবা মীনোক অমসুং মীৎয়েং লক্ষ্মীগী মফম ওইবা পাক্লবা নহাক্কী থবাকপু উরগা হন্না হন্না পামই, পুক্নিংনা ঙকই। ১৭/৩১

হে ইবুংঙো, নহাক্না ব্রজ বৃন্দাবন্দা অবতার তৌবদি ব্রজবাসি, বনবাসি, পুম্নমক্কি অরাবা মাংহনবনি অমসুং বিশ্বজগৎ পুম্বগী মঙ্গল

ওইরিবনি ইবুংঙো নহাক্তবু পামজবা ননাই গোপী ঐখোয়গী থম্মোয় মনুংদা নংগা মরি লৈনবা অথুপ্পবু ইবুংঙো নহাক্না পামুবা থাদোক্তুনা খজিক্তং পীনবীয়ু। ১৮/৩১

হে ইবুংঙো নহাক্কী নৌরবা নখোং থম্বাল অদুবু ঐখোয়গী থবাক্তা নাখিগনি হায়না কিদুনা কায়দ-কায়দনা হাপচৈ, অদুগুম্বা নখোং থম্বাল অদুনা বন মনুংদা ইবুংঙো নহাক্না লেংলিবা অদুবু নুংকুপ মতোন অতুম্বনা য়ুদুনা নাদ্রনে ? মদুবু নারিগনি হায়না খল্লুবদা ঐখোয়গী বুদ্ধি অসি ত্তাওরদুনা ত্তক্লে। ১৯/৩১

মতাং অসিদা বেদব্যাস মুনিনা ইবিরম্বা শ্রীমদ্ভাগবত দস্ম স্কন্ধগী মনুংদা ৩১ শুবা অধ্যায়, শ্রীশ্রীরাস পঞ্চধ্যায়গীনা অহুমশুবা শরুক লোইরে।

## দস্ম স্কন্ধগী ৩২ শুবা অধ্যায়

## শ্রীরাস পঞ্চধ্যায় - মরিশুবা অধ্যায়

শ্রীশুকদেব মুনিনা হায় হে পরিক্ষিৎ নিংথৌ, গোপীশিংনা মসুম্না মখল মখা য়াম্না খোঞ্জেল ৱাংনা ঈশৈ শক্তুনা তেংথাদুনা শ্রীকৃষ্ণতবু উনিংবনা খাংত্তমদ্রদুনা ফজবা খোঞ্জেল্লা কপখি। ১/৩২

কপ্লিবী গোপী পুম্নমক্কী ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন মোমোন নোকপনা থম্বাল শাৎকায়বা মানবা মায়থোং থম্বাল ওইদুনা সনাফিগে থোম্দুনা বনমালাসু থোল্লদুনা তাইবং পানবা পুম্ববু শুমহৎপা কামদেববু শুমহত্তুনা থোরকখি। ২/৩২

চান্নথোয়বা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলক্লে হায়বা উরদুনা নুংঙাইবা মক্তনা মীৎ লাওনা পাংলবী গোপী পুম্নমক্না খোং-খুৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা

থৱায়বু হায়বদি শিরুরবা হকচাংদা থৱায় চংলক্কুনা হিংকৎলকপগুম্না গোপী পুম্নমক চপ মান্ননা হৌগৎলি। ৩/৩২

কনাগুম্বী গোপী অমনা চন্দ্রাবলীনা য়াম্না নুঙাইদুনা মহাক্কী খুৎ অনিনা খুজোক শারগা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ লৌশিঞ্জখি, কনাগুম্বী অমনা শ্রীরাধাগী চান্নবী অমনা (শ্যামলা) চন্দন তৈদুনা লৈতেংবা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম্বু মহাক্কী লেংবান্দা হাপচখি। ৪/৩২

কনাগুম্বী গোপী অমনা মহাক্তি চন্দ্রাবলীগী সখি শৈব্যানা মহাক্কী খুৎনা খুজোক শারগা শ্রীকৃষ্ণনা শায়রিবা পানাবু লৌখি, কনাগুম্বী অমনা হায়বদি চন্দ্রবালীগী সখি পদ্মানা শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী মৈনা চাকলুরবী ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরন পদ্মবু লৌখৎতুনা মহাক্কী মকোক্তা হাপচখি। ৫/৩২

গোপী অমনা হায়বদি শ্রীরাধা পিশুম থেক্কুনা প্রেমগী অশাওবনা ঙকখরবী ওইদুনা খাচিক্কুনা মীৎচিনা তেন ওইনা শ্রীকৃষ্ণদা থাদুনা য়েংখি। ৬/৩২

অতোপ্পী গোপী অমনা হায়বদি ললিতানা মীৎ অনিনা ইকুপ কুপ্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখবু য়েংনা য়েংনা পেনবা লৈখিদে মদুদি সাধুশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরনবু লেপ্তুনা নিংবনা সেবা তৌদুনসু পেনবা নায়দবা অদুগুম্বনি। ৭/৩২

কনাগুম্বী অমনা, বিশাখা সখিনা মহাক্কী মীৎকী অহোবদা থোং ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণবু হৃদিদা (থম্মোয়দা) থম্লগা চেৎনা কোল্লি, মতম অদুদা মশা পুম্বা তুজুংলকই, নুঙাইজবনা মশা পুম্বা থন্দুনা যোগীগুম্না লৈ। ৮/৩২

গোপী পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণবু উবগী নুঙাইবমক্তনা মী ওইবনা ঈশ্বরবু নত্রগা পণ্ডিতশিংবু ফংলগা তৌবগুম্না কায়না মৈচাক পুম্বা কোকরে। ৯/৩২

হে পরিক্ষিৎ মহারাজ পরমাত্মানা সত্ত্বনচিংবা শক্তি পুম্নমক্না অদু নত্রগা লাইনিংবা মীনা খংবা ঙম্বা লৌশিং, পাঙ্গল, লিংজেলনচিংবনা অদু নত্রগা পুরুষনা প্রকৃতিনচিংবা উপাধি পুম্নমক্না তিল্লগা, কোয়শিল্লগা থোইদোক্না নিংথিজৈ অদুগুমদুনা অৱাবা কোক্লবী মখোয় পুম্নমক্না কোয়শিন্দুনা ঐশ্বর্য্য তরুক্না তিল্লবা অতাবা নাইদ্রবা কৃষ্ণনা থোইদোক্না নীংথিজখরে। ১০/৩২

শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমক পুরদুনা যমুনাগী মপান্দা কুমদুনা নিংথিজখি, যমুনা মপান অদুদি কুন্দো মন্দারনচিংবা লৈ ময়ামগী মনম নুংশিৎনা পুরকপা থেংনবদা খোয়মু ময়াম্না কোয়পায় পায়বা, শরদ ঋতুগী লৈচিন পক্তবা অশেংবা অতিয়াদা থোকপা পুর্নিমাগী থাবলনা অহিংগী অমম্বা কোকখরে, অদুনা নুঙাইরবা মফম্নি, মদুদা যমুনাগী খুৎশেম ওইবা ইথক্না লৈঙোয় ময়াম অদু পাক্না শন্দোক্লবা মেঙলবা মোল্লবা লৈঙোয়না তিল্লবা যমুনা মপান্দা কুমদুনা থোয়দোক্না নিংথিজখি। ১১-১২/৩২

গোপীকা পুম্নমক্না যমুনা পুলিন্দা শ্রীকৃষ্ণনা ঙাম্বোইরিবা অদু উবদা মখোয়গী পুক্নিংনা পামজদুনা খঞ্জবা পুম্নমক থুংজরে মদুদি বেদশিংনা তৌবগুমই, গোপীশিংনা মখোয়গী থবাক্তা তৈবা কুঙ্কুম চন্দন চুরবা মনম নম্লবা ইন্নফিনা মখোয়গী চান্নথোয়বা শ্রীকৃষ্ণগীদমক আসন থাখি, ফিদা থাখি। ১৩/৩২

গোপীশিংনা থারবা আসন্দা শ্রীকৃষ্ণনা ফম্লে গোপী ময়াম্না সেবা তৌজরে, ঐশ্বর্য তরুক্না লেংদনা লৈবা পুম্নমকপু ইবুংঙো মহাক্না ৱায়েন তৌবা, যোগেশ্বর পুম্বনা মহাক মহাক্কী থম্মোয়দা মহাক্কী আসন থাজবা, শ্রীকৃষ্ণনা মরোল অহমগী মবেম্মা লক্ষ্মীগী তুংনফম ওইবা শ্রীঅঙ্গবু পুরদুনা ঙানখি। ১৪/৩২

নায়িকাশিংগী অপাঙ্গা পোকহল্লিবা কৃষ্ণবু নিংথিনা সন্মান তৌরগা মোমোন নোকপগা লোয়নরবা লীলাগী মীৎয়েংনা কেবগী য়েক্লবা পীশুমনা লৈতেংলবী গোপীশিংনা তম্পাক্তা হাপ্লিবা খোং খুৎ অনিদা নিংথিনা নোইরদুনা নোনজ ৱাহৈনা শাওরংননা হায়খি। ১৫/৩২

গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জখি - হে কৃষ্ণ কনাগুম্বীশিংনা মাবু নিংববু নিংই, কনাগুম্বনা মসিগী ওন্ন-তৈননা তৌই, মাবু নিংববু নিংদে, মসিগী মরমদা মসিনা ফৈ, ফত্তে হায়বা নিংবগী গুণ দোষবু ঐখোয়দা য়াম্না নিংথিনা তাকপিয়ু। ১৬/৩২

শ্রীভগবান্না হায়খি হে গোপীশা মাবু নিংববু নিংবদি মখোয়গী মহৈ-মহৈ মশাগী কান্ননবা নিংবনি, মদুদি চান্নবা নত্তে ধর্ম্মসু ওইদে, মরম অদুদগী মা-মাগী কান্ননবা তৌবা নত্তনা করি অমত্তা লৈতে। ১৭/৩২

হে খ্বাং ফজবী গোপীনা মাবু নিংদববু নিংবদি মমা-মপানা মচাবু নিংবগুম্বনি মদুদি করুনানি, চান্নবনি, মদুদা চান্নবদা নত্তনা নুংশিবসু ওই, মসিদা ধর্ম্মসু ওই। ১৮/৩২

কনাগুম্বশিংনা মাবু নিংববু নিংদে, মখোয় অদু মী মখল মরিনি— ১-আত্মারামা - ব্রহ্মানন্দ ফংলবা আত্মারাম শিংনা তৌই। ২-নিংবা থুংলবা মী অমা মসুম তৌই, ৩-তৌবীমল খংদবশিং অমা তৌই, অমসুং ৪-মাবু উপকার তৌবা মাদি গুরুগুম্বনি, অদুবু হিংশা তৌবা মীনি। ১৯/৩২

হে সাখিশা ঐদি ঐবু নিংবশিংবু ইতৎ তত্তনা ঐবু নিংহনগে হায়দুনা ঐনা মাবু নিংদবা ওইনা লৈ, মদুদি লায়রবনা লন ফংলগা মাংখ্রবদা মাংখিবা লন অদুতা খন্দুনা লৈখিদুনা পুম্নমক কাউই, মদুগুম্না ঐবু অমুক্তং ফংখিবনা ঐবুমক্তা খনবদা অতৈ অতোপ্পা অমা খংদে। ২০/৩২

হে পাঙ্গল শোন্বীশা, হে চান্নবীশা নখোয়না ঐতবু ফংগে হায়দুনা মীওইবা লোক্কী চৎনবী থাদোক্তুনা নিংখরে, বেদগী ধর্ম্মসু থাদোকখরে, নখোয়গী জ্ঞাতি কুল হুন্দোকখরে, অসিগুম্বী নখোয়না নিংলিবা সেবা অদুবু ঐনা তত্তনা তৌহনগে হায়দুনা উহন্দনা খংহন্দনা নখোয়বু নিংদুনা লৈবনি, ঐদি নখোয়গী চান্নবনি অদুনা চান্নবা ঐবু দোষ তৌগনু। ২১/৩২

ঐবু তাৎ য়াওদনা নিংবা নখোয়গী ঐনা নিংথিবা থবক অমা তৌদুনা লমনখুম্বা শিদবা লাইওইবগী পুন্সিনা ঙম্লরোই নখোয়না থদৎপা য়াদবা য়ুমগী অফা অপুন পুম্নমক থদৎতুনা ঐবু নিংবনি, নখোয়না নিংখিবা অদুতনা গোপী নখোয়না তৌবগী (ঐবু নিংখিবগী) লমন খুম্বা ওইসনু। ২২/৩২

মতাং অসিদা দস্ম স্কন্ধগী মনুংদা ৩২ শুবা অধ্যায়, রাস পঞ্চধ্যায়গীনা ৪ শুবা অধ্যায় লোইরে।

অসুম্না মরিশুবা অসিদা ফোংদোক্লিবা নুংগী ওইবা ঈচেলদি গোপীশিংগী অৱাবা কোকহল্লগে হায়দুনা ইখং খংহৌদনা গোপীশিংগী ময়াইদা ইবুংঙোনা ফাওরকখি। মসিবু আবেরভুত হায়না কৌই।

**দস্ম স্কন্ধগী ৩৩ শুবা অধ্যায়**

**শ্রীশ্রী রাস পঞ্চধ্যায় - মঙাশুবা অরোইবা অধ্যায়**

শ্রীশুকদেবনা হায়খি ঃ–

ব্রজগোপী পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গপুম্বনা শোকপীদুনা পুক্লিং পামজবা নিংবা পুম্নমক থুংলদুনা কায়ন মৈচাক পুন্বা থাদোকখরে, কোকখরে। ১/৩৩

যমুনা মপান অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা খুদুম চল্লবী পেল্লবী মহৈ-মহৈ পান্থোম মশেন পায়নরবী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণনা নিংলিবা পূর্ক্লিংগী মতুংইন্দুনা শ্রীগোবীন্দনা রাস ক্রীড়া শান্নবা হৌগৎখি। ২/৩৩

গোপীগী মকোয়না কোয়শিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা ময়াইদা লৈবা রাস কুম্মৈ হৌগৎখরে, যোগেশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মহাক্কী খল্লুদুনা লাম্বা ফংদবা পাঙ্গলনা মপান্দা কোয়রিবী গোপীশিং অদুদা অনি অনিগী মরক্তা চংদুনা গোপীশিংগা কোন্নখি, মতম অদুদা গোপীশিংনা মহাক মহাক্কী মনাক্তা ইরেং লেংদনা শ্রীকৃষ্ণবু লৈ, অসুম্না নিংখি। ৩/৩৩

শ্রীকৃষ্ণনা রাসমণ্ডলীদা জগোয় তেক শাবদা য়েংনিংবনা লাংতক্লুরবা লাইশিংনা মা মাগী ভর্যাগা হায়বদি নুপীশিংগা লোয়নদুনা লাকপগী দোলায়তনা অতিয়া থনখরে। ৪/৩৩

রাস লীলা হৌগৎলবদা লাইশিংনা দুন্দুভি য়ৈখি, লৈতনা নোং ওইনা চুখি, অপ্সরাগা লোয়নদুনা গন্ধর্ব পতিশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মক্তুবা গুণবু শকখি। ৫/৩৩

রাসমণ্ডল অদুদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নলনা শান্নরিবী গোপীশিংগী খুদাংদা শিরিবা খুজিশিং খোংদা শিরিবা নুপুর অমসুং কিঙ্কিনি পুম্নমক্কী খোঞ্জেল্লা য়াম্না নিন খোংখি। রাস মণ্ডল অদুদা সনানা থাম্লবা মনিশিং অনি অনিগী মরক্তা ইন্দ্রনিলমনিনা ফজবগুম ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা থোয়দোক্লা ফজখি। ৬-৭/৩৩

শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয় ওইবী গোপীশিংনা জগোয় শাবগী মখল মথা য়াম্লবা খোংথাং অভিনয় তৌবদা পান্থোম মহায় ময়ান, মোমোন নোকপগা লোয়নলনা জগোয় শাবদা তেক্কদবগুম উরবা খ্বাংগী জগোয় হায় হুম্লবা থবাক অমসুং শেৎলি ইল্লিবা ফিগী হায়হুম্বা পুম্নমক অসি খুদম ওইদুনা

গোপীশিংনা শম্ম অমসুং লংশুংনা চেৎনা পুল্লদুনা শ্রীকৃষ্ণবু শোল্লদুনা নোং ময়ামদা নোংথাংনা তৌগুন্না নিংথিজখি। ৮/৩৩

জগোয় শারিবী রাগ পুন্নমক্লা মখোয়গী খৌনাওদা চুদুনা লৈরিবা, শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবতা পাম্বী শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু শোকপীবা অদুদা পেল্লবী ইবেম্মা গোপীশিংনা খোঞ্জেল য়াংনা শ্রীকৃষ্ণবু থারদুনা ঈশৈ শকখি। গোপীশিংগী ঈশৈ অদুনা জগৎ পুন্নমক অসি শিনবা থুংখি। ৯/৩৩

কনাগুম্বী গোপী অমনা কৃষ্ণগা রাগ অমত্তদা মান্ননা ঈশৈ শকমিন্নরগা কৃষ্ণনা শকপা স্বরগী জাতিদা মথং অমা হায়গৎতুনা শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙান তাহনখি, মদু তাবদা হৈরেদা হৈরেদা হায়দুনা থাগৎপীখি, কনাগুম্বী গোপী অমনা মদুমক হায়বদি হান্না শকখিবা অদুমক ধ্রুব কৌবা তালদা লাওথৎখি, মহাক্না মঙোন্দসু য়াম্না ইকায়খুম্নবা পীরিখি। ১০/৩৩

খুজি মাল্লিকা কোমদুনা নাম্থরবী কনাগুম্বী অমনা রাসদা ৱারক্লদুনা মপাম্মোম্না নাক্তা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান পায়খি। ১১/৩৩

কনাগুম্বী অমনা মহাক্কী লেংবান্দা হাপ্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্মোম, থরোগী মনম নম্লবা, চন্দন তৈবগী মনমবু নম্লগা নুঙাইবনা মতু চুংলদুনা ইফোং ফোংনা চুপচখি। ১২/৩৩

কনাগুম্বী অমনা জগোয় শাদুনা হায় হুমদুনা ফজরবা কুণ্ডল নায়িন্না নিংথিজরবা মাগী খজায়বু শ্রীকৃষ্ণগী খজায়দা হাপচখি, মতম অদুদা ইবুংঙোনা হারিবা পানা অদু গোপীকা অদুদা ইনবীখি। ১৩/৩৩

কনাগুম্বী অমনা খোংদা শিরিবা নুপুর, খ্বাংদা মেখলানা তালগী মতুংইন্না মখোল থোক্লবী ওইদুনা ৱারদুনা জগোয় শানা শানা, ঈশৈ শক্লা শক্লা চংলক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ থম্বালবু মখোয়গী স্তন অনীমক্তা (থাদা) হাপচখি। ১৪/৩৩

লক্ষ্মীগী খমথেংবা চান্নবা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী চান্নবা ওইবা ফংলবা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী পাম্বোম অনিনা কোল্লদুনা শ্রীকৃষ্ণমক্তবু থাগত্তুনা ঈশৈ শক্তুনা শান্নখি। ১৫/৩৩

নাগী থরো পুম্নমক্কা শমজোয়গী শেক পুম্নমক্কা অমসুং খজাইগী হুমাং পুম্নমক্কা মায়থোংদা নিংথিজরবী গোপীশিং অদো মাগী মাগী মশম পুম্নমক্তগী লৈ মালা নাম্বুনা খুজি খোংজি খ্বাং শরিকী খোঞ্জেল পুম্নমক্কা লোয়ননা খোইমুনা ঈশৈ শক্লবা রাসকী সভা অদুদা ভগবানগা লোয়ননা জগোয় শাখি। ১৬/৩৩

রাধাগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু আলিঙ্গন তৌবা গোপীশিংগী থবাক্লচিংবদা খুৎনা শোকপা থোৎনা অনুরাগগা লোয়ননা য়েংবা অথোয়বা বিলাসকা লোয়ননা নোকপা অসিনচিংবা তৌদুনা অঙাংনা মিংশেলদা তাবা মমিগা শান্নবগুম শান্নখি। ১৭/৩৩

হে কুরুগী শাগৈ চিংখৎপা, গোপীকা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগা শোক্লবা তিন্নবগী নুঙাইবনা হাকমনখিদুনা মখোয়গী ইন্দ্রিয় পুম্না চোকথ হুইথখরে। মখোয়গী হকচাংদা শিরিবা লীক, লৈ নাম্বোক্লে, শম অমসুং ইন্নফি থাখুম্নচিংবা শেমজিন্বা থাঙ্গৈশেংনবা ঙমদরে। ১৮/৩৩

লাইগী নুপী পুম্নমক্কা কান্না মখোয়বু নোয়হক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা অদু উরগা ঙকখি, থৱানমিচাক ময়ামগা থোক্লিবা থাসু ঙকখি। ১৯/৩৩

শ্রীকৃষ্ণনা আত্মারাম ওইদুনসু ইরাই লায়না গোপীশিংগী মশিং অদুক ইবুংঙোসু ওইদুনা গোপী খুদিংগী শ্রীকৃষ্ণ অমমম্গা লোয়নদুনা শান্নখি। ২০/৩৩

হে পরিক্ষিৎ, য়াম্না শান্নবনা ৱারবী গোপীশিংগী মায়থোংবু থৌজানবিবা শ্রীকৃষ্ণনা মঙ্গলগী মশক ওইবা শ্রীহস্তনা য়াম্না নুংশিনা তৈথোকপিখি। ২১/৩৩

স্বাধিন ভর্ত্তৃকাবস্থাদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্তনা শোকপীবদা হরাওরবী গোপীশিংনা ফজরবা সনাগী কুণ্ডল নায়িন অমসুং শমজোয়গী ফজবা মণ্ডান্না চায়রুং অনিগী ফজবা অদুনা অমৃত ওইরবা মীনোক, মিৎয়েংনসু মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু সম্মান তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা তৌখিবা লীলাবু ঈশৈ ওইনা শকচখি। ২২/৩৩

গোপীশিংগী থবাক্তা তৈবা কুঙ্কুম চন্দন চুদুনা ঙাংঙ্ক্রানরবা গোপীশিংগী হকচাংগা তক্করুরবা শ্রীকৃষ্ণগী বনমালা মদুগী মনম অদুনা গন্ধর্ব্ব অথোয়বগুম্না ঈশৈ শকপা, খোয়মুশিংনা ইবুংঙো নহাক্কী মতুংইন্না পায়রবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়নরদুনা পন থুদেক্তুনা শামু অথোয়বনা তৌবগুম্না শান্নবনা ব্বারদুনা অব্বাবা পোত্থানবগীদমক যমুনাগী ঈশিংদা কুমখি। ২৩/৩৩

হে পরিক্ষিৎ নিংথৌ, শ্রীকৃষ্ণবু ঈশিংদা গোপীশিংনা কোয়শিন্দুনা প্রেমগা লোয়ননা য়েংদুনা য়াম্না কন্না চায়শিল্লি, অতিয়াথক্তা বিমান তোংদুনা য়েংলিবা লাইশিংনা লৈগী নোং চুথরকখি, লৈশি-লৈথোঞ্জরকই, মসুম তৌদুনা আত্মারাম ওইদুনমকপু শামু অথোয়বনা তৌবগুম গোপীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা যমুনাদা গোপী ময়াম্না কোয়শিন্দুনা জলকেলি তৌই। ২৪/৩৩

জলকেলি লোয়রবা তুংদা, ঈশিংগী, কংফালগী লৈনম পুবা নুংশিৎ নামিবনা লৈতেংলবা যমুনাগী উপবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা খোয়মুগা লোয়ননা নুপী অথোইবী গোপীশিংনা কোয়রদুনা মচুম তাবা শামু অথোইবনা শামু অমোমশিংগা লোয়ননা শান্নবগুম্না কোয়না কোয়না চৎখি। ২৫/৩৩

মসুম তৌদুনা গোপী পুম্নমক মবুংঙো মাবু পেল্লবা মঙোন্দা চরম ধাতুবুদি থিংদুনা হায়বদি নুপী নিপা ওইবগী অরোনবা লমচৎ থিংদুনা কামবু জয় তৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মঙোন্দা সুরতগী মরিদা ওইবা হাব-ভাব-নচিংবা থমদুনা থাবল ফবা নোং তাদবা শরদ ঋতুদা

কবিশিংনা কাব্যদা লেংবা রস পুম্নমক্না তিনবা অহিং পুম্নমকপু সেবা তৌখি। মদুগী নুঙাইবা অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা লৌখি। ২৬/৩৩

নিংথৌ পরিক্ষিৎনা হায়জখি, জগৎপতি শ্রীভগবান্না ধর্ম্ম কায়হল্লোয় পাপ লৈহল্লোয়, হায়বগীদমক বলদেবগা লোয়নদুনা অবতার তৌই। ২৭/৩৩

হে ব্রাহ্মণ (শুকদেব) ধর্ম্মগী মর্যাদা মসুপকী মখৈনি হায়না তাকপিবা মশানসু তৌবা ঙাকসু ঙাকপিবা শ্রীকৃষ্ণনা পরদারগা নুঙাইনবা ধর্ম্ম কায়ববু করম্না তৌখিবনো। ২৮/৩৩

হে সুব্রত মুনি যদুপতি শ্রীকৃষ্ণদি নিংবা থুংদুনতা লৈবনি, অদুগা ইবুংঙো মানা করিগী নিন্দা তৌনবা ওইবা থবক অসি তৌখ্রিবনো ? করিগুম্বা অমা তৌগে নিংদুনা তৌরমগনি, ঐখোয়গী চিংনবসি কোকহল্লু। ২৯/৩৩

প্রজাপতি, ইন্দ্র, মিত্রনচিংবা তৌবা ঙম্বশিংনা তৌবা ধর্ম্ম কায়বা থবকশিং তৌখি হায়বা খ্বাইনা উনৈ, মদু মতিক চাওবশিংনা তৌবদি কর্ম্মগী দোষনা মখোয়দা শোকপা ঙমদে, অদুনা মৈনা পুম্নমক চাকপগুম্না দোষ লৈতে। ৩০/৩৩

মানা মানা তৌবা কর্ম্মফলগী মখা পোনবা ঈশ্বর নত্তবা জীবনদি শাস্ত্রনা য়াদবা পরদার য়েংবনচিংবা থবকপু তৌবদি থম্নদুনা পুক্লিংনা ফাওবা নিংবা য়াদে, মসিবু খংদদুনা তৌরবদি মহাদেব নত্তবনা সমুদ্রদগী থোরকপা হুবু চারুরগা মাংবগুম্না মাংই। ৩১/৩৩

মতিক চাওবশিং পাওতাক য়াথংদি চৎকদবনি, প্রমানসু ওইগদবনি, ঈশ্বরনা চৎপা লীচৎতি করিগুম্বদা প্রমান ওইনবা চৎনবা ওই মদুদি ঈশ্বরনা তাকপগা লোয়ননা মীচৎপুদি ঈশ্বর নত্তবনা চৎকদবনি। ৩২/৩৩

হে মহারাজ পরিক্ষিৎ, ঐগী হায়বা নাইদ্রবা মখোয়শিং অসিদগীদি অফবা লমচৎ পুন্নমক্তা ইহলোক পরলোক, অনিদসু কান্নবা লৈত্রে, ওন্ন-তৈনবা লমচৎনসু কান্নদবা অমাংবা লৈতে। ৩৩/৩৩

মখোয়বুদি ৱায়েন তৌগদবা ওইদুনসু অহঙ্কার ঐ হায়বা নাপল লৈত্রবা সাধুশিংদদি পাপ্পা অৱাবা, পুন্যনা নুঙাইহনবা ঙমদবদা জীব পুন্নমক মী, লাই, শা, উচেকনচিংবা জীব পুম্নবু ৱায়েনবা শ্রীকৃষ্ণনা পাপ, পুন্য তৌবা লৈবা হৌনবরা। ৩৪/৩৩

মুনিশিংসু মহাক্কী চরন থম্বালগী লৈরিকপু সেবা তৌজবদা পেল্লবা মুনিশিংনা মাগী যোগগী পাঙ্গলনা কম্মগী অফা অপুন পুন্নমক কোক্তুনা অফা-অপুন য়াওদনা মনিং তৌনা কোইনা চৎলি, মনিং তৌবা হকচাং ওইরিবা মহাক অদুনা কদাইদগী অফা-অপুন লৈগদগে। ৩৫/৩৩

গোপীশিংগী মখোয়গী মপুরোয়বশিংগীসু ইবুংঙো মহাক্তা মনুংদা লৈবা পরমাত্মানি, মাতনা হকচাংগা লোয়নবা জীব পুম্বগী আত্মানি, অদুগুম্বা মপু অদুনা তাইবংপানবা অসিদা শান্নদুনা হকচাং পানবা ওইনা লৈবনি। ৩৬/৩৩

মনাই ভক্তশিংবু থৌজানবীদুনা মী ওইনা পোকপীদুনা ইবুংঙো মহাক্তা শান্নখিবা লীলা পুন্নমক তারগা মীওইবনা শ্রীভগবান্দা চংজনবা অথোইবা ওইগনি। ৩৭/৩৩

শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা শুমহৎলবা ব্রজবাশী গোপীশিংনা মহাক মহাক্কী নুপী গোপীশিংবু মা মাগী নাক্তা লৈ হায়না নিংদুনা শ্রীকৃষ্ণদা য়েক্লবা তৌখিদে। ৩৮/৩৩

ব্রহ্মাগী অহিং অমা হায়বদি মহাযুগ লীশিং অমগী পরিমান মতম হৌখরবদা নোংপোক মায়কৈদা চীঙখৈ হুনবগী নুমিৎকী মঙাল

অঙাংবা থোরক্লবদা ভগবানগী প্রীয় ওইবী গোপীকাশিংনা মখোয়বু শ্রীকৃষ্ণনা য়ারদুনা চৎলো হায়না য়াথং পীরদুনা চৎনিং চৎনিংদনা মহাক মহাক্কী য়ুম য়ুমদা হনখি। ৩৯/৩৩

ব্রজ গোপীশিংগা লোয়নদুনা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা রাসলীলা অসিবু মীওইবনা থাজবগা লোয়ননা তাগদবনি, নিংগদবনি অমসুং চীন্নসু লীগনি, হায়বসু হায়গদবনি, মদুন্না তৌরবদি মী অদু ইন্দ্রিয় লাকশিনবা ঙম্বা ভগবানগী মফমদা অথোইবা ভক্তিবু ফংদুনা থুনা থম্মোয়গী লায়না অপাম্বা হায়বা অসি লোইনা কোকই। ৪০/৩৩

মতাং অসিদা শ্রীবেদব্যাস মুনিনা লেংবীরম্বা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরানগী দস্ম স্কন্ধগী মনুংদা "**শ্রীশ্রীরাস পঞ্চধ্যায়**" হায়না খংনরিবা অধ্যায় মঙাগী অরোইবা ওইরিবা অধ্যায় ৩৩ শুবদু লোইরে।

*******

# “মহারাস লীলাদা শ্রীকৃষ্ণ”

শ্রী বেদব্যাসদেব মুনিনা তপ কয়া তৌজদুনা, ঈশ্বর কয়ামুক নিংজদুনা “শ্রীমদ্ভাগবত” হায়না কৌবা মহাপুরান, স্কন্ধ তরানিথোইনা (তাঙ্কক তরানিথোই) শাবা মহা পুরান অসি লেংঙৈ। অসিগুম্লবা স্কন্ধ তরানিথোই অসিগী মনুংদা দস্ম স্কন্ধদা (তরাশুবা তাঙ্কক) পরমাত্মা ঈশ্বরগী মশক ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মীওইবগী মপোক্তা পোকপিদুনা মীওইবগী অরান খুভম ফংননবগীদমক লীলা কয়া শান্নবিখি।

অসুম্না শান্নখিবা লীলাশিং অসিগী মনুংদগী সরদ ঋতুগী মতমদা আশ্বিন পুর্ণিমাগী নুংশিরবা অহিংদা কত্যায়নী (দুর্গাদেবী) বু পুজা তৌজরিবী ব্রজ গোপীশিংগা লোয়নদুনা যমুনা পুলিন্দা (যমুনা মপান্দা) শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নদুনা শান্নজখিবা লীলাবু মহারাসলীলা কৌই হায়না শ্রীমদ্ভাগবতনা বর্নন তৌরি।

রাস লীলাদা মহা হায়বা ৱাহৈ হাপচিন্দুনা মহারাস লীলা হায়বগী মতাংদা চাওরাকপা মরম খরদং অমুক থমজরি। “মহা” হায়রিবা অসি মীনা তৌওমদবা থবক তৌববু “মহা” হায়বা ৱাহৈ অসি হাপ্তুনা শিজিন্নৈ। মদুদি হন্দক কত্যায়নী পুজা তৌরিবী গোপীশিং অসি গোপী লিশিং তরাতরুক্কী হায়না ভাগবতনা বর্ণন তৌরি। অসিগুম্লবা গোপী লিশিং তরাতরুক্কা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা শকলোন লিশিং তরাতরুক পুথোক্লুনা রাস লীলা শান্নখি। অসুম্না মীওইবনা ওম্লরোইদবা অমসুং তৌওম্লরোয়দবা থৌদোকশিং

অসিবু ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণতনা শান্নখি। মরম অসিদগী "মহা" হায়বা ৱাহৈ (উপাধি) অসি হাপ্তুনা মহারাস লীলা হায়রিবনি।

রস পুন্নমক্না তিনববু "রাস" কৌই হাইনা গুরুজনশিংনা তাকপী। হায়রিবা ৱাফম অসি অচুম্বনি, অদুবু করি করি রসনো হায়বা থিদোকপা অমা চংই। সাধু বৈষ্ণবশিংনা নিংনরি রসরাজ ত্রীভঙ্গ রুপ, শ্রীকৃষ্ণগী রস রাজ ত্রীভঙ্গ রুপ হায়রিবা অসিগী নুংগী ওইবা চাওরাকপা মশক্তি রস পুন্নমক্কি তুংনফম ওইবা শাথেক অহুন্না লৈতেংবা হায়বনি।

নিংতবু নিংলবদি শোয়দনা থুংহল্লি। মনায়শিংনা নিংতবু নিংলবদি শোয়দনা থুংহল্লি হায়বসিগী মরমদা মতাং অমতং লৌখৎচরি। ব্রজগোপীশিংনা চরা নাম্মা হেন্দুনা লৈপাকথক্তা হিপচদুনা কত্যায়নি ইমা (দুর্গা) বু পুজা তৌজবনা মরম ওইদুনা অমসুং ব্রত কয়া কৎচদুনা বর নিজখিবা মরম্না শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মহারাস লীলা শান্নবা মতমদা গোপী অনি অনিগী মরক্তা কৃষ্ণ অমমম্ লৈদুনা গোপীশিংনা নন্দগী মচা কৃষ্ণ অদু ইপুরোয়বা ওইজগে হায়না নিজখিবা অদু মতাং অসিদা থুংহনখি। এক গোপী এক শ্যাম হায়না খংনৈ। নিংতবু নিংলবদি শোয়দনা থুংহল্লি হায়বসিগী ৱাফম অমনা কৃষ্ণ হায়বা অসিদি মনায় ভক্তগী মখা পোল্লি হায়দুনা 'ভক্তবৎসল" হায়বা মিংথোল অসিনা জগৎতা ফাওরিবনি।

কৃষ্ণনিংবদা নাপল তৌবা য়াদে, নাপল য়েথেকই, কৃষ্ণ ফংদে হায়বগী মরমদা মতাং অমগা অমুক লৌখৎচরি। বংশিবট্টা শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা উনরদুনা লৈশি লৈথোঞ্জবা ৱাহৈ কয়া ঙাংন শান্নরবা লোয়রবদা মন্দলীদা লেংথোক্তুনা রাস লীলা শান্নরকপা মতমদা ব্রজগোপীশিংগী মপুক্তা নাপল কারকখি। মদুদি কৃষ্ণ হায়বা অসি গোপী

ঐখোয়গী খুদুম চন্নবনি অদুনা ঐখোয়না তৌ হায়বদা তৌগদবনি, ঐখোয়গী খুৎতা লৈরবনি।

অসুম্না ব্রজগোপীশিংনা মপুক নুংদতা নাপল তৌরুবদগী মীনা নিংলিবা খঙবা ঙম্না অন্তর্যামী ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা নাপল তৌবা য়াদবা অমসুং নাপলবু মাংহনগে হায়দুনা মফম ইখং খংহৌদনা গোপী মরক্তা শান্নরম্বদগী মাংথোকখরে। রাসলীলাগী মনুংদা মতাং অসিবু কৃষ্ণ অন্তর্ধান হায়না খংনৈ। কৃষ্ণ নিংবদা নাপল তৌবা য়াদে। নাপল মাংহল্লি হায়দুনা ইবুংঙোগী মীংবু "গর্ব্বহরি" হায়না জগৎনা খংনরিবনি।

"চানবী হৈবা মনাইশিংগী অৱাববু মাংহনবা "দুখহরি" হায়বা মীংথোন্না ইবুংঙো মাগী লৈতেং ওইবা অসিগুম্লবা মতাং অমমুক লৌখৎচরি।

শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলা শান্নরম্বদগী ইখং খংহৌদনা মাংথোকখ্রবদা ব্রজগোপী পুম্নমক্না তিন্নজদুনা অসুম্না ঙাংনখি। ইতাশা শ্রীকৃষ্ণনা চানবীদদুনা নুংশিবীদ্রবা গোপী ঐখোয়গী হকচাং অসি হিংদুনা লৈরুবগী কান্নদ্রে, মরম অদুনা ঐখোয় ঐখোয়গী থৱাই অসে যমুনাদা কৎলুরসি। অদুতদা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবীবা ওইরসনু শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংদ্রবনিনা ব্রজসিদা হিংদুনা লৈরুবগী অর্থ থোকতরে।

অসুম্না গোপী পুম্নমক্না অমত্তা ওইবা লীচিংনা পুন্দুনা যমুনা মপান্দা লাক্তুনা খোঞ্জেল ৱাংনা কৃষ্ণবু কৌদুনা কপ্পরকখি। মতম অদুদা "ভক্তবৎসল" মনাইভক্তনা খুদুম চনবা "দুখহরি" অৱাববুসু মাংহনবা শ্রীকৃষ্ণনা ইখং খংহৌদনা গোপীশিংগী মরক্তা ফাওরকখি। ইখং খংহৌদনা মাংখিবনা "শ্রীকৃষ্ণ অন্তর্ধান" হায়না খংনৈ, ইখং খংহৌদনা ফাওরকপনা "শ্রীকৃষ্ণ অবেরভুত" হায়না খংনৈ।

অসুম্না ইখং খংহৌদনা ইবুংঙোনা ফাওরকপা মতম অসিদদি ইবুংঙোগী শক্তম নুংশিরবা "গোপীচিত্তহারি বাকা বংশিধারি, মোহন সিখি চুড়া" অর্থ গোপীশিংগী থম্মোয়বু হুরানবা, পুক্লিং হুনবগী মশক ওইবা চুড়া থোনবা বাঁশি পায়বা জগৎপু শুমহৎনবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা, শিরসি লেপ্পরিবা গোপীশিংগী ময়াইমক্তদা মোমোন মোমোন নোক্তুনা নুংশিরবা বাঁশিগী খোঞ্জেন্না চাক্লম্বা মৈরী ঈশিংনা মুৎথৎপগুম্না খোংলকখি। অদুগুম্লবা মীরবা বাঁশিগী খোঞ্জেল তাবদা ব্রজগোপী পুম্নমক্না শিরুরবা হকচাংদা থৱাই অমুক হঞ্জিল্লক্লুনা হিংবগুম হরাওজখি।

ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু নিংজবদা তবাই তবাইনা ফংদে, মী-মীদুগী মপুকচেন্নচিংবা লেপ্পবরা হায়দুনা পরিক্ষা তৌদুনা য়েংই।

ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা শরদ ঋতুগী নুংশিরবা পুর্ণিমাগী অহিংদা ব্রজগোপীশিংগা লোয়নদুনা যমুনা পুলিন্দা (যমুনা মপান্দা) কোয়না কোয়না চৎতুনা শান্নখিবা লীলাবু "মহারাস লীলা" হায়না শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি।

*******

# "কত্যায়নি পুজা"

মহারাস লীলাগী লংলা লংজিন থিদুনা নৈনবা তারবদি "কত্যায়নি পুজা" য়াম্নমক মরু ওই। বেদব্যাস মুনিনা লেংজবা "শ্রীমদ্ভাগবতম" দস্ম স্কন্ধ (তরাশুবা তাঙ্কক) গী অধ্যায় ২২ শুবদা "চীরহরণ"গী মতাংদা অসুম্না বর্ণন তৌরি। মরমদি ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণতবু ফংনিংবনা মরম ওইদুনা ব্রজগোপীশিংনা হিয়াঙ্গে থাগী পুর্ণিমা মতুং নোংমা কোনবদগী হৌরগা থা অমা চুপ্পা কত্যায়নি ইমাবু পুজা তৌজখি। পুজা তৌবগী নিয়মশিংদি চাক-চরা নামতা চাবা, লৈবাকথক্তা হিপ্পা, হৈ-লৈনচিংবা পুদুনা নোংঙানবগা যমুনাদা স্নান তৌজবা লোয়রগা লৈঙোয় অপেৎপনা পর্ষতিগী মুর্ত্তি শাজদুনা (কত্যায়নিগী মুর্ত্তি শাজদুনা) পুরক্লিবা হৈ-লৈনচিংবা কচ্চদুনা পুজা তৌজবা, পুজা লোইবগা বরনচিংবা নিজবা অসুম্না নুংতিগী ওইনা তৌদুনা নিংজবা অসিনি। কত্যায়নি ইমাগী মফমদা গোপীশিংনা নিজখিবা বরগী শ্লোক "ওঁ কত্যায়নি মহা মায়ে মহা যোগীনাধীশ্বরী নন্দ গোপ সুতং দেবী কুরুনে নমঃ" অসুম্না খুরুম্লগা শ্লোক অসি থিদুনা কত্যায়নি ইমাবু খুরুমজখি।

অসুম্না খুরুমজবা লোইরগা গোপী পুম্নমক্না মাগী মাগী শেৎলিবা ইল্লিবা ফিশিং অদু কংফালদা লংখৎলম্লগা যমুনাদা চোংথদুনা হরাও নুংঙাইনা ঈরোইদুনা শান্নজখি। ব্রজগোপীশিংনা অসুম্না ঙাংন শান্নজখি, মদুদি "ঐখোয়না অহল-লমন, লাই গুরুশিংদগী তাঙ্জে মাগশীর্ষ হায়বদি

হিয়াঙ্গৈ থাদা গঙ্গা অমসুং যমুনাদা নিতিগী স্নান তৌজরবদি, নুমিৎ অমসুং কত্যায়নি ইমাবু পুজা তৌজরবদি মদুগী মহৈনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র শোয়দনা ফংগনি, লোয়ন-লোয়ননা পাপ পুম্নমকসু কোক্কনি হায়না তাকপী ”।

অসুম্না থাজবগা লোয়ননা ব্রজগোপীশিংনা নুংথিল নুমিৎ চুপ্পা ব্রত কৎতুনা চরা হেন্দুনা, পুজানচিংবা তৌজদুনা লৈরগা সন্ধ্যাদা চাবা থকপনচিংবা তৌজবা, অহিং নোংশোয়বনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ঙাংন শানবা অমসুং মতিক মগুন্নচিংবা শকচ শোঞ্জদুনা লেঞ্জবা গোপীশিংগী নিয়মনি।

শ্রীরাধারানিনা লোয়নরিবা ব্রজগী ইবেম্মশিং অসি গোপী লিশিং তরাতরুক্কি, চহিনা ১৬ কী মখা ঙাক্তনি হায়না ভাগবতনা বর্ণন তৌরি। অসিগুম্লবী পার্ব্বতী ইমাগী মুর্ত্তি শাদুনা পুজা তৌজরিবী ইবেম্মশিং অসিনা ব্রজদা গোপীগী মপোক ফংজদুনা পোক্লকপগী মরমদা ভাগবতনা অসুম্না ইরি। মদুদি মখল মরিনা ওইরকপা গোপী ঙাক্তনি। অহানবা জনকপুরি নুপীশিং / অনিশুবদা-দাণ্ডকবনগী মুনিশিংগী নুপীশিং, ত্রেতাযুক্তা শ্রীরামচন্দ্রবু নুংশিজখিবা/ অহুমশুবদা - বেদ পাঠ তৌবশিংগী ইবেম্মশিং / মরিশুবদা - গোলোক ধামগী নুপীশিং। হায়রিবশিং অসিনা ব্রজ গোপীগী শক্তম লৌজদুনা ব্রজধামদা পোক্লরিবী ঙাক্তনি। মখোয়শিং অসিনা হিয়াঙ্গৈ থাদা পার্ব্বতি ইমাবু পুজা তৌজবনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংজখি। অন্তর্যামি ওইবা, হায়বদি মীনা নিংজরিবা অদুবু খংবা ঙম্বা শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবিরদুনা মখোয়গী মনাক্তা চৎকে হায়না নিংলকখি।

মথংগী নুমিৎতা ময়াম্বুং ইবুংঙো শ্রীবলরামগী মফমদা হায়জরকখি। বলদাউজি ঙসিদি ষনশেনবা চৎপদা ঐনা খল্ল তপ্পা লাকচগে, দাউজিনা সখা ময়ামগা লোয়নদুনা হান্না চৎপীরম্মু হায়না

হঙ্গৎচখি। মনাও ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী ৱা অদু তাবদা বলরাম্না সখাশিংগা লোয়নদুনা ষনশেনবুং তান্না লেংখরে।

শ্রীকৃষ্ণদি যমুনাদা গোপীশিংনা পুজা তৌরিবা অদোমদা লেংলকখি। ব্রজগোপীশিংসু কত্যায়নি ইমাগী পুজানচিংবা লোয়রদুনা মাগী মাগী ফি-শিং অদু কংফান্দা লংখৎলন্নগা যমুনাদা চোংথদুনা ইরোয়দুনা শান্নখি। অসুম্না শান্নরিঙৈ মতম অদুমক্তদা খংহন্দনা চংলক্লগা ফি পুম্নমক অদু পুল্লপ্লা পুন্সিন্দুনা কদমগী মশাদা পুন্দুনা থমখি। ইবুংঙোসু কদমগী মশাদা ফমদুনা গোপীশিংনা শান্নরিবা অদু য়েংদুনা লৈখি। ব্রজগোপীশিংসু ঈরোয়দুনা শান্নবা লোয়রদুনা কংফান্দা থনমলিবা মাগী মাগী ফি অদু লৌগে হায়না য়েংলুবদা ফি লৈরমদ্রদুনা কোয়না কোয়না থিজরকখি। থিবা খংদ্রবদা অৱাবা ওইরিঙৈ মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা কদম-থক্তা নুংশিরবা বাঁশিগী খোঞ্জেল তপ্লা তপ্লা খোংলকখি। বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা কদমগী মায়কৈরোমদা য়েংখিবদা শ্রীকৃষ্ণন ফি-ময়োম অদুনা কদমদা পুল্লগা মনাক্তা ইবুংঙোনা ফমদুনা লৈবা উরদুনা ইকায় নুংশি লোয়ননা যমুনাদা চোংথদুনা লৈজখি।

ইবুংঙোগী মফমদা নুংশিরবা ৱাহৈনা হায়জরকখি। "হা-কৃষ্ণ চানবীদুনা তোল্লবী ব্রজগোপী ঐখোয়গী ফি-শিং অদু পীনবীয়ু"। ইবেম্মশিংগী নোল্লুকচবা ৱাহৈশিং অদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীরকই। "হে ব্রজগোপীশিং নখোয়গী ব্রত কায়রে, মরমদি ঈশিংদা বরুনদেবতা লৈ, অমনা নুমিৎকী মমাংদা নুপীনা ফি য়াওদনা ইরুজবা তৌহৈদে, মরম অদুনা নুমিৎপু অমসুং বারুন দেবতাবু খুরুমজৌ নখোয়গী পাপ কোক্লবা"।

অসুম্না ইবুংঙোগী ৱাহৈ তাজবদা গোপী পুম্নমক হকচাংনা খ্বাং মথক ফাওবা ঈশিংদা লৈজরগা খুৎ ওইনা থবাকপু খঞ্জনজরগা খুৎ নাম্মতা হায়বদি খুৎ য়েৎনা তিংথোক্তুনা নুমিৎপু খুরুমজখি। মদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকখি। "হে ব্রজগোপীশিং ঈশ্বর খুরুম্বা অমসুং লাই - গুরু খুরুম্বা মতমদা খুৎ নাম্মতনা খুরুম্বা তৌহৈদে। অদুনা নখুৎ অনি লোন্নদুনা খুরুমজৌ অদু ওইরবদি নখোয়গী দোষ অদু কোক্কনি"। মবুংঙোনা তাপীরিবা অদু তৌদ্রবদি ফিশিং অদু ফংলোয়দৌরিবনিনা মখোয় পুম্নমক্না ইকায় ইকি থাদোক্তুনা খুৎ অনি লোন্নদুনা "সুর্য্যদেব" অমসুং "বরুনদেব" বু খুরুজখি॥

মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকখি "হৌজিক্তি নখোয়গী দোষ পুম্নমক কোক্লে। অদুনা নখোয় নখোয়গী ফি-শিং অসি লৌজররো," হায়দুনা তাকপীরকখি। মতম অদুদা গোপী অমমম্ চংজদুনা শ্রীকৃষ্ণদগী ফি-শিং অদু লৌজখি। ফিশিং অদু ফংলবদা গোপী পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা লুপখিদুনা য়ুম য়ুমদা হনগনি হায়বা খংদনা লৈখি। গোপীশিংগী অশেংবা প্রেম অদু উবদা ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকখি। "হে ব্রজগোপীশিং নখোয়না চরা নাম্মা হেন্দুনা অমসুং লৈপাকথক্তা হিপতুনা কত্যায়নি দেবীবু পুজা তৌজদুনা ঐবুতা ফংগে হায়না নিংলিবা অদুনা মরম ওইদুনা ঐনা পেল্লে।" "হৌজিক্তি নখোয়না নিংজবা পুম্নমক মহৈ য়াল্লে, মরম অদুনা লাক্কদৌরিবা শরদ ঋতুগী আশ্বিন মেরা পুর্ণিমাদা নখোয়গা লোয়নননা "রাস লীলা" শান্নদুনা নখোয়না নিংজবা পুম্নমক ঐনা শোয়দনা থুংহনগনি। হৌজিক ব্রত্ত কৎপা থাদোক্লো নংগী নংগী য়ুমদা হল্লো" হায়না তাকপীরকখি। অসিগুম্নবা মবুংঙোগী থৌজালগা লোইনরবা য়াথং ফংজরবদা ব্রজগোপী পুম্নমক মাগী মাগী য়ুমদা হল্লক্তুনা লাক্কদৌরিবা আশ্বিন (মেরা) পুর্ণিমা ঙাইদুনা লৈখি।

নুপীনা ফি য়াওদনা ঈশিংদা ইরুজবগী মতাংদা শুকদেব মুনিগী মফমদা পরিক্ষিৎ মহারাজনা চিংনজদুনা হংজখি। "হে মুনিদেব, ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা অদুগুম্বা লমচৎ ব্যাভার তৌরিবা করিগীনো ? মুনিদেবনা শেংদোকপীয়ু"। শুকদেব মুনিনা পরিক্ষিৎ মহারাজগী মফমদা হায়খি। "সুর্যদেবগী মমাংদা নুপীনা ফি য়াওদনা ইরুজরবদি অতোপ্পা নিপা অমগী মমাংদা ফি য়াওদনা চৎত্রিবমখৈ দোষ কোক্তে হায়না বেদনা লাওরি। মরম অসি লৈবনা অতোপ্পা নিপা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণনি, মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা চৎলগা গোপীশিংগী দোষ অদু কোকপীরুবনি ॥"

অসুম্না ব্রজগোপীশিংনা ৱানা ঙাইজদুনা লৈরকপা শরদ ঋতুগী আশ্বিন পুর্ণিমা য়ৌরক্লবদা ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা কত্যায়নি পুজাগী মতমদা ব্রজগোপীশিংগী মফমদা তাকপিখিবা ৱাফমশিং অদু নিংশিংলকখি। মনাই যোগমায়াদা অসুম্না তাকপিরকখি। "হে যোগমায়া ঐনা ব্রজগোপীশিংদা তাকপিখিবা মতুং ইন্না রাস লীলা শান্নগে হায়না নিংলে, নংনা মরম পুম্নমক ফনবা শিল্লুরো" হায়না তাকপিরকখি। মবুংঙোগী য়াথং ফংলবদা রাস লীলা শান্নবগী মরম পুম্নমক যোগমায়ানা শেমজ শাজখি।

*******

# "ব্রহ্মাগী অহিং"

ব্রহ্ম বৈর্বত পুরানগী, ব্রহ্ম খন্দ কৌবা লাইরিক অদুগী মত মতুংইন্না ব্রহ্মাগী অহিং হায়বসি কয়া য়াম্না শাংবা মতমনো হায়বদো মখাদা শন্দোক্লা তাক্লি।

গোলোক, বৈকুণ্ঠ অমসুং কৈলাস, কাল কৌবা, মায়কৈ নিপাল, আকাশ, প্রকৃতিময়া, ভগবান পুরুষ, নরায়ন, মহাদেব, হায়রিবা তরা অসি লেংদবা অরেপ্পনি হায়না বেদ শাস্ত্রদা হায়নৈ। অতোপ অতোপ্পা ময়ামশিং অসিদি কলপনা লোইরগা মাংখিগদবা ওাক্তনি। অহান্বদা কল্প শেমগৎলি মতম্না লোইখ্রগা অমুক মাংহল্লি, শ্রীকৃষ্ণগী পাওতাক মতুং ইন্না কল্প হায়বসে হঙ্গৎ-হন্দা ওই। সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি যুগ মরিনি (যুগ মরিসি চহুম হুমফুনা দিব্য যুগ অমা ওই। দিব্য যুগ অসি হুম্ফুতরামাথোইনা ইন্দ্র (শোরারেন) অমগী মপুন্সি লোইরে। মদুদা মনবন্তর অমনি হায়না শীংথানৈ। মনবন্তর অমদা ইন্দ্র অমা শিখ্রে। হায়রিবা ইন্দ্রসি তরামরিরক শিখ্রগা ব্রহ্মাগী নুংথিল অমা ওই। অসিগুম্বা ইন্দ্রসি তরামরিরক অমুক শিখ্রগা ব্রহ্মাগী অহিং অমা ওইরে। ব্রহ্মাগী অহিং নুংথিল অনিসিনা পুনসিল্লগা মন্বন্তর কুননিপান্নি। ইন্দ্রা কুননিপানগী মপুন্সিদুগী মতম্নী। মসিবু ব্রহ্মাগী অহিং নুংথিল হায়বদি ব্রহ্মাগী নোংমগী মতম্নী হায়না বেদ শাস্ত্রদা হায়রি।

মতৌ অসুম্না শাবা ব্রহ্মাগী অহিং নুংথিল অসি চহুম হুম্ফুনা ব্রহ্মাগী চহি অমা ওই। অসিগুম্বা চহি অসি চামনা ব্রহ্মাগী মপুন্সী লোইরে।

হায়রিবা ব্রহ্মাগী মপুন্সি অসুক শাংশ্ত্রবা মতমসিবু শ্রীকৃষ্ণগীদি মীৎকুপ অমত ওই হায়নৈ। ব্রহ্মা অমগী মপুন্সি লোইরকপা মতম অদুদা প্রলয় অমুক তৌই। শ্রীহরিগী খোয়দৌ থম্বালদগী ব্রহ্মা পোক্লগা সংসার অমুক শেম্মী। মপুন্সী লোয়রকপদা অমুক প্রলয় তৌই। অসিগুম্বা ভগবান নত্তনা জগৎকি দেব দেবী অমত্তনা খংবা ঙমদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী মহারাস লীলাসি ব্রহ্মাগী অহিং অমদা ব্রজগোপীশিংগা লোয়ননা শান্নখি।

*******

# "গোপী ভোজন"

ব্রজ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনদুনা মহারাস শান্নরুবা নোঙ ঙানলগা শ্রীমতি রাধানচিংবী ইবেম্মশিংনা লীলা পুন্নমক্কী অথোইবা রাসকী সঙ্গ ওইনবা ব্রহ্মভোজনগী বেদ হৈবা ব্রহ্মতদা পীজনবগীদমক্ শ্রীকৃষ্ণদা হংই। শ্রীকৃষ্ণনা যমুনা ৱাংমদা লৈবা দুর্ব্বাশা মুনিদা পীজৌ হায়দুনা তাকপ। গোপীশিংনা যমুনা লানবা ঙমদ্রে, শ্রীকৃষ্ণনা তাক্লুনা "কৃষ্ণদি ব্রহ্মচারিনি" হাইদুনা যমুনাদা গোপীশিংনা হায়রুউ। মদু তারগা যমুনানা গোপীশিংগী লান্নবা লম্বেল অমা পীখি। দুর্ব্বাশাদা সন্দেসনচিংবা বস্তু পীজদুনা পূজা তৌই। গোপীশিংনা মদু লোইরদুনা হল্লকপদা যমুনা লানবা অমুক ঙমদরে। মদুদা শ্রীমতি রাধিকানা দুর্ব্বাশাদা তাকই। ঙসাই লাকপদদি কৃষ্ণবু ব্রহ্মচারিনি হায়রগা যমুনা কংথৈ। হন্দক্তি করম তৌগনি হায়বদা দুর্ব্বাশানা খুম্মি। "দুর্ব্বাশাদি করিগুম্বা অনত্তা চাদবনি হায়রগা যমুনানা লমবেল পীগনি" হায়। শ্রীমতি রাধানা গোপীশিংগা লোইনদুনা শান্নবা ; কৃষ্ণনা করম্না ব্রহ্মচারি ওইবা অমসুং ঐখোয়না পীজবা পুন্নমক চাবা মুনি নংনা করম্না চাদবা ওইবগে হায়না হংলে। দুর্ব্বাশানা মতাক্লা চিংনরম্বা অদু কোক্লদুনা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব পুন্নমক ইবেম্মদা লিবীদুনা তাহনলি।

ঈশ্বরনা তাইবংপানববু খংই, উই। তাইবংনদি মাবু খংদে। মরমদি মানা অখংবনি, তাইবংনা (মাবু) খংগদবনি। অচম্বদা হায়রগা অউবা মীৎনা মাবু উগদবা পোৎপু উই। পোৎনদি মীৎপু থক উদে। অদুগুম্বনি, তাইবং ঐখোয়না তাইবং মপুবু উদে, খংদে। ঈশ্বরনা তাইবং ঐখোয়দা

লৈ, মানা লৈরগা ঐখোয়গী মীৎনা উই, নানা তাই, লৈয়েংনা মহাও খংই অসিনচিংবা। মানা ঐখোয়দা হঞ্জনখ্রগা (তুমখ্রবদা) উদে, তাদে, মহাও খংদে অসিনচিংবা। মানা প্রানগা লোয়নননা হকচাং অসি হুঞ্জেক্লুনা চৎখ্রগা হকচাংনা কায়দুনা লৈহৌই। মহাক্লা লৈরিঙৈদা ঐখোয়না পোকই, বীদ্যা তমই, নুপী থি, যুমবান্‌লি, চাই থকই, তাই অসিনচিংবা তৌই। তৌইগুম্বসুং মানদি তৌদে, থকতে, চাদে, যুম্বানদে। ঐখোয়দা পাল্লিবা মীৎ নাকোঙনচিংবা ইন্দ্রিয় হকচাং অদুনা তৌবনি। অতিয়াদা নোং মংই, চুই, অতিয়ানা চুবা নত্তে, নোংনা চুবনি। তৌইগুম্বসুং অতিয়া লৈত্রবদি নোংনা চুরোই। ঐনা উই ঐঙোন্দা লৈবা ঈশ্বরনা উবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা লৈত্রবদি ঐসু উররোই। অদুগুম্বনি মানা লৈরগা ঐখোয়না তৌই। মানদি তৌদে। ঐখোয়না মহাকপু ঈশ্বর তাইবং মপু কৌবা মহাক্তি শ্রীকৃষ্ণনি। শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মচারিনি হায়বদি নুপীগা যুম্বানবগী থবক তৌদে। ঈশ্বর মানা ঐখোয়দা লৈ, মাবু মী অদুগী মমিংনা খংনৈ, দুর্ব্বাশা কৌই। দুর্ব্বাশাগী হকচাংদগী মানা চৎখরে, দুর্ব্বাশা শিরে, লৈত্রে হায়নৈ। অদুনদি দুর্ব্বাশা কৌদুনা খংনরিবা ঈশ্বর মাদি করিসু চাদে। হকচাংদা পানবা চিন্না চাবনি দুর্ব্বাশা মাদি চাদে।

অসুন্না রাস লীলাদা লৈরিবা যান্না থুপ্না লৈবা, চিংনরিবা পুন্নমক সে (ভাব) কোকহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা গোপী ভোজন হায়রিবা অসিদা ফোংদাকই। হায়রিবা অমকপা অমোৎপা লৈত্রবা লীলানি হায়না খংহন্নবগীদমক বেদ হৈবা, ব্রহ্ম মশক মুন্না খংলবা মনাই দুর্ব্বাশাগী মফমদা শেংদোক্লুনা তাইবংদা খংহল্লি।

* * * * * * *

# "মণিপুরদা রাস লীলা"

খৃঃ ১৭৭৯, শকাব্দ ১৭০১ গী হিয়াঙ্গৈ থাদা কাঞ্চিপুরগী রাস মন্দলদা কৎখিবা রাস অসিনা মণিপুরগী অহান্বা রাসনি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তা হিন্দু লাইনিংনা মরম ওইদুনা মণিপুরদা কৃষ্ণগী লীলা অথোযবা রাস লীলা অসিগী মরু হুর্নখি।

খৃঃ ১৭৬৩ দা অনিরকশুবা ওইনা (ময়াম্বুং ইবুংঙো গৌরশ্যাম্না লৈখিদ্রবা তুংদা) ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরগী রাজ সিংহাসন কাখি। খৃঃ ১৭৬৪ গী লোয়রমদাইদা অৱানা মণিপুরগী মথক্তা লান্দাবক্লম্মী। লানফমদা মায়োক্লবা ঙমদবদগী ভাগ্যচন্দ্র অঙম অথৌশিংগা লোয়ননা তেখাওদা চেনখি। তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বরগী মফমদা চহি অহুম লৈখি। মতমসিদা মণিপুরদা খৈলৈ নুংনাং তেলহৈবনা অৱাগী মথা পোন্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। খৈলৈ নুংনাংসি ভাগ্যচন্দ্রগী মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মনি। খৈলৈনা ভাগ্যচন্দ্রবু মরক ময়াদা মাংহন্নবগীদমক্ত (তেখাও/অহোম) নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরগী মফমদা ভাগ্যচন্দ্রবু মৈতৈ নিংথৌ নত্তে হাংতোকখো হায়না চহি থারম্মী। চিংগী মরোল ফংলবা তুংদা স্বর্গদেবনা ভাগ্যচন্দ্রবু অঙাওবা শামু ফাবায়ু, মৈতৈ নিংথৌনি: নত্তে, খঙজগে হায়বগী যাথং তৌরম্মা। মৈতৈ নিংথৌদি বীষ্ণুগী শায়োন্নি হায়, অদুনদি অঙাওবা শামু ফাবদা কৰি খুদোংথিবা থোকলোই হল্লম্মী। অসুম্না ভাগ্যচন্দ্রনা অঙাওবা শামু ফাবা ঙাখি। উপায লৈত্রবা ভাগ্যচন্দ্রনা বাখল ঙাওনা লৈরিবিঙেদা, মংলান্দা শ্রীগোবিন্দনা লেঙলক্লা অঙাওবা শামু ঐনা ফবীগনি কৰিগী ৱাৰি নিংথৌ ? নংনা হয়েং নবৈরাক হঞ্জিল্লবা মতুংদা ঐগী মুর্ত্তিসি শাদুনা লাৎলু, রাস লীলা কৎলু, আসনচিংবা তাকপারম্মী। খোমলেন মণ্ডলানগা চাননা

মথক্তা শেম্লাং ফাওবা পাইবা য়াদবা অঙাওবা শামুদো ভাগ্যচন্দ্রনা গোবীন্দগী কৃপাদগী ইরায় লায়না ফাখি। তেখাও প্রজাশিংনা ভাগ্যচন্দ্রবু বীস্কুগী শায়োন্নী, মৈতৈ নিংথৌ অশেংবনি "জয়" ওইরে হায়দুনা "জয়সিংহ" কৌজখি।

অসুম্না রাজেশ্বরনা লাম্মীগী মতেং পাংদুনা মণিপুরদা অমুক হঞ্জিল্লবা মতুংদা ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবীন্দগী মুর্ত্তি শানবা শেম শারম্মী। ভাসমুখ গীরি হায়বা কায়ন কৌবা চীংদগী শ্রীগোবীন্দনা ওল্লবা থৈবোং পাম্বীবু য়াল্লম্মী। অহাম্বা থাংথা পাঙম্বম ওমাসিংনা পীখি। অদুবু থৈবোংদগী অঙাংবা ঈখেং তারকলম্মী। য়াম্বা তোক্তুনা মপাল মরূ কোন্ননা ফুক্লম্মী। অসুম্না থৈবোং অদু পুথোরক্তুনা ইরিল তুরেলদা চিংলকখি। খরা চিংলগা থৈবোংদু লুপতুনা লৈপ্রে, চিংবা য়াদ্রে মফম অদুবু উ লুপ্পে উরুপ কৌরে। সঙ্কীর্ত্তণ তৌদুনা উদু চিংখৎলে আরতি কৎলে মফম অদুবু অরাপতি কৌরে অসুম্না থৈবোং অদু লাংথবান্দা পুরকলে। খৃঃ ১৭৭৬ তা শ্রীগোবীন্দ নির্পন তৌরে। অদুবু অহাম্বা কক্পা উকক্ অদু শ্রীমুর্ত্তিদা নিম্বা খর ঝাৎপদগী থমখ্রগা অনিশুবা উকক্না গোবীন্দ মুর্ত্তি শাখি। সাপ্পা লক্ষননা শ্রীগোবীন্দ অমদি অতৈ লাইশিং শাবগী থবকসি পাংথোকখি। অসুম্না শ্রীগোবীন্দবু মণিপুরদা শেবা চৎনখি অমদি হৌজিক ফাওবা চৎনরি।

অসুম্না সেবা চৎনরকপনা হৈবোক চীংদগী লৈহাও অমা অমুক য়ান্দুনা শ্রীমতি রাধাগী মুর্ত্তিসু শারে। খৃঃ ১৭৭৯ য়ৌরক্তুনা রাস কৎনবা শেম শারে। অদুবু ইবেম্মগী শ্রীমুর্ত্তিদি অঙ্গরাগ কংউ হায়বা য়ারমদে অদুনা অহান্বা কৎপা রাস অসিদা য়াওবা য়ারোইদৌরে। অদুনা রাধাসি কমদৌসিগে খন্নরকলে। তাঞ্জাসিদা অনন্তসাই পুন্সিবা অমদি অঙম অথৌশিংনা মজা ইবেম্মা বীম্বাবতিবু রাধাগী মহুৎ শিলহন্বা য়ারোইদ্রা হায়না হঙ্গৎনরবদা অঙম অথৌশিংনা খন্নদুনা বীম্বাবতিবু রাধা শানবা লেপনখি। অঙম অথৌশিংনা শ্রীগোবীন্দনা মসিমক থোকহল্লগে খন্দুনা শ্রীমতি রাধাগী অঙ্গরাগ য়াদ্রবনি হায়না খন্নখি।

অসুম্না শ্রীগোবীন্দবু খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী ১১ নি পাম্বা ইরাই নুমিৎতা অভিষেক তৌদুনা রাস নুমিৎ মঙানি কৎখি। অসুম্না মণিপুরদা অহান্বা কৎখিবা রাস অদুদা গোবীন্দগী মুর্ত্তিনা কৃষ্ণ অমদি মজা ইবেম্মা বীম্বাবতিনা মমৈদা শীজ লাইওইবী হায়না খংনখিবা অসিনা রাধা শাখি।

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউদা ইহান হানবা জগোই রাস কৎখিবসিদা জগোই তম্বীখিবা গুরুশিংদি ১। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ, ২। গুরু স্বরূপানন্দ শর্ম্মা, ৩। গুরু রসানন্দ, ৪। কবো খুম্বোংবা, ৫। গরু ভাস্কর শর্ম্মা সিদ্ধান্ত অসিনচিংবনি। মপৃংদি শ্রীকবো খুম্বোংবা/খুম্বোংময়ুম কবোক গরুনি। জগোইগী রাসধারীদি গুরু স্বরূপানন্দ শর্ম্মনা ওইখি।

(লাংদাই কাইবিরোল কুম্বাবা পুয়া)

**রাসেশ্বরী পালা অহান্বা ওইনা কৎখিবাঃ–**

“ব্রাহেংবম ওকলাবগী কুম শক ১৭০৫ পোইনু ৫ নি থাংজদ .... নিংথেম শিজনা চিংন ঈশৈ শকএ। ফিশাং শেৎনা জগোয় শাইএ”

(চৈথারোল কুম্বাবা/লা: ১৪০)

মণিপুরদা নুপীশিংতগী ওইবা পালা সঙ্কীর্ত্তন অহান্বা ওইনা পাংথোকখিবসি খৃ: কুম ১৭৮৩ দনি। পালা অসি মচা ইবেম্মা শিজ লাইওংবী বিম্বাবতীনা জগোয় রাসকী নিংথীজবা মতৌদু পামজরুবদগী মপাবুং চীংথংখোম্বা মহারাজদা হায়জরগা “রাসেশ্বরী পালা” কৌবা নুপীগী শৈশক অসি শ্রীগোবিন্দদা কৎপীখি।

*******

# "মণিপুরি রাস লীলাদা সঙ্কীর্ত্তন নিপা পালা"

মণিপুরদা ইং কুমজা ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ থাদা শ্রীশ্রীগোবীন্দবু অভিষেক তৌরগা লংথবানগী রাস মন্দলদা ঙাংবম নিঙোল হরিমতিনা মকোক চিংদুনা, মজা ইবেম্মা বীম্বাবতিনা রাধা শাদুনা, অমদি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা পুঙ থোন্দুনা কৎখিবা রাস লীলা অসিনা অহানবনি। ধর্ম্মদা পুক্নিং লুপ্পা, ঋষি অমগুম্না নিংথৌ ওইবা মরম্না রাজর্ষি হায়বা মীংথোল অসি ফংখি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবীন্দগী আখরাদা কৎখিবা শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণগী রাস লীলা হৌদ্রিঙৈ মাংওইননা মপুং ফাবা শক্তম, কয়াৎশুবা হরিসঙ্কীর্ত্তন পালা হৌদোকখি। মদুগী প্রমান শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোকপীরম্মা রাস কির্ত্তন্দা মহারাজনা পুং থোন্দুনা তুং ইনবা ঙাংবম ওঝা প্রেমানন্দ, মতোন ইবুংঙো ভৈরাম শাইনা ঈশৈ হল্লগা শ্রীধরশাইনা দুহার চৎতুনা রাস কির্ত্তন নিপা পালা শকখি। মসি হাক্তক্তা ঈশৈগী রাগ রাগীনি হৌদোকখিবা ওঝাদি - শ্রীচেশবা চৈতন্য ওঝা পুরেল, শ্রীলোইতাম ওঝা রশিকানন্দ, অখাম ওঝা পুরেল রাশানন্দ রাগ হৈবা অসিনচিংবা। রাজ মেন গঠন চোলোম হৌদোক্লম্মা শোরোকখাইবম ওঝা শেংগুম্মা পুরেন, শ্রীহাওরোকচম ওঝা শামুনা লৈ লৈদুনা তৌবা চোলোম পুথোকপিখি। ওঝা ইবুংঙো অনি অসিনা চোলোমগী গুরুনি।

রাস লীলাদা মরু ওইবা মনুংদা চেল্লিবা ভাবতি বৃন্দাবনগী শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলা পুম্নমক রস উপরস পুম্নমক শক-শোনবা মতমদা রস

উপরসশিং অদু গায়ক গায়িকাশিংনা হেক লৌখৎতে। গৌরিয় বৈষ্ণব সমাজগী পরম পরাদি বৃন্দাবন লীলা রস উপরস পুম্নমক শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী ভাবাবেশতগী থোকহল্লগা শকনৈ, শৌন্নৈ। মসিমকসু নিংথিজগ্রবা লাইগুরুনা শেমলম্বা থকশি - খাশি পরিং অমদগী লৌরিবনি। থুপগ্রবা বৃন্দাবন লীলাবু কলিযুগকী ময়ানা পুনবা জীব ঐখোয়না হকথেংননা পুক্লিংদা ফাওবা মীৎনা উবা অমসুং ঐখোয়গী লোম্না, খোঞ্জেলনা ফোংদোকপা ব্রাগনি। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা ভাবাবেশতা লুপ্তুনা ময়াগী ব্রাংমদা লৈবা মতমদা ইবুংঙোদা ফাওরকপা লীলা মতাং রস উপরস অদু ঐখোয়না ইবুংঙোগী অনুগা ওইনা পাংথোকচবনি।

রাজর্ষিনা পরমপরা অসি ঙাক্লা জগোয় রাস হৌদ্রিঙৈদা নট-পালা শকহনখি। সঙ্কীর্ত্তন অদুগী পুংগী রাগ অচৌবা ঈশৈগী রাগ পুংগী শঞ্চারশিং অবাহন্নচিংবা রাগ ঘর হঞ্জন্দুনা মথং মথং অমত্তা কাল্লম্বা তৌদনা গুরু বন্দনা, সভা বন্দনা, শ্রীগৌরচন্দ্রগী অবতার, গৌরচন্দ্রিকা, রাগ তাবা তাল তিস্তালনচিংবা রাজমেন তাঞ্চপ, মেনকুপ মপি, মেনকুপ শক্কনি। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু ইবুংঙোগী অবতারগী ব্রাফম :—

নবদ্বীপ ধামদা গৌরাঙ্গ শচীগী গর্ভদা পোক্লরে। ফালগুন পুর্ণিমা তিথিদা ফালগুনি নক্ষত্রদা, অফবা পুংফমদা গৌরদ্বিজমনি পোক্লরে। চহি মঙা শুবদা শব্দ বিচার খঙলে। দর্শনগী মত চামা চামা খংলগা অলঙ্কার শাস্ত্র বেদ পুরান পুম্নমক খংগ্রে। মীয়ামগী অথোইবা ওইদুনা নিমাই পণ্ডিত মীংথোল ফংখি। পণ্ডিতকী পুন্সি থাদোক্তুনা প্রেম ভক্তিগী লম্বীদা চংশিনবা, হরিনাম সংকীর্ত্তন লিংখৎপা অমসুং মদুগী মরক্তা শ্বতিক বিকারনা ইবুংঙোবু লৈতেংবা অমদি ভাবাবেশত শ্রীরাধা কৃষ্ণগী রাস লীলা নিংশিংলকপা মদুগা লোয়ননা রাস লীলা শান্নফম শ্রীবৃন্দাবনগী নিংথিজরবা কবিগী কলমনা

শিংথাবা ঙমদ্রবা নিংথিরবা হৈনা-লৈনা কোইশিনবা শ্রীবৃন্দাবনগী রাস শান্নফম নিংশিংদুনা নিংথিবা দৃশবু নিংশিংবা পুন্নমক অদু নিপা পালাদা ঈশৈ ওইনা নিংথিবা পুংগী খুখৎ করতালগী মরোল, পালাগী চোলোম ওঝাশিংগী পরিং কায়দনা ফীজেৎ-লৈতেং, ফিরেপ, মীৎয়েং-নায়েং পুন্নমক ঙাক্না নিপা পালা কৎলি। নিপা পালা শক্লিবা মন্দলি অদুমক্তদা রাস লীলাসু কৎকদৌরিবনি। রাস লীলা হৌখিবদগীদি মন্দলি অদু শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংগী মশক লৌরিবশিং নত্তনা কনা অমত্তা চংবা য়াদ্রে। মরমদি মফম অদু ঙাইহাক্কীদি অথুপ্পা বৃন্দাবন ওইরে। পঞ্চ ভুৎনা শাবা দেহগী চংফম লৈত্রে। রাস হৌদ্রিঙৈগী মমাংদদি নিপা পালা অদুদা চংদুনা কচ্চনিংবা কচ্চবা খুরুমজবা য়ারি। মরমদি চপ চাবা রাস হৌদ্রি। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী ভাবাবেশ শ্রীবৃন্দাবন অমসুং রাস লীলাগী ঈঙ্গিৎ ফাওরে হায়বতমক নিপা পালাগী সঙ্কীর্ত্তন অসিদা ঈশৈ ওইনা নিংথিবা শৈরেংনা নিংথিবা শৈহেক শন্দদা শক্লি। ইবুংঙোগী ভাবনা উরিবা বৃন্দাবনগী ফজবা পুন্নমক অদু শিংথাবা লোয়রকপদা রাস হৌগদৌরে হায়বা ঈঙ্গিত তৌরম্লগা নিপা পালা লোয়শিল্লিবনি।

নিপা পালা হৌরমদাইগী করি করি তৌফম থোকপা হায়বা অদুদি সঙ্কীর্ত্তন অমা কৎপদা তৌফম থোকপা পুন্নমক তৌগদবনি। কর্ম্মধারিনা নাম শোনবা লাকপীরিবা কলাকার ওজাশিংবু ইকাই খুম্ননা ওকচগদবনি। সংকীর্ত্তণ হৌবা য়ারগনি হায়বা মতমদা হৌনবী মতুংইন্না কর্ম্মধারিনা সঙ্কীর্ত্তণ হৌবীরো হায়না ভক্তি তৌবা, অরাংফম্না লৈ-চন্দন পানা তাংগনা মন্দপ মপুনচিংবা সভাদা তিল্লিবা পুন্নমকপু ভক্তি কৎপা, অরাংফমগী কাদা চংদুনা ঈশৈ শকপা অমদি পুং য়ৈবনচিংবশিংনা ভক্তি তৌদুনা খুরুমগনি। অরাংফম্না পানা তাংগা অমমম্ কায়দনা কৎলক্কনি।

সঙ্কীর্ত্তণ হৌবা ঐখোয়গী সমাজগী পরম পরা কায়দনা পাংথোক্কনি, মাগুব মপুনা হৌনবী মরোল হায়দুনা সঙ্কীর্ত্তণ হৌনবা অনুমতি পীবীগনি। পুংনা ওকতুনা রাগগী পুঙলোন য়েবীগনি অমসুং মতাং চানা গায়ক্না রাগ হৌগনি। শাগোন্নবা পুংগী সঞ্চার য়েগনি রাগ-গী মনুংদা অবাহন শক্কনি, রাগ লোয়শিনগনি অমদি গুরু বন্দনা সভাবন্দনানচিংবা তাথগনি মতুংদা গৌরাঙ্গ অবতার শকথগনি। সঙ্কীর্ত্তণ হৌনবী পুম্নমক পাংথোক্কনি শরুদবা রসদি গৌরাঙ্গ ভাবী, বৃন্দাবন বর্ণন শক্লগা রাস হৌনবগী ঈঙ্গিত ঈশৈনা লোয়শিনগনি হায়না মথক্তা পঞ্জখ্রে।

সংঙ্কীর্ত্তণ হৌরমদাইদা ঈশৈ শকপা পুং য়েবা ওঝাশিংনা মফম মফম চানা কোয়থ্রবদা লৈ, চন্দন, পানা তাঙ্গ, বোরি ফিনচিংবা কৎতুনা অরাংফম্না অমদি থৌবুনা সেবা চংলগা খুরুমগনি। মমৈদা সঙ্কীর্ত্তণ অদুগী মনুংদা পৈশা কৎপা ফীরোলনচিংবা কৎপা পুম্নমক পাংথোকপা য়ারে। তাঞ্চপ, মেনকুপ লোয়রবদা পালাদা লোইশিনবগী বোরিফি শুমজবা মতুং ইন্না কৎপা চৎনৈ; কাওবা য়াদে। নিপা পালা লোইশিনলমদাইদা রাস লীলাগী রাসধারি সুত্রধারি অমসুং যন্ত্র থৌগল তৌগদবা পুম্নমক্না মাগুপ মপু সভাদা তিল্লিবা পুম্নমক অমসুং সঙ্কীর্ত্তণ খুরুম্মি। মসিনা লাকদৌরিবা রাস লীলা অদু সঙ্কীর্ত্তণ অসিগা মরি থম্বা উৎলি।

নিপা পালা সঙ্কীর্ত্তণগী কাংবু অমসুং রাস লীলাগী কাংবু অনি ঈশৈ শিন্নবা মতমদা অহানবা ওইনা রাসধারিনা সঙ্কীর্ত্তণ খুরুম্লগা ঈশৈ হম্বদা অমুক খুরুমগনি। মসিগী তুংদা গুইহাক লৈরগা ঈশৈ হম্বনা মপাল থোক্তুনা রাস ধারিদা পানা কৎতুনা খুরুম্মি। মসিবু ঈশৈ শিন্নবনি হায়না লৌনৈ।

রাস লীলা অদুদা য়াওগদবা রাসধারি, তুংইনবা, সুত্রশিং অমদি যন্ত্র পায়বা পুম্নমক মথং মথং ওইনা সংঙ্কীর্ত্তণ খুরুমগনি।

মতাং অসি রাসধারী অমদি তুংইনবা অনিমক্ ফৈজোমতমক শেত্তুনা হায়বদি ফুরিৎ লিংলোই, কোকয়েৎ য়াওদনা খুরুমগনি। অসুম্না সভা খুরুম্বা লোইরবা মতুংদা অরাংফম লৈরিবা জগা অদুদা চংদুনা অমুক খুরুমগনি। অসুম্না অরাংফমদা খুরুম্লবা মতুংদা রাসধারি, সূত্র পুন্নমক মাগী মাগী ফমফমদা ফম্লবা চংনরনি। রাসধারি অমদি তুংইনবা অনিমক ফুরিৎ লিংশিল্লনি, কোকয়েৎ উপ্লনি। তাঞ্জা চানা নিপা পালাসু লোইরনি। পুন্নমক মাগী মাগী ফমফমদা ফম্নরনি।

*******

# "রাস মন্দলিগী মশক তাকপা"

রাস মন্দলি অমগী উখোং নত্রগা মখোং অসি ১২ না কোয়শিনগনি। মখোং ১২ না কোয়শিন্বা মান্দপ অমগী মগুনসি বৃন্দাবন ভাবনি। নবদ্বিপ ভাবতা লৈবা মন্দলি অমদা মখোং ৯ (মাপল) লৈনৈ। অদুনা রাস লীলাগীদমক্তদি মখোং ১২ না কোয়শিন্দুনা শেম্বা ফজরবা মন্দলি অমা ওইদবা য়াদে। মায়কৈ মরিমক্তা চংফম থোং ফাৎকনি। মদুদি (১) নোংচুপ থোং, (২) খা থংবা থোং, (৩) নোংপোক থংবা থোং অমসুং (৪) অৱাং থংবা থোং অসিনি।

১ - নোংচুপ থোং :— থোং অসি মন্দলি অমদা নোংচুপলোমদগী চংলক্লবা পান্বা থোংনি। মায়কৈ অসোমদগী রাধানচিংবী গোপী পুন্নমক্কী থোরকফম, চংলকফম ওইবা থোংনি। রাসকি অরোইবদা রাধা, কৃষ্ণ অমদি গোপীশিং পুন্নমক থোং অসিদা থোকখিগনি।

২ - খা থংবা থোং :— খা থংবা থোং অসিদি রাস লীলা অমদা, শ্রীকৃষ্ণনা নন্দালয়দা লৈবা শজ্জাদা হিগ্গুনা লৈবা মফমদু ওইনা লৌই। হায়রিবা থোং অসিদগী কৃষ্ণগী অভিসার লাকফম ওই।

৩ - নোংপোক থংবা থোং :— থোং অসিদি করিগুম্বা রাস অকক্লবা নত্তনা শিজিন্নদে। মাইকৈ অসোমদা মন্দলিগী ৱাংমদা জগোয় ঙাকপগী মফম লৈ। দিবা রাস হায়বা রাস মখল অদুদদি হায়রিবা থোং মপা অসিদা

কৃষ্ণ অভিসারগী থুংফম ওই। অনঙ্গ মঞ্জরি গোপীসু নোংপোকথোং অসিদগী থোকলক্কনি।

৪ - অৱাং থংবা থোং :— অৱাংলোম থংবদা ফাৎলিবা থোং অসিদি কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমগী চংফম থোকফম ওইবা য়াবা থোং নত্তে। শ্রীকৃষ্ণ অমদি ইবেম্মা রাধাগী যুগল ওইফম অমদি কৃষ্ণনা রাস শান্নবগীদমক কুঞ্জদা থুংফম ওইনা থোং মপা অসিদা শিজিন্নে।

হেন্না কুপথনা খংবা নুঙাইনবা রাস মন্দলি অমগী মওং মতৌ, রাসধারী, সুত্রধারীনচিংবগী ফমফমনচিংবা মখাদা চাওরাক্না য়েকলি।

ফমফম মওংদি মখাদা য়েক্লি :—




০ = মান্দব মখোংনি

মথক্তা য়েক্লিবা মওং অসিদা ফমগনি। মদুদিঃ—

নং-১ - অমা য়েক্লিবা অসি রাসধারীনা ফম্নবা মফম্নী মাগুবকী নোংচুপ কৌক্রু চিথেক্তা মমাং ওন্দুনা ফমগনি।

নং-২ - অনি য়েক্লিবা অসিনা তুংইনবনা ফমগনি। রাসধারীগী য়েৎ থংবদা মাই মমাং ওন্দুনা ফমগনি।

নং-৩ - অহুম য়েক্লিবা অসিনা সুত্রধারী মকোক ওইবীগী ফমফমনি। অৱাংগী কৌক্রু চিথেক্তা মাই মখা ওন্দুনা ফমগনি।

নং-৪ - মরি য়েক্লিবা অসিনা সুত্র তুইনবীশিংগী মশিংগী মতুংইন্না অহল-অঙাং খায়দুনা ওইরোমদা মথং মথং ফমখিগনি। পুন্নমক মাই মখা ওনগনি।

নং-৫ - মঙা ইরিবসি যন্ত্র খোংবশিংগী ফমফম্নি। এসরাজ অমদি ক্লারিওনেৎনচিংবা ফমগনি। মসিসু মাই মখা ওন্দুনা ফমগনি।

নং-৬ - তরুক য়েক্লিবা অসিনা বাঁশি খোংবগী ফমফমনি। উখোং মরুম ওইরপ্লা রাসধারি অমদি সুত্রধারী অনিগী কারক্তা মাই মৈরম ওন্দুনা ফমগনি।

নং-৭ - তরেৎ ইরিবা মফম অসিদা মোইবুং খোংবা ফমগনি। মমাই নোংপোক ওন্দুনা ফমগনি।

নং-৮ - নিপাল ইরিবা অসিনা মান্দব মপু ওইরিবা মহাক অদুগী ফমফমনি। মাই অৱাং ওন্দুনা ফমগনি।

নং-৯ - মাপল ইরিবা জগা অসিদনা জগোয় ঙাক্লিবা মী অদুগী ফমফম্নী। মাইওন্দি নোংচুপ ওন্দুনা ফমগনি।

নং-১০- তরা ইরিবা মফম অসিদি অরাংফমগীনি। মন্দলিগী কৌক্রু পাংবদা অরাংফমগী মফম লৈনৈ।

অসুম্না পুম্নমক মাগী ফমফমদা ফম্নরবা তুংদা অরাংফম্না লৈ চন্দন চংগনি। পানা কৎলগনি, বোরি ফি কৎলনি। অসিগী তুংদা রাসধারীনা পুংগী রাগ মচা হৌদুনা রাস হৌগনি। রাসধারীনা রাগ মচা য়েদুনা রাস হৌরিবসি রাসলীলা খুদিংমক্তা চপ মান্নে। মখা তারকপদদি কৎকদৌরিবা রাস লীলা অদুগী মতুং ইন্না সুত্র রাগনা শমথগনি। অসুম্না কৎলিবা রাস অদু চত্থগনি।

*******

# "নিত্য রাস"

মণিপুরদা চৎনরিবা রাসশিং অয়াম্বা, মহারাস, বসন্তরাস, কুঞ্জরাস হায়রিবশিং অসি ঋতুগী মতুং ইন্না শান্নগদবা, কৎকদবা রাস লীলা ঙাক্তনি। অদুবু নুমিৎ খুদিংগী ভক্ত বৈষ্ণব ওইবা ওইবীশিংগী শরনিদা লাচ্চনবা খুরুমজবা য়াবা রাস অমখক শ্রীযুৎ চন্দ্রকির্ত্তিনা পামলম্মি। মহারাজগী অপাম্বগী মতুংইন্না লৈবাক্কী অখং অহৈ কয়ানা তান্নদুনা নিতি লীলাদা য়ুম্ফম ওইদুনা রাস লীলা অমা শেমখি। অসুন্না অকক্লবা ঋতুগী মথা পোন্দবা নুমিৎ খুদিংগী ভক্ত-বৈষ্ণবশিংগী থম্মোয়দা নিংদুনা খুরুমজবা য়াবা রাস লীলা অসিবু "নিত্য রাস" হায়না খংনখি অমদি মিংথোনখি।

মণিপুরদা নিত্য/নৃত্য রাস অসি শ্রীযুৎ চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা ইহান হান্না হৌদোকপীরম্বনি। অদুন্নদি ওইরগা "রাস" লীলা ওইনা কৃষ্ণ শাবা, রাধা শাবী, মকোকচিংবীনচিংবা য়াওনা শান্নখিবা রাসতি নত্তে। চুন্না "রস" ওইনা শক্তুনা কৎখিবনি। মহারাজ অসিগী সনা হাক্তক্তা রস ৬৪ (হুম্ফুমরি) শেমবীখি। রস ৬৪ অসিগী মনুং চনবা অমা ওইনা "নৃত্য রাস রস" অসি অঙোম নিংথৌনা ইহান হান্না শকখি। মসিবুনি চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মতমদা "নৃত্য রাস" কৎখি হায়রিবসি। মরম অদুনা চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদা রাস অসিগী কৃষ্ণশাবা, রাধাশাবী, মকোকচীং বীনচিংবগী অইবা মমিং মথা ফংদে।

"রস" ওইনা লৈরম্বদগী "রাস লীলা" য়েংবা য়ানবা ওম্ভোক্তুনা কৃষ্ণ শাবা, রাধা শাবী, মকোচিংবীনচিংবা গোপী ময়াম য়াওনা শান্নখিবদি

মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহজিগী মতমদনি। শকাব্দ ১৮১৩ দা মোইরাংথেম চনুনা পোকপা চুড়াচান্দবু মশাগী চহি ৮ (নিপাল) শুবদা নিংথৌ হাপ্লে। চৈথাবা খোরিখুন বোলোসিংগী কুম শকাব্দ ১৮২৬ ইংশোক ১৯০৪ জুলাই তাং ২৭, ইঙেনগী ১৫ নি পানবা য়ুমশকৈশ পুর্ণিমা নুমিত্তা হাপ্তা বাঙ্গলা হায়না খংনবা বরসাহেবকী বাঙ্গলা মমাংদা মাগুপ চাওনা খল্লগা বরসাহেব ওঙবী সনাতোম্বীনা মকোক চিংদুনা "নৃত্য রাস" অসি মণিপুরদা অহান্বা ওইনা দৃশ্যকাব্যগী মওংদা কৎখি।

রাস মখল অসি "গোবীন্দ লীলামৃত" গী মত মতুংইন্না শেম্বনি। পদকলপতরুদগীসু ঈশৈগী শরুক লৌখৎলম্মী। গোবীন্দ লীলামৃতদা য়ুম্ফম ওইরবসু হায়রিবা রাস অসি লীলা মৃতগী মত-তগী খেন্নবা খরদি লৈ। মদুদি মণিপুরদা চৎনরিবা অসিদি কৃষ্ণনা অভিষার লেংলক্লগা বৃন্দা কৌদুনা লৈগী সজ্জা শেম্মী। সজ্জা শেম্বা লোইরগা ইবেম্মা রাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা ঙাইবগী, শ্রীকৃষ্ণদা অৱাবা, লাংতক্লবা অমা য়াওরি। মসিমক্তি "গোবীন্দ লীলামৃত" গী মত-তগী তোঙানবনি। মসিগী মরমদি, রাস অয়াম্বদা ইবেম্মা রাধাতনা ৱাবা,, কপতুনত লেনবা মতৌ অসি শ্রীযুৎনা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইজখিদে, সনা পুক্লিংদা লাংতক্লবা অমা ফাওখি। মরম অদুনা ইবেম্মনা ৱাদুনতা লেঞ্জবা অসিগুম্না, ইবুংঙোগীসু ইবেম্মগীদমক অৱাবা অমত্তং লৈররোইদ্রা ? হায়না লৈবাক্কী ওঝা গুরু ফম্নাইবশিংদা সনা য়াথং তাকপীখি। শ্রীযুৎকী সনা য়াথংদি বীষ্ণুগী য়াথংনি ঈশ্বরমক্লি লৌজদুনা মতমদুগী ওঝা গুরুশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু অভিসার তৌহল্লগা লৈগী সজ্জা শেমদুনা ইবেম্মবু ৱানা ঙাইখিবা অসি শেমখিবনি। মতাং অসিমদি মণিপুরগী ওইবা তোপ তোপ্পা "নৃত্য রাস" লীলাগী মগুন অমনি। রাস অসিবু শেমখিবা ওঝাশিংদি :—

১ - সনা চন্দ্রহাস

২ - থোকচাও মরৈবা

৩ - বামোন থৌরানিশাবী অসিনচিংবনি।

নিত্য রাসতা ভঙ্গি মখল অহুম শাবা য়াই। মদুদি : — ১ - ভঙ্গি অচৌবা, ২ - গোপী বৃন্দবন ভঙ্গিপরেং, ৩ - খুরম্বা ভঙ্গি পরেংনি।

ভঙ্গি অহুম অসিগী মনুংদা ভঙ্গি অচৌবদমক্ শারগা তোকপসু য়াই।

নিত্য রাসকী স্বাধিন সম্ভোগ সি, রাধা গোবীন্দ অনিনা যুগল ওইবদা হায়বদি "চিক্লবা কুঞ্জদা ঙাম্থোইরে রাধা শ্যাম" (নিভৃত্ত নিকুঞ্জ মীলন .........) মতাং অসিদা ওইগনি। লোয়ননা সখি সেবা চংগনি।

অহানবা কৎখিবা নিত্য রাসতা য়াওখিবশিং :—

"কৃষ্ণ" শাবা - "নিলমনি" লৈকায়না ইবোহল কৌই।

"রাধা" শাবী - "সনাজাওবী" স্নখা নীতাইপাৎকী মজাইবেম্মা।

মকোকচিংবী - বরসাহেব ওঙবী সনাতোম্বী।

রাসধারী - হুইদ্রোম ওঝা ঝুলনমচা।

সুত্রধারী - অমুসনা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মচা ইবেম্মা। কৃষ্ণ শাববু পোকপী।

নিংথৌকোনগী সনাইবেম্মশিং, মচাইবেম্মশিংনা গোপীগী শরুক য়াখি।

*******

# "বসন্ত রাস"

বসন্ত ঋতুগী নুংঙাইরবা মতম অইংবনা লাকহৎলম্বা তাইবংনা নৌনা য়াকাইদুনা য়েন্নিংহুনবগী মতৌনা লৈপাক লৈমনা হরাউনা মতু-মমান খিকলকপা, মেঙলবা, থুম্লবা লিরি শিংপা নুংশিংনা অনৌবা য়াওন অমা পীরকপা, হৈনম লৈনমনা মফম খুদিং থলহনবা মচু মমেন কয়ানা মচি খুদিং ঙাম্থোরকপা মেঙনা থুমলবা প্রকৃতিগী অনৌবা শকলোনগা মরি লৈননা তাইবং খোন্না অনৌবা রাগনা থন্না হরাউনা ওকপগী মতৌদা শান্নবা বসন্ত রাস লীলানি।

রাগগী মচু অঙাংবনি অদুনা মসিদা অঙাংবা মচুগী শান্নবা কুম্মৈনা মপুঙ ওইনৈ। অবির খেল অসিগুম্বা মচুগী কুম্মৈ মখলনি নুংগী রাগবু লোৎপদা ব্রারবা মথোৎ কারবা কারবীশিংগী পান্দা ফোংদোরকপা মতৌনি। অসিগুম্বা অনৌবা রাগগী ইরাংনা থনবা রাস লীলাগী পুক্লিং হুরবা মতৌবু শ্রীজয়দেব কবিনা মাগী "গীত গোবীন্দ" দা ময়েক লানা য়েকলি। অমসুং মদুবু তাইবং মীনা ঙসি ফাওবদসু ঙক্লা পাম্মা য়েংনবগী পেনবা লৈতরি। বসন্তরাস অসিগুম্বা লাইরিক্কী য়ুম্ফমদা শাগৎপা নাট্য-তৎ-গীত শুনা য়াওবা অদুগুম্বা খোয়থুম্নবা রাস মখল অমনি।

শ্রীমতি রাধিকা য়াওবনিনা "হরিবংশ" অমসুং "ব্রহ্মবৈবর্তত্ত" পুরাননচিংবদগী মচাক লৌরগা তুংদা "গোবীন্দ লীলামৃত" অমসুং "ভক্তি

রত্নাকর” নচিংবদা য়াওরিবা ভাব অমসুং ময়েকশিংদুগা পুনশিন্নদুনা মণিপুরগী ওঝা গুরু কয়ানা মথং মথং শেম্নকুনা কাইনথংদা মপুঙ ফাবা মশক অমা ওইরকপনি। রাধা মান য়াওবনিনা “গীত গোবীন্দ” দগীসু মরু ওইবা মচাক লৌরি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা বসন্ত রাস কৎখি হায়নসু য়ানরি।

চহি অমগী মনুংদা বসন্তনা চংলক্লে, লাক্লে হায়বসি ফাইরেন পঞ্চমি (৫ নি পানবা) নুমিত্তগী বসন্ত হৌরে হায়না লৌনে। খুদম ওইনা লৈবাক্কী কৎনরিবা সঙ্কীর্ত্তণ লুহোংবনচিংবদা নুমিৎ অসিদগী অবির কৎপা হৌরে। অসিগুম্বা বসন্তগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগা লোয়ননা অবিরনচিংবা চাইনদুনা শান্নবা লীলাবু বসন্ত রাস হায়না খঙনৈ। যমুনা পুলিন্দা (তোর্বান্দা) পুর্ণিমা নত্তবা নুমিৎশিংদা রাস শান্নদে অদুনা বসন্তগী পুর্ণিমা হায়বদি ফালগুন (লমতা) পুর্ণিমা নুমিত্তা বসন্ত রাস শান্নফম থোকই। অদুবু ভক্তকবি জয়দেবগী মনিং থুংহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী হস্তমক্রা ইবিরম্লবা “স্মরগরলখন্দনং মম শিরশি মন্দনং দেহি পদপল্লবমুদারম” হায়বা ফজখ্রবা মনাই ভক্তগী পেন্ননবা ভক্তগী মখা পোম্বনি তাকপীনবগীদমক থম্বিরম্লিবা অসিবু মহারাজনা বসন্ত রাসকী তোপ তোপ্পা গুন অমা ওইনবা শেম্নম্বনা হায়রিবা ফালগুন পুর্ণিমা নুমিৎ অসিদা কৎলমদে। মরমদি ফালগুন পুর্ণিমা নুমিৎ অসিদি শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী মান লৈতবা গোপী পুম্নমক সপক্ষা, বিপক্ষ অমসুং তটস্থা পুম্নমক তিন্নবা মরমনা গীত গোবীন্দগী শরুক অসি হাপ্পদা ভাব কায়গনি হায়বা মহারাজনা নিংথিনা খঙখি। অসুম্না ভাগ্যচন্দ্রনা শাস্ত্রগী যুক্তি ময়াম কুপ্পা বিচার তৌরগা হেন্না ফজবা মগুন লৈনবগীদমক বসন্ত রাসপু চৈত্রগী পুর্ণিমা (শজিবু) দা থৈথদুনা কৎলম্মী। অসুম্না বসন্ত ঋতুগী মনুংসু চনবা রাধা মানসু য়াওবা য়াবা, পুর্ণিমা নুমিৎ, যমুনা পুলিন্দা

রাসসু শান্নবা নুমিৎ অমা খনগত্তুনা হেন্না ফজবা ৱাহঙোক অমা লৈহন্দুনা কৎখি। অসুম্না বসন্ত রাস কৎলকপসিনা খুল্লক্তা কালেনগী পুর্ণিমা নুমিৎ ফাওবা (জলকেলি) চৎথবা য়াই হায়দুনা লৈবাক্কী ওইবা চৎনবী অমসু অদুমক থম্বীরম্মী।

**বসন্ত রাসকী তোপ তোপ্পা মশক ঃ–**

রাস অতৈগুম্না শ্রীকৃষ্ণনা নন্দালয়দগী অভিসার লেংলক্তুনা ব্রজগোপীশিংবু মুরুলিগান তৌদুনা রাস শান্নফমদা কৌই। অসুম্না গোপীশিংনা অভিসার তৌরক্তুনা কৃষ্ণগা লোয়নননা রাস শান্নখি। বসন্ত মতম ওইবনা অবির পিচকারিনচিংবা, চাইন-কাপনদুনা শান্নে। অসুম্না শান্নরম্বদগী গোপী পুম্নমকপু অমত্তা ওইবা মীৎয়েংনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমক্কা জগোয় শারম্মী। অসুম শারম্বদগী চন্দ্রাবলি ইবেম্মবু পুথোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা জগোয় শাখি। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্রাবলিগা লোয়নননা জগোয় শাখিবসি উরুরগা মথন্তগীনি খঙবী ইবেম্মা রাধানা মানগী সিংহাসন্দা কাখৎনবা, ওইনখিদুনা শাওনবা মচাক ওইখি। অসুম্না রাধানা ললিতা বীশাখাগী মফমদা ৱাহৈনা ফোংদোক্তুনা রাস শান্নফমদগী অচিকপা মফম অমদা লেংশিন্দুনা লৈখ্রে। অসুম্না ইবেম্মনা লেংশিনখিবা মফম অদুবু **"বীশ্রাম কুতুম"** হায়না খঙনৈ। অসুম্না ইবেম্মনা লেংখ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু থিরক্লে। কাম দেবগী তেন্না থাবগী অনাবনা ৱারবা শ্রীকৃষ্ণনা নিঙমদবগী নুঙাইতবনা পুক্লিং চাক্লদুনা যমুনা মপান্দা লৈবা কুঞ্জদা মফম খুদিংদা ইবেম্মা রাধাবু কোইনা থিরকখি। ঐনা গোপী ময়াম্বু অমত্তা ওইনা খল্লুবনা গোপী ময়ামগা কোয়দুনা লৈরিঙৈদা ঐবু উখ্রদুনা চৎখরে। ঐসু লাল্লুরবনা য়াম্না কিখরদুনা রাধাবু খামহৌদ্রে, ঐনা লুনা তৌহৌদবনা শাওদুনা রাধিকানা চৎখ্রিবনি খন্দুনা মচিন্না শোন্দুনা রাধাবু থিজে। অসুম্না উরি, উপাল, চোঙা, তেনৱা কয়াদা ইবেম্মা রাধাগী লৈফম হংজৈ। সখিশিংগী মফমদা চংদুনা রাধাগী লৈফম হংজৈ। সখিশিংনা হায়রকই

"তাবীয়ু চান্নথোইরবা রসনা মপুং ফারিবা হে ইবুংঙো হৈশিংবনা তিল্লবা, ব্রজগোপী ময়াম পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা খনবিদুনা মোমোন নোকপা মীনোক্লা চিনবান থোংগী লৈতেং ওইবিরগা জগোইনচিংবা অয়াম্বা শান্নবিরুবা অদু উরুবদগী ইবেম্মনা খংহৌদনা অশাওবা খিবিক্লা তিনখিদুনা লৈখ্রে। মহৌশানা শাওগনবীনি হায়বা করিগী খংবীদ্রি। তাবীয়ু মাধব রাধিকাদি শাওদুনা লৈহৌরে কুঞ্জ অসিদা ঐখোয়না মাংদা চৎচগে, লেংঙুসি মনাক্তা, হায়জগে খুৎ অনি লোন্নদুনা ইবেম্মা রাধীকাগী মফমদা অশাওবদো থাদোকপীরো হায়না"। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণবু লমজিংদুনা সখি অনিনা ইবেম্মা রাধাগী লৈফম তান্না লাক্লে। সখিশিংনা রাধাবু থেমজৈ। রাধানা **"হায়বীরগনু ইতা নিংথৌগী মচা ইবুঙোনা ঐঙোন্দা অৱাবা পীরে, পীশনু"**। ৱাহৈ অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা রাধাগী মফমদা "অশাওবদো থাদোকপীরো লানখিবা পুম্বা ঙাকপীয়ু" হায়জৈ। রাধানা ইয়ামক য়াদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণ মনাই ভক্তকবি জয়দেবগী গীত গোবীন্দ কৌবা লাইরিক্তা মনাই ভক্তনা খুৎ থাবা য়াদ্রদুনা ৱারবা মতমদা কৃষ্ণগী শ্রীহস্তমক্না য়েকপিরম্বা "স্মরগরলখন্দনং মম শিরশি মন্দনং দেহি পদপল্লব মুদারম" হায়না চূড়া বাঁশি পুন্না-ইবেম্মা রাধাগী চরন শোক্লা খুরুমদুনা লাল্লুরবা অমনা চংজবা মতৌ উৎপিখি। শ্রীকৃষ্ণগী ৱাখল ফিদমদি মনাই, মাবু লুনা নিংজরিবশিংগী মখা পোন্বনি, ভক্তগী অপাম্বগীদমক লৈবনি হায়বদু মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী মফমদা উৎলিবা অসিনা হায়বা ঙম্মী। অসুম্না ইবেম্মগী মান থাদোক্লনা যুগল ওইখি। মতাং অসিবু হায়বদি রাধা মানগী মতাং অসিবু মণিপুরী বসন্ত রাস খক্তগী ওইবা তোপ তোপ্পা গুন্নি হায়না য়ানৈ।

*******

# "কুঞ্জ রাস"

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা রাস মখল অসি পুথোকপীরম্বনি। মহারাস, বসন্তরাসনচিংবদি যমুনা পুলিন্দা (যমুনা তোর্ব্বান্দা) শান্নবা মখলগী লীলামক্তনি। অদুবু কুঞ্জ রাসতি কুঞ্জ মনুংদা শায়বা লীলানি অদুনা কুঞ্জ রাস হায়নসু খঙনরিবনি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কর্ত্তিককী পুর্ণিমা হায়বদি হিয়াঙ্গৈগী পুর্ণিমা মেরা রাফুকপা নুমিত্তা মহারাস কৎলম্মী মত অসি গোপাল সহস্রনামদা য়াওরি। মদুদি "দুর্ব্বাসসো মুণের্মোহে কার্ত্তিক্যাং রাস মণ্ডলে" অসিনি। মসিনা তাক্লিবদি শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাদি কার্ত্তিক পুর্ণিমানি। অদুবু বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিগী সারর্থ সন্দর্শীনী টিকাদা আশ্বীন পুর্ণিমাদা রাস শান্নে হায়বা মত অমা লৈ। মহারাজনা কার্ত্তিককী পুর্ণিমাদা মহারাস কৎখ্রবসু গোশ্বামিশিংগী হায়বদি বিশ্বনাথকী মতপুসু ইকায় খুম্নবা উত্তুনা মণিপুরদা শ্রীগোবীন্দগী অখরাদা কুঞ্জ রাস হায়না মিংথোন্দুনা কৎলি। মসিমক গোস্বামীশিংবুসু ইকায খুম্নবা উৎপিবনি।

রাস মখল অসি ইচম-চম্বা অমা ওইনা উরবসু মাগী তোঙানবা মশক অমা লৈজৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা রাস অতৈ হায়বদি নিত্যরাসনচিংবদা সখীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা সেবা মানা মানা ঙমজবা চংই। (রাসলীলাগী মতমদা) অদুবু কুঞ্জ রাসতদি অতোপ্পা গোপী অমত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা চংবা য়াদে। ইবেম্মা রাধা মথন্তনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা চংই।

*******

# "দিবা রাস"

দিবা রাস হায়রিবা রাস মখল অসিসু বসন্ত লীলাগী মনুং চল্লি। লালসা শ্লোকাবলিদা মসি বসন্তদা শান্নবা লীলানি হায়না য়েকলি। "শ্রীকৃষ্ণরস সংগীত সংগ্রহঃ" কৌবা লাইরিকতসু ইরি। "বসন্ত দিবারাস" অসুন্না। বসন্তগী মতম লেপ্পদা লাইরিক অসিমক্না তাক্লি। পঞ্চমীদগীনা হরিশয়ন ফাওবদা বসন্তগী মতম লৈ। অদুনা মতম অসিগী মনুং চন্না দিবা রাস শান্নফম থোকই। নিংথম থাগী অশাংবা অহিং য়াওরকপদদি মতমনা হেন্দোরকপগী মতৌ অমা থেংনরকপদা বৈষ্ণব শরনীদা পুক্লিংগী লকক তৌবা মতৌ অমা থেংনরকপদগী অশাংবা অহিংদনা প্রহেলিকা "রস" অদুগা অশাংবা কালেনগী নুংথিন্দনা "দিবা রাস" অসুন্না মখল অনি অমুক হাপকৎখিবগী মতৌ ওইগনি খল্লি।

দিবা রাস অসি শ্রীরাধা কুণ্ডগী মনুংদা অঙ্গ মঞ্জরিগী কুঞ্জদা শান্নবা লীলানি গোবীন্দ-লীলামৃত্তনা য়েকলি। বৈষ্ণবশিংনা শ্রীঅনঙ্গ মঞ্জরিবু শ্রীরাধাগী পোকমিন্নবী মনাওমক্নি হায়না শরনী তৌনৈ। অন-অঙ্গ মশা লৈতবা শক্লাইদবা হায়বনি। মহাদেবগী অশাওবা মৈরিনা চাকথেক্লুনা উৎ-ওইনা মাঙখ্রবদা রতি দেবীনা হায়জবদগী ভগবান্না বর পীবিখি, মপুরোইবা কামদেবগী মশক মাঙখ্রবসু মপাঙ্গলদি হান্নগুম অদুম্মক লৈবা ওইসনু। অসুন্না মশক নাইদে হায়বদগী কামদেববু মমৈদা অনঙ্গ দেব অসুন্না খংনরকখি। অসুন্না অনঙ্গ-মঞ্জরিসু কামনা শায়োনবী, মশক উদনা পাঙ্গলবী অমগী শক্তমদা মুর্ত্তি অমা শাগত্তুনা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা শরনী তৌনখি। মশক লৈতবা মপাঙ্গলদি য়াওবা মতৌ অসি অমরোমদা শ্রীমতি রাধা রানিমক্কী মশাদগী থোকপা শ্রীকৃষ্ণবু লায়না শুমহৎপা ঙম্বগী অমদি ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমক্কী ওইবা অপুনবা

নুঙাইবদুগী সংশঙবা মুর্তিমক ওইনা চোংথোকহন্দুনা মদুগী ধ্যান্দা বৈষ্ণবশিংনা মিৎলু ঈরা হৌনা পেঞ্জবা নুঙাইবগী রস অদু চুপনজৈ।

শ্রীনরোত্তম ঠাকুরনা য়েক্লম্মী রাধাদগী থোকপা অনঙ্গ দেবী অসি অমুক অমরোমদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গদা অদুম্মক পুন্না লৈ। মদুদি শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোংদনা শ্রীরাধা চরন্দা অনঙ্গ মঞ্জরি অদুনা নিংথিরবা থবাক্তনা "মদন-মোহন" অসুম্না অহুমমক্লা অমত্তা ওইনা লৈদুনা "কাম-গায়ত্রী" গী মশক ওইনা ঙাল্লি। অসুম্না রাস লীলা অসি শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনা মথন্তদা শান্নজবনি হায়না শাস্ত্রনা লমজিং পীবিরি। দিবা রাস অসি ইনিংথৌ চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা পুথোকখিবনি। মচাক লৌখিবা বৈষ্ণবকী লাইরিকশিংদি শ্রীকৃষ্ণরস সঙ্গীত সংগ্রহঃ মণিপুরদা ফোঙবা ভক্তি সিদ্ধান্তনা খোমজিনবনি। গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতমদা সঙ্গীত মাধব নরোত্তম ঠাকুরগী লালসা পদাবলী গোবীন্দ লীলা মৃত্তনচিংবনি। শেমগৎখিবনা সনখ্বা নিতাইপাৎ স্নানা মপুং ওইবা ঈথিল পীরগা দৃশ্যকাব্য ওইনা পুথোকপনা লৈখিদ্রবা অখাম ওঝা তোম্বনি। ওঝা অসি রাস হৈবা ওঝা রসানন্দগী ধারনি। রাস অসিবু মপুং ফাহন্বদা য়াওখিবা ওঝাশিং অদুদি ঃ— (১) নোংমাইথেম ওঝা চাইগোয় (২) শমান্দুরাম ওঝা চাওবা / পীবা (৩) মাইবম ওজা থম্বৌনচিংবা ওঝাশিংনি।

দিবারাস কৎখিবগী য়াম্না নুংশিরবা ৱারি অমা লৈ। রাস অসিবু ইহান হান্না পুথোকপীখিবা ওঝাদি লৈখিদ্রবা শ্রীঅখাম ওঝা তোম্বা সিংহনি। ইহান হান্না রাস কৎখিবনা খৃঃ ১৯৪০ দা শগোলবন্দা লৈবা হিদংময়ুম মাগুপুনি। ওঝানা রাস লীলা অসিবু থৱায় হকচাং য়াওনা তম্বীদুনা কৎকদৌরে হায়বসি শ্রীযুৎ চুড়াচান্দগী নাকোং য়ৌখ্রে। অশাওবগা লোয়ননা মহারাজনা মনাই থাদুনা ওঝাবু সনাকোনুংদা কৌখৎলে। লৈবাক নিংথৌগী অয়াবা য়াওদনা করম্না শান্নগদৌরিবনো অমদি ইবুংঙো ইবেম্মগী কুপগ্রবা নুংগী ওইবা রাসবু করম্না অয়ুক নুংথিলদা শান্নগদৌরিবনো হায়না তাকপিরে। হায়রিবা ৱাফম অসি "ব্রহ্মসভা" দা কুপ্না নৈনরে। অঙকপনি

ইবুংঙোগী লীলা ! কুপ্না খন্ন-নৈনরবা মতুংদা ব্রহ্মসভানা অম্বুজকুঞ্জদা লোন্না শান্নবা দিবারাস লীলা, নুংথিলগী মতমদা শান্নবসু থোইনা অকায়বা লৈরোইদরা খঞ্জে হায়না শ্রীযুৎ মহারাজদা হঙ্গচ্চখি। মহারাজনা ওঝাদা দিবারাস নুংথিলদা শান্নবা য়ারনি হায়না তাকপীখি। খুদক্তা সনা খুৎনা সহি তৌবিখি। অসুম্না ইহান হানবা ওইনা খৃঃ ১৯৪০ দা শগোলবন্দা লৈবা হিদংময়ুম মাণ্ডপ্তা দিবারাস কৎখি। হায়রিবা অহানবা দিবা রাস অসিদা শরুক য়াথিবা মরু ওইবা মীওইশিংদি ঃ—

কৃষ্ণ ঃ— হিদংময়ুম মধুমঙ্গল শর্ম্মা।

রাধা ঃ— নুংশিতোম্বী দেবী, সলাম মতুম (বাবুয়াইমা) গী মচা অতোম্বী।

অনঙ্গমঞ্জরী ঃ— সলাম নিঙ্গোল থোইবী দেবী (রাধা শাবীগী মচে)।

মকোকচিংবী ঃ— হিদংময়ুম নিঙ্গোল বীনোতকুমারী (দিনাকুমারী) বামোন লৈকায়, নহাবম।

সুত্রধারী ঃ— চন্দ্রজিনি দেবী, কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকায়, রুহিনি দেবী, কোনোক থিংঙেল থাংমৈবন্দ।

রাসধারী ঃ— অখাম ওঝা তোম্বা, রাজকুমার অকেম্বা সিংহ অসিনচিংবনি।

দিবা রাসকী মনুংদা কৃষ্ণ অভিসারগী মতাংদা শক্লরিবা "বাম হস্তে বাঁসি লয়ে ..... ।" হায়বা ঈশৈ অসি ঙাঙোম ওঝা যুগিন্দ্রো সিংহনা শেম্বীরম্বনি। ঝারেংজরিবী ইশামক থেংনজহৌই।

রাধা অনুরাগগী মতাংদা শক্লরিবা "জার লাগি ঝুলেরে প্রান ...." হায়বা ঈশৈ অসিনা যুম্নাম ওঝা নাতুম সিংহনা শেম্বীরম্বনি।

*******

# "শ্রীশ্রীগোবীন্দগী অমদি খুল্লক্তা কৎনরিবা মহারাস লীলাগী খেন্নবা মশক"

শ্রীশ্রীগোবীন্দগী মাণ্ডবতা কৎনরিবা শ্রীগোবীন্দগী রাস অমদি খুল্লক্তা কৎনবিবা রাস অনী অসি মপুংদা রাস ওাক্তা ওইরবসু মনুংদা তৌথোবকপদদি খেন্নবনা অয়াম্বনী। অকক্লবা রাসপু গোবীন্দদা নোংমতং কৎতুনা লৈবাক্কী মফম কয়াদা কৎনবীবা অসিদগী খব তোঙান্না থম্মী। মখাদা খেন্নবশিং খর ইজরি —।

১। গোবীন্দগীদা শান্নবা রাসতি নিংথৌগী কৎচবা ওইবনা নোংমতং অতাবা নুমীৎতুদা কৎপনী। গোবীন্দগী কৎত্রিঙৈ নত্রগা মতম অমত্তুদা কৎমিন্নবগী অয়াবা লৈতে। মসিমক্তা গোবীন্দগী রাসপু হেন্না ৱাংবা থাক্তা থম্মবনী। গোবীন্দগী কৎথ্রবা তুংদা অতোপ্পা খুলক্কী রাসশিং কৎপা য়ারে।

২। গোবীন্দগীদি পুর্ণিমাদা যমুনা পুলীন্দা রাস শান্নে হায়বা ৱাফমবু ওাক্লা কৎপনী। খুল্লক্তদি ভাবনা চিংশিন্দুনা পুর্ণিমাদা শান্নবা রাসপু নুমীৎ অমদা হেক্তা কৎনৈ।

৩। গোবীন্দগী রাসতী রাধা কৃষ্ণ অনীমক ডারুক মুর্ত্তিনা ওই। মীনা শানদে অদুবু খুল্লক্তদি মীনা রাধা কৃষ্ণ অনীমক শাই।

৪। গোবীন্দগী রাসতদি নুপা পালা মাংওইননা রাধা গোবীন্দ অনী রাস মণ্ডলগী ময়ায়দা লৈবা ভদ্র চক্রদা হান্ননা লেংথোক্তুনা থম্মী। অদুবু খুল্লক্তদি রাধা কৃষ্ণ অনীমক মীনা শাবা মরম্না হান্না লেংথোক্তে।

৫। গোবীন্দগী নুপা পালা হেক লোইবগা রাসকী মাংওইননা কুঞ্জ আর্তি কৎলী। অদুবু খুল্লক্তদি নুপা পালা লোইরগা রাসকী মাংওইননা আর্তি কৎনদে।

৬। গোবীন্দগীদি সুত্রগী রাগনচিংবা শকপা লোইরবা মতুংদা কৃষ্ণ অভিসারগী শরুক অদু শ্লোক ওইনা থিদুনা কৃষ্ণ অভিসার অদু বাঁশি বত্তা থুংহল্লী। কৃষ্ণ অভিসারগী জগোয় য়াওদে। খুল্লক্তদি সুত্রনা কৃষ্ণ অভিসার ঈশৈ মখল কয়া শক্তুনা জগোয় শাহল্লী। মীনা কৃষ্ণ শারবনিনা মখল কয়াগী জগোয় য়াওরে।

৭। কৃষ্ণগী মুরুলী নাদ তৌরবা তুংদা গোবীন্দগীদি মহারাসতা গোপীশিংগী অভিসার য়াওই। অদুবু খুল্লক্তদি রাস পঞ্চধ্যায়গী মত মতুংইন্না গোপীশিং মানা মানা থোকপা কৃষ্ণগী নাক য়ৌনবা লাকপদু ওইনা চৎনৈ। জগোয় শানদে।

৮। গোপীশিং কৃষ্ণগী নাক্তা য়ৌরক্লবদা স্বাগৎ ব্রাহৈশিং অদু শ্রীকৃষ্ণদি ডারুক মুর্তি ওইখিবনা ব্রহ্মণ অমনা মহুৎ শিন্দুনা থিগনী। খুল্লক্তদি কৃষ্ণ শারিবা মীদুমক্লা থীগনী।

অসুম্না গোপীশিংনা প্রার্থনা কৎপা মকোকচিংবী জগোয়নচিংবদি ব্রাহৈ ময়েক খেন্নরবসু ভাবতদি খুল্লক্তা কৎনরিবশিং অসিগা মান্ননা মপোপ লোইবা ফাওবা জগোয় চৎনৈ।

৯। ভঙ্গি শাবা লোয়রগা কৃষ্ণ নর্ত্তণ অমসুং রাধা নর্ত্তণ জগোয় অনীমক রাধা কৃষ্ণগী ডারুক মুর্তি ওইখ্রবনা ঈশৈ শক্তুনা গোপীশিংনা জগোয় শাই অদুবু খুল্লক্তদি কৃষ্ণ রাধা অনিমক নাইতোম নাইতোম থোক্লদুনা হৈজবা ণ্ডমজবা জগোয় শাই।

১০। কৃষ্ণ অন্তর্ধানগী মতমদা শ্রীগোবীন্দগীদি ডারুক মুর্ত্তিনা ময়ায়দা লেংদনা লৈখিবনা মরম ওইদুনা মাগুবতা থাল্লম্বা মৈ পুন্নমক মমহন্দুনা পাংথোকই। মতাং অসিদা গোপী গীতনচিংবা পুন্নমক লোয়রগা কৃষ্ণনা অবের ভুত ওইবা মতমদা মৈ অমুক ঙালহল্লী।

খুল্লক্তদি রাধা কৃষ্ণ অনীমক মীনা ওইবা মরম্না রাস মণ্ডল ময়াইদগী থোকখিদুনা গোপীশিংনা কৃষ্ণ থিবদু মপুং ফানা উবা ফংই অমদি কৃষ্ণনা রাধা পুদুনা থোরকপা রাধাগী মফমদগী শ্রীকৃষ্ণ মাংখিবা পুন্নমক য়াওনা উবা ফংই।

১১। অসুম্না রাসকী অরোইবা মতম লাক্লবদা শ্রীগোবীন্দগীদা কৎপা রাসতি ব্রহ্মণশিংনা আর্ত্তি কৎলী। খুল্লক্তদি গোপীশিংনা রাধা কৃষ্ণদা আর্ত্তি কৎলী।

১২। শ্রীগোবীন্দগী রাস লোইরকপদা গৃহ গমন য়াওদে। শ্রীগোবীন্দদদি রাধা কৃষ্ণা অনী যুগল মুর্ত্তি ওইনা লৈতবা য়াদে। খুল্লক্তদি গৃহ-গমন য়াওগনী।

১৩। রাস লোয়রবা তুংদা শ্রীগোবীন্দগীদি নুপা পালানা থৌগল তৌদুনা রাধা কৃষ্ণ অনী মনী মন্দিরদা ব্রাহ্মণশিংনা লেংশিল্লি খুল্লক্তদি মসিমক য়াওদরে।

গোবীন্দগী মহারাস অমদি খুল্লক্কী মহারাস অনীগী মরক্তা খেন্নবা খরদুনি।

য়াম্না মরুওইবা অমনা গোবীন্দগীদা কৎলিবা রাস মখল অহুম হায়বদি মহারাস, বসন্তরাস, অমসুং কুঞ্জরাস অসিগী মনুংদা বসন্তরাসতমক গোপী রাগ য়াওই। অতোপ্পা অনি অমদি গোপী রাগ য়াওদে।

*******

# "রাস লীলাদা পোৎলোয় শেৎপগী মথং মনাও অমসুং শেৎলিবা পোৎকী মমিং"

রাস লীলাদা শেৎনরিবা পোৎলোই অসি চাওরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি ১ - কৃষ্ণ পোৎলোয়, ২ - কোকতুম্বী গোপী ফিজেৎ নত্রগা গোবীন্দগী গোপী পোৎলোয় অমসুং ৩ - ঝাপা ফিজেৎ পোৎলোয়।

কৃষ্ণ পোৎলোয় :—

কৃষ্ণ পোৎলোয় শেৎপা মতমদা ইহান হান্না কৃষ্ণ শারীবা ইবেম্মা ইবুংঙোশিংগী মমায় অদু মেকঅপ তৌগনি। (পাওদরনাচিংবা থাবা) মায় অমসুং হকচাংগী মফম শুনা চন্দন থিনগনি।

১ - ঘোঙ্গুর নোপুর (খোংগী খোংনম অমদি খোংজেংদা শিবা) :—

ঘোঙ্গুর হায়বা অসিনা খোংনমদা শিবা অদুনি, নোপুর হায়বা অসিনা খোংজেংদা শিবা অদুনি। খোংজেংদা শেঙ্গাও শরিক অদুগী মথক্তা নোপুর কিশিনগনি। ঘোঙ্গুরনা খোংনমদা শিগনি।

২ - ফৈজোম সনা ফিগে (সনা মচুগী মুগা ফৈজোম) :—

ফৈজোম শেৎত্রিঙৈদা হান্না কুঞ্জা শাদোক্কনি। কুঞ্জা শাবা মতমদা মথক থংবা শরুক অদু পীক্লা থুপকনি। মখা থংবা শরুক অদু মথং মনাও

নাইনা খর খর পাকথোকহনগনি। ফৈজোম শেৎপগী মওংদি শামু নাতাগী মওংদা শেৎকনি।

শামু নাতা তানা ফৈজোম শেৎপগী মওং :— শেৎলিবা মী অদুগী য়েৎলোমদা ফৈজোমগী মপান অনি অদু কিশিনগনি। কুঞ্জাগী শরুক লেমহৌরিবা অদুনা ওইরোমদা য়েপলগা য়েৎলোমদা অমুক হন্না য়েপকনি। কুঞ্জা শাখিবা অদু কায়হন্দনা খোয়দৌ মপাদা য়েপশিনগনি। কুঞ্জা চোনবগী চাংনা খুমিৎ মপা ফাওবা চোলহনগনি। নাঁমৈ য়েপ্পা মতমদা ফৈজোম অদুগী ফীয়াই অদু চীংখত্তুনা হকচাংগা তপ নপনা নাঁমৈ য়েপকনি। পালাগুম নাঁমৈ লৈদুনা য়েপলোয়। ফৈজোমগী মপান অনি অদু কোম্লপ তাহনগনি, ওইথংবা খোংগী ফৈজোম চোনবা চাংনা নোপুর মথক্তা খুদোল অমা (ইন ঃ ১$\frac{১}{২}$) চৎখৎলগা ফৈজোম মপান তাহনগনি। কৃষ্ণ শারিবাদু নিংথিজনা ফীরেপ চানা লেপহল্লগা য়েৎ ওই অনিমক্কী নোপুর মথক্তা তারিবা ফৈজোম ফীবান অনি অদু মান্ননা শেমগনি। কুঞ্জাগী মতোন থংবা শরুক অদু মথং মনাও নাইনা চোম্থরকপনা মতোন ইথং থংবা শরুক অদু খুমিৎ মপা ফাওবা চোলহনগনি।

৩ - ধোরা :—

ধোরা হাপচিন্বা মতমদা ফৈজোমগী মথক্তা মপান নপ্পা কীগনি। ধোরাগী মতায় অনিদা তারিবা কিনারগী পেক্রক (নাচোম) অদুনা কুঞ্জাগী নাকন অনিদা চাং মান্ননা তাহনগনি।

৪ - খাওন :—

খাওন অনি অদু খাওনলেং (খাওনমরি) পানশিনবা মতমদা অচোল অকৌ, শেৎকদৌরিবা মী অদুগী পাদম লৌদুনা পানশিনগনি। খাওন হাপ্পা

মতমদা য়েৎলোমদ তাবা খাওননা মথক থংগনি। খাওন লেংদগী (মরিদগী) খাওন চোনবগী চাংনা খ্বাংগোয় লাকফমদগী খুদোল অনি চৎথনা খাওন তাহনগনি।

৫ - খ্বাংনপ খ্বাংগোয় : –

কৃষ্ণগীদমক্তদি খ্বাঙ্গোয়গা খ্বাংনপকা পুন্না পানশিল্লোয়। ফী মচেৎ অশাংবা খ্বাং পুনবা থুংবা অমনা খ্বাংনপ মতোন্দা ফোৎচন্দুনা শেমগনি। খ্বাংনপ পানশিল্লবা ফী মচেৎ অদুনা ধোরা অমদি খাওন লেং অনি অদুগী মথক্তা লাকশিন্দুনা তুংলোমদা কিশিনগনি, খ্বাংনপ অশাংবা অদুনা কুঞ্জাগী মথক্তা তাহনগনি। খ্বাংগোয়দি কোক্কী লৈতেং হাপলমদাইদা ফাগনি।

৬ - পীশিন্দ্রায় :–

পীশিন্দ্রায় পরেং অসি ৫ নত্রগা ৭ ওইগনি। য়েৎ ওইগী খাওন লেংগী কারন তাবা থবাক্কী মফম অদুদা পীশিন্দ্রায়গী মমায় অদু খাওন লেং অনি অদুগী মথক্তা পুন্না ফামিন্নগনি।

"লীক-কোলশিংগী মমিং অমসুং শিগদবা মফমশিং"

অ - লীকয়ান লিকতৎ - গুক্কা থংননা শিগদবা

আ - ক্যাংলিকফাং :– হায়রিবা লীকশিং অসি মথং মনাও নাইনা নিংথিজনা লীকথাং চনশিনগনি। অরোইবদা লৈ পরেংনা লীকখোম ওইগনি।

ই - কোন্দুম পরেং

ঈ - হৈগ্রু খায়বী

উ - লংগী লৈ পরেং (বনমালা)

উ - কুন্দো নায়িন - নাদা চিনবা লৈ।

ঋ - সনা খুজি পোকচাওবী খুজেংদা শিগনি।

মথক্তা হায়রিবা ফীজোলশিং অসি কৃষ্ণ শারিবা ইবুংঙো ইস্মৈশিং অদু লেপহল্লগা লৈতেংগদবা ফীজোলনি। অসিগী মতুংদা ফমবা য়াবা মোস্তেক নত্রগা মোরা অমদা ফমহল্লগা ফিজোল লৈতেংবা য়ারে।

খুৎকি লৈতেং :–

অ - খুৎনম তোপ্পী :– খুজেংদা কীরগা খুৎয়াইদা কোৎশিল্লগা ফাগনি।

আ - খুজিথক রতনজুর :– খুজিগী মথক্তা কীগনি।

ই - তানথক তানখা :– পামবোমদা তালগী মফম খাক্লগা মথক মখা কিগনি।

ঈ - তান :– তানথক তানখা মরক্তা কিগনি।

মমাংঙৈগা হৌজিক্কা খুজিথক রতনজুর খেন্নবা :–

খুজিথক রতঞ্জুর মরি পান্দুনা মতোন্দা পেক্রক থাংবা অসি মণিপুরগী রাস লীলানা মপানগী লমশিংদা উৎপদা পোৎলোয় শেৎপা মী অমখক্লা ময়াম অদু শেৎপা ঙম্মবা হোৎনবদা খুৎ-শাগী মরি পানবা হৌদোকখিবনি। মরি অসিগী মতোন্দা ফজনবা কিনারগী নাচোম (পেক্রক) শেমখি। হৌজিক হৌজিকমক্তি কিনার তাংঙকপা নচোম অদু তোইনা শিনবা দরকার ওইবা মরম্না শামতু লংনা নাচোম থাংনরে। অদুবু তাল অসিদি মমাংঙৈদগী হৌনা মরি পাল্লি। খুজেংদা কীনার ঙাক্তনা শেম্বা লৈখা হায়বা অমগা শিনরম্মী।

নাখুম :– খেমজি অমুবনা তুবা লমবোইবগী তুপ্পী মানবা অদুবু নাখুম কৌই। অদুগী ময়ায়দা চুড়া থেংনবা উ (উকং) অদু নাখুমগা ফোংচিন্দুনা শেমগনি।

নাখুম উপত্রিঙৈদা উপকদৌরিবা মী অদু শমজেৎ নিংথিজনা হাংলগা উপকনি। নাখুমগী মায়কোৎ অদুগা, মী অদুগী মায়থোংগা চাননা নাখুমগী মরি অদু খৌরিদা (চুবাগা খৌরিগা তায়নবা মরক্তা) কিগনি, মসিবু খৌগারি হায়না খঙনৈ। খৌগারি অসি খর কোল্লপনা কীগনি। মরমদি, কোক অদুগী লুখমদা লেমহৌরিবা নাখুমগী শরুক অদু ফোংচিন্দুনা কোক্কা নাখুমগা তপ নপহনগনি। মসিগী মতুংদা চুড়া থেংনবা উকং অদু নোমদুনা য়েংগনি। খৌগারি অদু অমুক হন্না লৌথোক্কুনা কোমলপ্পা কিগনি।

কোকনম :– মায়রোমগী নাখুম ফীবান শরুক অদু পোইন্ট ১ গুম্বা থাদোক্লগা কোক্লমগী অরোইবা শরুক অনি অদু লুখমদা ফাগনি। কোক্লমগী ময়ায়দা হাপ্পীবা চীন্তাবলিগা চন্দলগা মপা চানহনগনি। লাইবকলোম থংবা কোক্লম শরুক্কা লুখমলোম থংবা কোক্লমগী শরুক্কা অনেম অৱাংসি খুদোল অনি (ইঞ্চি ১) লুখমলোম্না নেমহনগনি। কোকনম হাপ্লবা মতুং কর্ণফুল অমদি লৈ নাচোম নাগী মপা য়েংদুনা শেমজিনগনি। অসিগুম্বা –

১ - খেমজী অমুবনা তুবা তুপী (নাখুম)

২ - চুড়া থেংনবা উনা শাবা (উকং)

৩ - উকংগী মবুক্তা থেংচিনবা - (চিরোং)

৪ - উকংগী মখোংগা নাখুমগা তাইনবদা কোইনা হাপ্পা মুকুট মখোং।

৫ - না মপাদা হাপ্পা চুবাগী লৈতেং কর্ণফুল, পোৎলম মঙা অসিনা পুনশিনববু মুকুট হায়না খঙনৈ।

খ্বাংনপ :—

খ্বাংনপ হায়রিবা অসি কুঞ্জা মথক্তা তারিবা অদুগা মশক চপ মান্নৈ। খ্বাংনপ মতোন অদু লুখমলোম কোক্লমগী মখাদা নাখুমদা ফোৎচিনগনি। ষ্টেজদদি লুখমগী খ্বাংনপ অসি হাপনদে। লৈরিবা খ্বাংনপ অদুগা কোন্ননা ফাগনি।

চেরৈ (শমজিরৈ) : চেরৈ হায়বসি কৃষ্ণ পোৎলোয়দা খ্বাইদগী মরুওইবা কোক্কী লৈতেংনি। হাপ্পগী মওংদি চিরোং থেৎলিবা অদুগী মখা উকংগী অচেংবা শরুক্তুদা মখোঙ থেংনা কিগনি। জগোয় শাবদা মাঙলোমদা হায়দোরক্তনবা খ্বাংনপকী ময়ায়দা লেংদোন মপাদা কোমগোম্না ফাগনি।

চূড়া :—

মুকুত্তা (উকং) চূড়া মচৈ অদু য়ুংশিনগনি। অকোম্বা শরুক অদু উচনগী শিংচেপ অমা শেমদুনা য়ৈশিনগনি, চূড়াগী মচৈদগী লং অমা কীরগা, উকংদগীসু লং অমা কিরগা অনি অদু কিশি কিমিন্নগনি।

কৃষ্ণগী পোৎলোয় শেৎপা পুমলোই লোইরে। কৃষ্ণ শাবা মী অদু লেপহল্লগা খোংদগী চূড়া ফাওবা অপৈ অচুম য়েংগনি।

**শ্রীশ্রীগোবীন্দগী রাস লীলাদা গোপীগী ফিজেৎ নত্রগা কোকতুম্বী ফিজেৎ লৈতেংবগী মওং, শেৎলিবা পোৎলোয়শিংগী মমিং :-**

১ - ইবেম্মশিংগী মায়গী মেকঅপ (পাওদরনচিংবা) তৈগনি, চন্দন থিনগনি।

২ - কোক লৈবা (শম অদু লৱাই মপাদা পুনবা) শম অদু মী অদুগী লৱাইগী মপাদা শমজেৎনা ফজনা খোমগত্তুনা মখোং থেংনা লং অমুবা অমনা চেৎনা কিশি কিগনি। মমাংঙৈগী মতমদা ফী অমুবা অপাবা অমনা শমগী শরুক অদু কোয়না খুল্লগা লাইবক মপাদা ফিগী মচিন অনি লুখমলোমদা ফানরম্মী। ফিগী মচিনশিং অদু খোমগৎলগা কোক্কা তপ নপননা হান্না কিশি কিদুনা লৈরিবা শম অদুবু য়োমশিল্লগা অমুক হন্না কিশিনগনি। শম অদুগা পুন্না ফিদু উরু উরু লৈদুনা শম লৈগনি। শম লৈবগী মওংদি মৌশিংনা শমজিদা পুল্লিবা অসিগা চপ মান্নে। লৈরিবা শম অদুগী মতোন অদু নাগী মতোনগা চপ মান্ননা শম লৈগনি। শম লৈবগী অরোইবা শমদোন অদু কাত্রা অমদি লং অমুবা শিজিন্নদুনা নানথোক্তনবা অমসুং শম্বুল অদু মখোং চাওহল্লগা মতোন তুমহন্দুনা (শরৈ মওং) শেমগনি।

৩ - শমজিখোং :— লৱাইগী শম লৈখৎলিবগী মখোং অদুগা তায়নবা অদুবু খুমদুনা লৈতেংলিবা অদুবু শমজিখোং খোয়বাক কৌই। শমজিখোংগা পুল্লিবা শম্বুল অদুগা অচৌবা অপিকপা চগো চান্ননা কোয়শিন্দুনা হাপকনি।

৪ - তেলংকা :— শমজিখোং খোয়বাক হাপ্লবা মতুং লে শমদোন্দা তেলংকা মওং মান্না হাপ্লিবা অদুবু তেলংকা কৌই। তেলংকা হাপ্লা মতমদা শম্বুল অচৌবা মচা খায়না তেলংকাগী মশিং ৩,৫ হায়না অনি থোক্লা লৈগনি।

৫ - কোক্লম :—

মায়গা শমগা তাইনবদা হাপলিবা অদুবু কোক্লম কৌই। কোক্লম হাপ্লা মতমদা লাইবক্কা শমগা তায়নবদা হাপকনি। লাইবক্কা লুখমগা অনেম অৱাং অসি খুদোল অনি (১") লুখমলোমদা নেমহনগনি।

৬ - চুবারৈ :—

কোকতুম্বীগী মতোম্দগী ওইগী চুবাদা তারকপা অদুবু চুবারৈ কৌই। চুবারৈ অসিগী অশাংবা অদু অঙাংগী অহলগী খায়না শিজিন্নগনি। কোকতুম্বী মতোম্দা চুবারৈ অদু ফাজিল্লগা ওইরোমগী চুবাদা তারকপনা খদাং অমসুং লেংদোনগী মরক্তা চুবারৈগী নাচোম অদু তাহনগনি। ওইরোম থংবা কোক্লম মথক্তা চুবারৈ অদু লংনা কোমগোম্লনা ফাগনি। মমাংঙৈগী মতমদা কোক্তুম্বীসি অসুম তৌনা শেৎনরম্মি অদুবু হৌজিক্তি হোলগী ওইনা অথুবা মতমদা শেৎপা য়াননবগীদমক শারৈ মওং মানবা অমদা ফিমুনা য়োমশিল্লগা, শমজিখোং খোয়বাক, তেলংকা অমসুং চুবারৈ পুল্লপ পুনসিন্দুনা রেদিমেদ ওইনা শেমনখ্রে। শম লৈনদরে বেনি লোম্দুনা ফুরিৎ মনুংদা থাদনরে। শ্রীশ্রীগোবীন্দগী ওইনদি নিয়ম কায়দনা অদুম চৎনরি।

৭ - রেশম ফুরিৎ অশংবা :—

রেশম ফুরিৎ লিৎকনি। মমাংঙৈ মতমদা রেশম ফুরিৎ থোকত্রিঙৈদা ফি অমুবা অমসুং খেমজি অমুবা শিজিন্নরম্মি। শ্রীসার চুড়াচান্দ মহারাজগী হাক্তক্তগী রেশম ফুরিৎ অশংবা শিজিন্নবা হৌখি।

৮ - থবাকয়েৎ :—

ফুরিৎকী মথক্তা থাখুম ফী ওইনা য়েৎলিবা অদু থবাকয়েৎ কৌই। থবাকয়েৎ ফাবগী মওংদি গোপী ওইরিবী অদুগী খুৎ অনি থাঙ্গৎলগা শেগাদা তুং-মাং কোয়না ফি অঙৌবা অদু ফুরিৎকা পান্ননা ফাগনি। ফিভম তানা কোমহম্দনা থবাকয়েৎ ফাগনি। মমাংঙৈদা থবাকয়েৎ অসি খুদৈ অঙৌবা খুদুপ ৪ (মরি) শাংবা অপাবা অমনা হকচাংবু কোয়না য়েৎলম্মী।

৯ - পোৎলোয় (কুমিন) :–

থবাকয়েৎ ফারবা মতুংদা পোৎলোই (কুমিন) শেৎকনি। পোৎলোয়গী চোনবগী চাংনা খোঙজেং ফাওবা চোলহনগনি।

১০ - পোৎশ্বান :–

পোৎলোয় (কুমিন) মথক্তা কোয়না তারিবা অদুবু পোৎশ্বান কৌই। পোৎশ্বানগী মচিন অনি কিফম অসি কোক্তুম্বীদি য়েৎলোমদা কিগনি।

১১ - খাওন :–

কোক্তুম্বীগী পোৎলোয়দা খাওন অসি ওইরোমদা খাওন ওনলগা য়েৎলোমদা তাহনগনি। পোৎশ্বানগী মচিন অনি ওকশিন্নবা অদুগী মথক্তা খাওনগী মপাক অদু তাহনগনি।

১২ - শ্বাংনপ - শ্বাংগোয় :–

পোৎশ্বান অমদি খাওন নামা হাপ্লবা মতুংদা শ্বাংনপ শ্বাংগোয় ফাজিল্লগনি।

১৩ - পিশিন্দ্রায় :–

খাওন লেং নাম্ম অদু থবাকলোম থংবা অদুদা পিশিন্দ্রায় মমায় অদু ফারগা য়েৎ ওইগী মচিন অনি অদু নঙ্গলোমদা পুন্না ফাগনি।

১৪ - লিক :–

লিকশিংগী মমিং

ক - থম্বাল মনা পরেং অনি,

খ - থরোই মনিং পরেং অনি,

গ - থাংজিং তংখায় পরেং অমা,

ঘ - হৈগ্রু পরেং অমা

হৌজিক্কী মতমগী লিকশিংগী মমিং :–

ক - নেক্লেস

খ- মরৈ-পরেং

গ - হয়াই থানবী, ডাঙ্গোই পরেং

ঘ - হৈবী পবেং,

মথক্তা পীরিবা লিকশিং অসি মথং মনাও নাইনা শিগনি। নাদা কুন্দো নাইন খুডা খুজি (নুপী খুজি) মচা অনি অনি, য়েৎ ওই পুন্না মরি শিগনি।

১৫ - খুজিথক রতঞ্জুর :–

কৃষ্ণ শারিবা অদুগা চপ মান্নবা খুৎকী লৈতেং হাপকনি গোপীগীদমক্তদি তাল অমসুং মথক মখা হাপলোই।

১৬ - ঘোঙ্গুব নোপুর :–

অচৌবা গোপীশিংদদি ঘোঙ্গুর নোপুব শিনদে। অশেংবদি শিগাদবনি। অভাংশিং রাধা অমদি চন্দ্রাবলিনচিংবা হাপনৈ। গোঙ্গুর নোপুর শিবগী মতাংদি কুমিন হাপত্রিভৈদা শিগনি।

১৭ - কোকতুম্বী মায়খুমফ :–

মায়খুমফ অদু কোক কুপ্পগা মায় খুমগনি। মায়রোমদা চোনবগী চাংনা খৌরি লোইশিল্লকপগী থবাক মপা ফাওবা চোলহনগনি। কোকতুম্বী মতোনগা ইন্নফিগা কোন্ননা ফারবা মতুংদা য়েৎ ওইগী ইন্নফি মপান অনি অদু নঙ্গললোমদা মনুং মপান নাইনা থুপতুনা লোনগনি।

ফি ফারবা মতুং লেংদোন য়েৎ ওই অনি অদু ইন্নফিগী মপানগা ফামিন্নগনি। মতাং অসিদা শ্রীশ্রীগোবীন্দগীদা চৎনরিবা কোকতুম্বী ফিজেৎ লৈতেংবা লোইরে।

**ঝাপা ফিজেৎ লৈতেংবা অমসুং পোৎলোয়শিংগী মমিং :–**

১- ফিজেৎ লৈতেংগদবা গোপী অদুগী মমায় মেকঅপ তৌবা লোইরগা চন্দন্নচিংবা থিনগনি।

২ - বেনি শমজি লৈবা :–

বেনি শমজি লৈবনা লুখমলোমদা লব্রাই শম খায়রগা নাগী মতোনগী অব্রাংবা অদুগী মপাদা, লুখমদা শম অদু লং অমুবা অমনা চেৎনা পুনগনি। শম অদু পুল্লবা মতুংদা অনি থোক্লা খায়দোক্লগা বেনি লোনগনি। ইঞ্চি অনি শাংবা শমজেৎ মতেক অমনা শমখোংদা পুল্লিবা লংগা কোক্কা তায়নবা অদুদা থেৎকনি। থেৎলিবা শমজেৎ অমসুং কোক্কী মরক্তা বেনি অনি অদু য়েৎ ওই হায়দুনা কোয়না য়েৎকনি। বেনিগী মতোন অনি অদু লং অমুবনা পুল্লপ ফাগনি। অসিগা লোয়ননা বেনি অকোয়বা অদুবু মশাগী শমগা পাননা ফাগনি। তুংগী বেনি শমজি লৈরবা মতুংদা কোক্কী লৈতেংশিং হাপকনি। ঝাপাগী ফিজেৎকী মতুংইন্না নাগী লৈ হান্না চিনগনি। নাগী লৈ মওংদি অরেপ্পা লৈতে মানা মানা পামবা মওংদা চিনবা য়াই।

৩ - কোক্কী লৈতেংশিংগী মমিংশিং :–

ক - কর্ণফুল (নাপচপ): কর্ণফুল নাগী মপাদগী লব্রাইরোমদা পুখৎতুনা মচিন অনি অদু লং অমুবা অমনা কিশিনগনি। নাগী লৈ উতোং অদুগা পান্ননা লংনা ফাগনি।

খ - ঝাপা - লম্বাইগী শম খায়রিবা অদুগী মথক্তা ঝাপা হাপকনি। (চোনবগী চাংনা ঝাপাগী মমায় অদু শমখোংগা লাইবক্তা তায়নবা অদুদা তাহনগনি।)

গ - চন্দ্রমুখি :— ঝাপা অমদি কর্ণফুল অনিগী মরক চিরাইগী মথক্তা চন্দ্রমুখি থেৎকনি।

ঘ - কুরাক :— কুরাক্কী মশিং অসি মরিনি অনি অনি য়েৎ ওই থেৎকনি। কুরাক থেৎপগী কুংবা লনবা কোক্কী মতুং ইন্না থেৎকনি। লুখমগী কোক্কী লৈতেংদি ইন্নফি ইল্লবা মতুংদা লৈতেংগনি।

৪ - রেশম ফুরিৎ অশংবা :—

মথংদা রেশম ফুরিৎ লিৎকনি। ঝাপা ফিজেৎকি মতুং ইন্না থবাকয়েৎ ফি অঙৌবা য়াওরোই।

৫ - পোৎলোয় কুমিন :—

পোৎলোয় কুমিন শেৎচিনগনি। পোৎলোয় শুমজিনগী মচিন অনি অদু ওইরোমদা কিগনি।

৬ - পোৎশ্বান :—

পোৎশ্বান হাপচিনগনি, পোৎশ্বানগী মচিন অনি অদু খোয়দৌ মপাদা কীগনি।

৭ - শ্বাংনপ, শ্বাংগোয় :—

পোৎশ্বান ফিবান অদুবু শ্বাংগোয়না খুন্নগা তুংলোমদা শ্বাংগোয় মচিন অনি অদু ফোৎচিনগনি। পোৎশ্বান মচিন অনি তায়শিন্নবগী মথক্তা শ্বাংনপ তাহনগনি।

৮ - লিক, খুজি :—

ক - নেক্লেস, ঙকশমগা তাইননা শিবা,

খ - মরৈ পরেং অনি,

গ - ভাংগোয় তম্ফা থিন্বা

ঘ - হৈবী মপাল

ঙ - খুজি মচা মরি।

মথক্তা হায়রিবা লিকশিং অসি লিকথাং চানা মথং মথং শিগনি।

৯ - খুজিথক রতঞ্জুর :— কোকতুম্বীগা চপ মান্নে

১০ - ইন্নফি :—

ঝাপাগী ইন্নফি অসি খুদুপ মঙা ফিজাও ওইগনি। কোক খুমগদৌবা ফি অদু খাক্লগা লেমহৌবা ইন্নফি অদু মরোল নাইনা ফজনা থুপতুনা ওইগী লেংদোন্দা ফারগা লীক মখাদা পোরক্লগা খোয়দৌ মপাগী খ্বাংগোয় মখা লোনশিল্লগা ইন্নফি মতোন অদু খুবাক অমা চোনথনা হাপকনি। লেংদোন্দা ফারিবা ইন্নফি অদু পুথরক্তুনা তুংগী খ্বাংগোয় মপাদা অমুক ফাগনি। লেমহৌরিবা ইন্নফি অদু কোক্তা হায়গত্তুনা শমজি কুপ্না ইনগনি। কোক্তগী হায়থরকপা ইন্নফি মপান অনি অদু লেঙদোন্দা ফাগনি। ইন্নফি মপান অদু ফাবা মতমদা কোম্না কোক য়েংলোমদা চেপহল্লগা ওইগী ইন্নফি মপান ফাগনি। ওইরোমদা চেপহল্লগা য়েৎকি ফাগনি।

ইন্নফি ইল্লবা মতুংদা লিকশিং অদু নিংথিজনা শীন্দোক্লগা ফুরিংকা পান্নবা ফাগনি।

কোক্কী লৈতেংশিং, অন্বাৎপশিং :—

ক - শমজিনম :— শমজি অদুগী ময়ায় চানা শমজিনম থেৎকনি।

খ - শমজিথেৎ :— শমজিনমগী মথক্তা শমজিথেৎ থেৎকনি।

গ - শমজিনপ :— শমজিনম অমদি শমজিথেৎ অনিগী মরক্তা য়েৎ ওই অনি থেৎকনি। শমজিনপ অসি হৌজিক্তি থেৎনদ্রে। অসিগী মহুত্তা নারি ওইনা হাপচিনলে ॥

মতাং অসিদা ঝাপা ফীজেৎ লৈতেংবা লোইরে।

*******

# "নায়িকা মখল"

মপুং ওইনা শৃঙ্গারনা তিনবী হায়বদি, হকচাংবু নত্রগা ফমুং ফানুংনচিংববু লৈ-সুনচিংবা লৈতেংগী পোৎলমনা কেবা মৌবা অদুগুম্বী নুপী অদুবু নায়িকা হায়না খংনৈ। তোঙান-তোঙানবা মতশিংগী মতুং ইন্না নায়িকা মখল কয়া কয়ানি। অদুবু কীর্ত্তনীয়া কাওবুনা মরুওইবা নায়িকা মখল ৮ বু লৌখৎলগা অমমম্না অমুক নিপাল থোক্লুনা ৬৪ খক্তবু শিজিন্নৈ। মরম অদুনা ঐখোয়সু মরু ওইবা নিপাল অদুতবু লৌখত্নুনা চাওরাক্লা উৎপা তাই। মরু ওইবা নায়িকা মখল নিপাল অদুদি অভিসারিকা, বাসকসজ্জা, উৎকন্ঠিতা, বিপ্রলব্ধা, খণ্ডিতা, কলহান্তরিতা, প্রোষিত ভর্ত্তৃকা অমসুং স্বাধীন ভর্ত্তৃকা অসিনি।

**অভিসারিকা ঃ—** উনসি হায়না খংনখিবা মফমদা, উন্ননিংবা, তিন্ননিংবগী অপাম্বনা লমজিং ওইদুনা মাগী মপুরোইবা নত্রগা চান্নজবা নিপাবু কৌহল্লুবা নত্রগা মশামক্লা উনফম মফম অমদি নিপাদুগী মনাক্তা চৎলবীবু "অভিসারিকা" হায়না কৌনৈ।

**বাসক সজ্জা ঃ—** মাগী চান্নজরবা নায়কপু মতম চানা লেংলক্কনি খঞ্জদুনা মশাবু নিংথিবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা অমদি কুঞ্জনুংগী সজ্জানচিংবা সেবাগী পোৎলম শেম শাদুনা লাংতক্লনা ঙাইরিবী নুপীবু "বাসক সজ্জা" নায়িকা হায়না কৌই।

**উৎকন্ঠিতা ঃ—** খওনখিবা মতম নত্রগা লাকহন্নিংবা মতমদা থুনা লাক্রুবদা মথব্রায় ৱানা নুংশা থিনা মপুরোয়বা নত্রগা মাগী নুংশিববু ঙাইবদা পুক্লিং লাংতক্লরবী নুপীবু "উৎকন্ঠিতা" নায়িকা হায়না কৌই।

**বিপ্রলব্ধা ঃ–** লেংলক্কনি, উনসি হায়না সঙ্কেত তৌরম্লগা, হায়নখিবা মতমদগী হেন্দোকখিদুনা মবুংঙোনা লাকখিদ্রবদা নিঙবা কায়দুনা মথৱায় শোক্লা নুঙাইত্রবী নুপী অদুবু "বিপ্রলব্ধা" নায়িকা হায়না কৌই।

**খণ্ডিতা ঃ–** লেংলকখিদ্রবা মপুরোইবা নত্রগা মাগী চান্নবনা অতোপ্পী নায়িকাগা তিন্নরুবগী, লৈপুন ওইরুবগী খুদম্মচিংবা উরবদা কল্লক খম্বলগী ৱাখলনা চান্নবগী মফমদা শাওদুনা ওইনজরিবী নুপীবু 'খণ্ডিতা" নায়িকা হায়না কৌই।

**কলহান্তরিতা ঃ–** মতারোয় লেংমান্নবীশিংগী মমাংমক ফাওবদা শাওবনা হেনমনখিদুনা অয়াকপা অকনবা ৱাহৈনা তান্থোকখ্রবদা মমৈদা নিঙমদ মৈরিনা চাকহৌরবী নায়িকাবু "কলহান্তরিতা" হায়না কৌই।

**প্রোষিত ভর্তৃকা ঃ–** মবুংঙোনা করিগুম্বা মরম অমদগী অরাপ্পা মফমদা লংফৈ চৎপ্রবদা কায়ন মৈরিনা চাকহৌরবী নুপীবু "প্রোষিত ভর্তৃকা" নায়িকা হায়না কৌই।

**স্বাধীন ভর্তৃকা ঃ–** মবুংঙোবু মানা পুনিংবা মওংদা পুদুনা, মতম পুম্নমক্তা ইথক ইরাংদা লুপচ-তাওজদুনা লীলা কয়া শান্নবা ফংজরবী নুপীবু "স্বাধীন ভর্তৃকা" নায়িকা হায়না কৌই।

মথক্তা উৎলিবা নায়িকা মখল নিপাল অসিনা মপুং ওইবা মরু ওইবনি। হায়রিবা নিপাল অসিনা অমমমগী ওইনা মানা ওইরকপা মওং মতৌ অদুগী মতুং ইন্না নিপাল নিপাল অমুক খায়রি হায়বা মথক্তসু হায়খ্রে। খুদম ওইনা অভিসারিকা হায়বা নায়িকা অসিগী মানা চৎলীবা পুংফম, নোংজু-নুংশা অমদি ঋতুগী মতুং ইন্না মখল নিপাল থোক্লা খায়বনি। অদুনা অতৈ নায়িকাশিংসু নিপাল নিপাল খায়রি। মদুদি ঃ–

**অভিসারিকা মখল নিপাল ঃ–**

ক : জ্যোৎস্নাভিসারিকা ঃ– থাবল ফরবা নুমিদাংদা অভিসার তৌরিবী নায়িকাবুনি ।

খ : তামসাভিসারিকা ঃ– অমম্বা অহিংগী মতমদা অভিসার তৌরিবী নায়িকাবু খণ্ডনৈ ।

গ : বর্ষাভিসারিকা ঃ– নোংজুগী মতমদা নোংলক্তা অভিসার তৌরিবী নায়িকাবু খণ্ডনৈ ।

ঘ : দিবাভিসারিকা ঃ– অয়ুক নুংথিলগী মতমদা অভিসার তৌরিবী নায়িকাবু খণ্ডনৈ ।

ঙ : কুজ্ঝাটিকাভিসারিকা ঃ– নিংথমথানচিংবগী লৈচিন মরক্তা অভিসার তৌরিবী নায়িকাবু খণ্ডনৈ ।

চ : তীর্থযাত্রাভিসারিকা ঃ– লাই খুরুম্নবগীদমক লাইফমদা চৎপা শাসিন্নদুনা অভিসার তৌরিবী নায়িকাবু খণ্ডনৈ ।

ছ : উন্মত্তাভিসারিকা ঃ– অতোপ্পা কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমগী মফমদা ইকাইবা, অাকিবা লৈতনা অভিসার তৌবিবী নায়িকাবু খণ্ডনৈ ।

জ : অসমঞ্জসাভিসারিকা ঃ– মশাদা শেংলি ইন্নিবা ফিজেৎ লৈতেংশিংবু করিসু থওইদনা রাখল খঙ্করুবা তৌদনা অভিসার তৌরিবী নায়িকাবু খণ্ডনৈ ।

অসিগুম্বী নায়িকাশিং অসিনা, মশাবু ইকায়বা পোকচবা, কনাগুম্বা,

কনাগুম্বী তাখি উখিদনবা তুমিন্না চৎপা, ফিরু-ফিরাং খুমজিনবা, লোয়নবী চান্নবী মমান্নবীনচিংবা লোয়নবা অসিনচিংবা মওং মতৌ অসি তৌই।

**বাসক সজ্জিকাগী মখল নিপাল ঃ–**

ক : মোহিনী ঃ– ফজবা ঙাক্তা খন্দুনা মশাবু পুক্লিং হুনা ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা লৈতেংজরিবী নায়িকাবু খঙনৈ।

খ : জাগ্রতিকা ঃ– অহিংগী মতমদা তুম্বা য়াদদুনা মিৎশেঙ খাংদুনা লৈবী নায়িকাবু খঙনৈ।

গ : রোদিকা ঃ– মপুরোইববু নত্রগা চান্নববু লাকহন্নিংবা মতম হেনখিবদগী কপলক্লবী নায়িকাবু খঙনৈ।

ঘ : মধ্যোক্তিকা ঃ– মপুরোইবা নত্রগা চান্নবদুনা লাক্লগা নুংশিবা ৱাঙাংনচিংবা ঙাংলরগনি হায়না খন্দুনা মথন্ত মুরুম মুরুম শোনলিবী নায়িকাবু খঙনৈ।

ঙ : সুপ্তিকা ঃ– কনাগুম্না কনাগুম্বীনা উরগা তুম্বা মান্নবা তুমদি তুমদনা তুমশিন্নদুনা লৈবী নায়িকাবু সুপ্তিকা হায়না খঙনৈ।

চ : চকিতা ঃ– অভোপ্পগী নত্রগা মশাগী মমিনচিংবা উরুরগা মবুংঙো লেঙলক্লবোই নিংদুনা মিপাইজবী নুপীবু চকিতা হায়না খঙনৈ।

ছ : সুরসা ঃ– মবুংঙো লেংলক্লগনি খন্দুনা নুংঙাইবা রাগনা ঈশৈ ঙংলিবী নায়িকাবু সুরসা হায়না খঙনৈ।

জ : উদ্দেশা ঃ– মবুংঙোনা লেংলক্কদবা লম্বীদা মমান্নবীনচিংবা থাদুনা য়েংহনবী নায়িকাবু উদ্দেশা হায়না খঙনৈ।

নায়িকা মখল অসিগী মতৌদি তিন্ননিংবা ৱাখলনা মাঙওইনবা, চান্নবনা লাক্কদবা লম্বীদা য়েংজবা, লেংমান্নবীশিংগা নুংঙাইবা ৱারি ৱাতাই শাজবা, পাও পুবী নুপীদগী পাও তাজনিংবনা হন্না হন্না য়েংজবা অসিনচিংবা তৌই।

**উৎকন্ঠিতাগী মখল নিপাল ঃ–**

ক : দুর্মতি ঃ–পাম্মুবা মাগী শাশিন্নবা, লৌনম ৱাঙাংদা করিগী থাজরুরিবনো হায়না মথন্ত নুংনাংজবী নায়িকাবু দুর্মতি হায়না খঙনৈ।

খ : বিকলা ঃ– অসুম খল্লম্নদগী নিংঙমদবা পোক্লবীবু বিকলা কৌই।

গ : স্তব্ধা ঃ– খল্লু খল্লুরগা নুংবঙনরবী নুপীবু স্তব্ধা হায়না কৌই।

ঘ : উচ্চকিতা ঃ– করিগুম্বদা উনা-ৱানা লেংবগী মখোল তাবা অমদি উচেক-ৱায়াগী শউমনচিংবা ফংবদা মবুংঙো লাক্লবোই নিংদুনা ইখং খংজবীবু উচ্চকিতা কৌই।

ঙ : অচেতনা ঃ– পুক্লিং ৱাখল ৱামম্বনা লাকহৎলবী, ফুম্নঙনরবীবু অচেতনা হায়না কৌই।

চ : সুখোৎকন্ঠিতা ঃ– চান্নবা মবুংঙো মাগী ৱাখলদা লুপসঞ্জরবী অমদি মগুন্নচিংবা শকচ-শোঞ্জরিবীবু সুখোৎকন্ঠিতা হায়না খঙনৈ।

ছ : মুখরা ঃ– লাংতক্লবনা হেঞ্জিনলক্তুনা পাও-পুবা মীগা কান্নফম খংদনা খৎনরিবীবু মুখরা হায়না খঙনৈ।

জ : নির্বন্ধা ঃ— চান্নবদুনা লাকত্রিবসি ঐতগী ইরালনি, হিংলুবগী করি কান্নরি, হিংলরোই অসিনচিংবা খন্দুনা ৱাজরবীবু নির্বন্ধা হায়না খঙনৈ।

নায়িকা মখল অসিগী মতৌদি, মবুংঙোবু লাকহন্নিংবনা খাংফম খংদবা, মশা তনিক-তনিকপা, লাকখিদ্রিবা অসিগী মরমদা হেন্না-হেন্না অসুম অসুম খঞ্জিনবা, তম্বরকপা, তোম্বা মতৌদগী পী শিম্বা, তৌরিবা থৌদৌ অদুগী মরমদা লাওতক্লনা মমান্নবীশিংদা ৱারি শান্নবনাচিংবা মওং অসি তৌই।

**বিপ্রলব্ধগী মখল নিপাল ঃ—**

ক : বিফলা ঃ— মবুংঙোনা লাক্ত্রবদা শেম শারুবা, থৌরাংজরুবা পুম্নমক অরেম্বনি খল্লবীবু বিফলা হায়না খঙনৈ।

খ : প্রেমমত্তা ঃ— মবুংঙোনা লেংলক্ত্রিবসি অতোপ্পী কনাগুম্বী অমগা নুঙাইমিন্নরম্লগনি হায়না চিংন-ৱাখল খল্লিবীবু প্রেমমত্তা হায়না খঙনৈ।

গ : ক্লেশ ঃ— মশাদা শেৎলি ইল্লিবা লৈতেংগী পোৎলমশিং অমদি উরিবা পুম্নমক উনিংদবনা হুমক্কা মান্নবা খল্লবীবু ক্লেশ হায়না খঙনৈ।

ঘ : বিনীতা ঃ— মবুংঙোনা লেংলক্ত্রবদা, পামজরুবা পুম্নমক অরেম্বা তারদুনা নিংবা কায়বা ৱাখলনা তেংথাজরবীবু বিনীতা হায়না খঙনৈ।

ঙ : নির্দ্দয়া ঃ— লেঙলকখিদ্রবা মবুংঙোবু মতাশিংনা নুংশি হৈতবনি হায়না ঙাংলক-চৈরকপদা তাবা ৱাজরবীবু নির্দ্দয়া হায়না খঙনৈ।

চ : প্রখরা ঃ– নিঙমদবা ৱাখলনা শেৎলিবা ইল্লিবা ফিজেৎ-লৈতেং পুম্নমক মৈদা নত্রগা ঈশিংদা মাংহল্লগে হায়না থৌরাঙবীবু প্রখরা হায়না খঙনৈ।

ছ : দুত্যাদরা ঃ– মবুংঙোগী মরমদা পাও পুবা মীবু লুনা তৌরবীবু দুত্যাদরা হায়না খঙনৈ।

জ : ভীতা ঃ– পামুবা মহাক-লাকত্রে, লাক্করোই উননবা মতম অমুক হন্না ফংলরোই হায়না খন্দুনা মীপাইজরবীবু ভীতা হায়না খঙনৈ।

নায়িকা মখল অসিগী মওং মতৌদি, নিঙলুবা পুম্নমক অবেম্না ওইরদুনা পুক্নিং শোম্থরকপা শ্বর মপী হোম্বনচিংবা তৌই। পুক্নিং ৱাবগা লোয়ননা পামুবা মাগী মরমদা মওন মওন খনবা, পী শিন্থরকপা, ৱাম্থরকপনচিংবা অসি তৌরকই।

**খণ্ডিতাগী মখল নিপাল ঃ–**

ক : নিন্দা ঃ–লাক্কনি হায়দুনা শোইদ রাফম পীরম্লবসু চান্নবা মানা লাকখিদ্রবদা মবুংঙোগী মফমদা নিন্দা তৌরবী শাওরবী অদুবু নিন্দা হায়না খঙনৈ।

খ : ক্রোধা ঃ– মবুংঙোনা চঙজরক্কুনা নোঞ্জ মতৌ উৎলরবদা ৱারৌরবীনা চৈবা থাংবা তৌরিবীবু ক্রোধা হায়না খঙনৈ।

গ : ভয়ানকা ঃ– মবুংঙোগী মথোং চাদ্রবা মতৌ হায়বদি সিন্দুর, কাজ্জলনচিংবনা লৈতেংলিবা মবুংঙোবু উরুবদা পাখৎলবী।

ঘ : প্রগলভা ঃ– মবুংঙোগা অঙম-তান্নদুনা নিঙাই শংদান্নরবীবু প্রগলভা হায়না খঙনৈ।

ঙ : মধ্যা ঃ— মবুংঙোদুনা অতোপ্পা মরুপ্পী অমগা তিন্নরুবা, নুঙাইমিন্নরুবগী খুদম্মচিংবা উরুবদা মথন্ত ইকাইজবীবু মধ্যা হায়না খঙনৈ।

চ : মুগ্ধা ঃ— মবুংঙোগী অশোয়বা খোঙথাংদা শাওমনখিবনা ভুমিন লৈরবী, ব্রা ঙাংদ্রবী, মথব্রায় নুঙাইত্রবীবু মুগ্ধা হায়না খঙনৈ।

ছ : কম্পিতা ঃ— মবুংঙোগী মওং মতৌদা কল্লক খম্বন রাখলনা নুংহিক্লনা কপ্লবীবু কম্পিতা হায়না খঙনৈ।

জ : সন্তপ্তা ঃ— অতোপ্পী কনাগুম্বীগা তিন্নরুবগী খুদম্মচিংবা মবুংঙোগী মশাদা উদুনা চাক্লবীবু সন্তপ্তা হায়না খঙনৈ।

নায়িকা মখল অসিগী মওং মতৌদি, ওইনবা পুকচেলনা শাওবা তৈনলক্লনা খ্বর মপী হোম্বা, রা ঙাংদবনচিংবা তৌই।

**কলহান্তরিতাগী মখল নিপাল ঃ—**

ক : আগ্রহা ঃ— মবুংঙোনা লাংতক্লবনা ব্রাজরবা লৈতাদ্রবা মতৌনা চংজরম্লববু করিগীদমক তাম্থোকপীখ্রিবনো হায়না খলহৌরিবীবু আগ্রহা হায়না খঙনৈ।

খ : ক্ষুব্ধা ঃ— লাম্লে হায়দুনা খুরুমদুনা ফাওবা চংজরম্লবা চান্নববু ওন্ন-তৈননা করিগীদমক অথিবা ব্রাহৈনা চৈবীখ্রিবনো হায়না নিঙমহৌদ্রবীবু ক্ষুব্ধা হায়না খঙনৈ।

গ : ধীরা ঃ— অসুম্না লৎন থোং থিংবীখ্রবা চান্নবদু হৌজিক মফম কদায়দা লৈরিগবা হায়না খল্লক্লবীবু ধীরা হায়না খঙনৈ।

ঘ : অধীরা ঃ– মবুংঙোবু লৎনবীখিবগীদমক মতাশিংনা চৈহৎপীরবীবু অধীরা হায়না খঙনৈ।

ঙ : কুপিতা ঃ– মবুংঙোগী ওইদবা, শাশিন্নবা ৱাঙাংশিং নিংশিংলুরগা অসুম অসুম শাওরিবীবু কুপিতা হায়না খঙনৈ।

চ : সমা ঃ– মবুংঙোগী মফমদা তায়োন্ননা লৌরিবা, হায়বদি শাওনিংবনচিংবা পুন্নমক মবুংঙোগী মরাল ঙাক্তসু নত্তে, অতোপ-অতোপ্পা হায়বদি নায়িকা মশামক, পাও পুবীশিং, অমদি মতমনা পুরকপা চৈন্যানি খল্লক্তুনা পুক্লিং ফাজল্লকলিবীবু সমা হায়না খঙনৈ।

ছ : মৃদুলা ঃ– পুন্নমক লৎনখ্রবা তুংদা মশা মথন্ত নিঙমদ মৈনা চাক্তুনা কপ্পবীবু মৃদুলা হায়না খঙনৈ।

জ : বিধুরা ঃ– নিঙমদ মৈনা চাক্তুনা কপলক্লবদা মতাশিংনা থেমজিনবীরবীবু বিধুরা হায়না খঙনৈ।

নায়িকা মখল অসিগী মওং মতৌদি, মরম ইচা চাদনা মরি লৈনদবা ৱা ঙাক্তা ঙাংবা, মথন্ত মুরুম মুরুম শোন্বা, মশা শোন্থদুনা শ্বর মপী হোন্না অসিনচিংবা তৌই।

**প্রোষিত ভর্তৃকাগী মখল নিপাল ঃ–**

ক : ভাবি ঃ–মপুরোইবা নত্রগা মাগী চান্নবনা মযুম থাদোক্তুনা অরাপ্পা লমদা লংফৈ চৎখ্রগনি তাবদা ৱাররবীবু ভাবি হায়না খঙনৈ।

খ : ভবন ঃ— মপুরোইবা নত্রগা মাগী চান্নবনা লংফৈ চৎপা মতম হৌজিক-হৌজিক কায়নবা মতমদা অৱা-মৈশা লাংলিবীবু ভবন হায়না খঙনৈ।

গ : ভূত ঃ— চান্নবনা অরাপ্পা লংফৈদা য়ৌথ্রবদা কায়ন ৱাখলনা ৱারবীবু ভূত হায়না খঙনৈ।

ঘ : দশদশা ঃ— দশা তরা চিন্তা, জাগরন, উদ্বেগ, কৃশতা, জড়তা, প্রলাপ, ব্যাধি, উন্মাদ, মোহ অমসুং মৃত্যু হায়বদি ৱাখলনা লৈনা ওইরবী, অহিং তুম্না য়াদ্রবী, লাঙতক্করবী, চাদবনা ময়াং কংলবী, পঙথরবী, চোইরোল লোল্লবী, লৈনা লৈরবী, ঙাওচৎনরবী, শুক্কৎলাং চুরবী অমসুং শিবগা মান্নরবীবু দশদশ হায়না খঙনৈ।

ঙ : দূত সংবাদ ঃ— পাও পুরকপা মীদগী মবুংঙোগী মপাও তারবীবু খঙনৈ।

চ : বিলাপা ঃ— মবুংঙোগীদমক তেংথা নাওরোই কপ্লবীবু খঙনৈ।

ছ : সখ্যুক্তিকা ঃ— লেংমান্নবী মতারোই অমনা চত্তুনা মবুংঙোদা মাগীদমক কাইন মৈচাক তমহনবী নুপীবু খঙনৈ।

জ : ভাবোল্লাসা ঃ মবুংঙোগা তিন্নজবগী নুংঙাইবা ৱাখলদা লুপত্তুনা লৈজরিবীবু ভাবোল্লাসা হায়না খঙনৈ।

নায়িকা মখল অসিগী মওং মতৌ হায়বা তারবদি, কায়নরিবা মবুংঙোগী মতিক মগুণ হায়বা, কনা লৈজদবগুম তোম্থবা, ৱাখলনা ময়াং কংশিন্না, তুম্না য়ারক্তবা, তুফক-তুফাই

চন্দুনা কেনিংদবা অমদি মশা তিঞ্জেল-লাইচেনবদৌনা তৌবা অসিনচিংবা তৌই।

**স্বাধীন ভর্ত্তৃকাগী মখল নিপাল ঃ–**

ক : কোপনা ঃ– অপাম-নুংশি রতি লীলাদা মনিং তম্না হেমোইনজরবীবু খঙনৈ।

খ : মানিনী ঃ– রতি লীলাগী মতমদা পাম্মুবগী মফমদা থমখিবা খুদম্বু অতোপ্পগীনি হায়দুনা শাওশিন্নদুনা হেন্না নুংঙাইনবা কেশন্নরবীবু খঙনৈ।

গ : মুগ্ধা ঃ– অপাম-নুংশিগী লম্বীদা মপুং ফারদুনা মবুংঙোনা ফিজেৎ লৈতেং তৌবিরিবীবু খঙনৈ।

ঘ : মধ্যা ঃ মবুংঙোনা মতম পুম্নমক্তা মঙোন্দা তৌবীমল উৎপীবদগী নুংঙাইজরবীবু খঙনৈ।

ঙ : সমুক্তিকা ঃ ঙাংলকপা, হায়রকপা খুদিং মপা চানা ৱাপা চানা ঙংবা শকপা হৈরিবীবু খঙনৈ।

চ : সোল্লাসা ঃ– মবুংঙোগী ফজবা লমচৎ, ৱাঙাং শঙাং, ব্যাভারনচিংবা উবদা পুক্রিংদা নুংঙাইজরবীবু খংনৈ।

ছ : অনুকুলা ঃ– মাগী অপাম্বগী মতুং ইন্না মবুংঙোনা চৎলবী অদুগুম্বা নুপীবু খংনৈ।

জ : অভিষিক্তা ঃ– মবুংঙোনা ঈরুজবীদুনা মাবু নুঙাইনবগীদমক হুমাইনচিংবা হুম্বীরিবীবু অভিষিক্তা হায়না খংনৈ।

নায়িকা মখল অসিগী মওং মতৌদি অপাম নুংশিগী লম্বীদা চান্নববু মানা ঙমজনা ওইনজবী অমগা অমগা নুংঙাই ইপাক্তা তাওমিন্নদুনা কোয়মিন্নবা, হৈ লৈ হেক্কুনা শান্নমিন্নবা, ঈশিংনচিংবদা শান্নজবা, মপুঙ-ফারদুনা ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা শেম শাহনলিবী অসিনচিংবা তৌই।

অসুম্না নায়িকা মখল নিপালগী অমমমবু অমুক নিপাল নিপাল খায়দোক্কুনা নায়িকা হুম্ফুমরিবু লৌখৎনৈ।

*******

# "অষ্টসখী"

শ্রীশ্রী রাধা কৃষ্ণ অনিগী প্রেমলীলা শান্নবদা য়াওরিবীশিং, মপুং ফাহনবীশিংবু সখী হায়না খংনগনি। সখীশিং অসি কাংলুপ (মখল) মঙা থোক্লা খায়রি। মদুদি, সখী, নিত্যসখী, প্রানসখী, প্রিয়সখী অমসুং পরম প্রেষ্টসখী নত্রগা অষ্টসখী হায়না খংনরিবা সখী নিপাল অসিনি।

রাস লীলা অমদা মপুং ওইনা পুরিবা সখী নিপাল হায়বদি ঃ- ললিতা, বিশাখা, চিত্রা, চম্পকলতা, তুঙ্গবিদ্যা, ইন্দুরেখা, রঙ্গদেবী অমসুং সুদেবীবু অষ্টসখী হায়না খঙনৈ। মখোয় পুন্নমক রাধা কৃষ্ণগী লীলাদা মতাং মতাংগী মতুংইন্না রাধা কৃষ্ণবু সেবা তৌজবা, মীচং চংনবনাচিংবা তৌদুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী লীলাশিংবু মপুং ফাহনবীমক্তনি। অসিগুম্বা পরমপ্রেষ্ঠ সখী নিপালগী মরমদা কুপথনা মখাদা তাক্লি।

১-ললিতা ঃ- সখী ৮ গী লুচিংবীনি, অতোপ্পা মমিং অনুরাধা হায়নসু কৌই। রাস লীলাগী মনুংদা মকোক চীংবনি। রাহোং মতুগী মচু মানবা ফি শেৎলি, কুচুনা "গোরচন" মচুনি। মমা-শারদী, মপা-বিশোক, মপুরোয়বা-ভৈরবনি। রাধা কৃষ্ণগী ক্বা, চন্দন সেবা চংবীনি। চহি ১৩/৭/৭ নি। সহস্রদলগী অরাংদা "ললিতানন্দদ" নত্রগা "অনঙ্গসুখদা" কৌবা মাগী কুঞ্জ লৈ।

২-বিশাখা ঃ- রাস লীলাদা মথং চৎপীনি। থরানমিচাক্ চমকি থিনবা মানবা ফিজেৎ শেৎলি। কুচুনা নোংথাঙগুম্মী। মপা-পাবন, মমা

— দক্ষিনা, মপুরোয়বা — বাহিক কৌই। রাধা কৃষ্ণ অনিগী "ফিজেৎ-লৈতেং" সেবা চংবীনি। চহি ১৩/৭/৯ অমসুং য়ুথক ৫ নি। সহস্রদলগী চিংখৈ পাংবদা 'বিশাখানন্দদ" কৌবা মাগী কুঞ্জ লৈ।

৩-চম্পকলতা ঃ— চরোয় কৌবা উচেক্কী মশাগী মচু মানবা ফিজেৎ শেৎলি। লৈহাও লৈরেনগী কুচুনি। মপা-অরাম, মমা বাটিকা, মপুরোয়বা-"চণ্ড" কৌই। রাধা কৃষ্ণদা চামর সেবা চংবীনি। চহি ১৩/৭/৯ নি। সহস্রদলগী মখা থংবদা "কমলতা" কৌবা মাগী কুঞ্জ লৈ।

৪-চিত্রা ঃ— লীক্লাই মচু মানবা ফিজেৎ শেৎলি। কুঙ্কুমগুম্না কুচু ঙাংলৈনবীনি। মপা-চতুর, মমা-চর্চ্চিতা, মপুরোয়বা-পিঠর কৌই। শ্রীরাধা কৃষ্ণদা লবঙ্গ মালা সেবা চংবীনি। চহি ১৩/৭/৬ শুরবীনি। সহস্রদলগী নোংপোক্তা "কমল কিঞ্জল্ক" নত্রগা "পদ্ম কিঞ্জল্ক" কৌবা মাগী কুঞ্জ লৈ। অতোপ্পা মমিং সুচিত্রা হায়নসু কৌই।

৫-তুঙ্গবিদ্যা ঃ— রাওথাংনবা মচুগী ফিজেৎ শেৎপীনি। কুঙ্কুমদা চন্দন য়ানশিনবা মচু গুম্বা কুচুনি। মপা-পৌস্কর, মমা-মেধা, মপুরোয়বনা-বালিশ হায়না কৌই। জগোয় ঈশৈ অমসুং যন্ত্র খোংদুনা রাধা কৃষ্ণ অনিবু পেলহন্নবগীদমক সেবা চংবীনি। চহি ১৩/৭/৫ শুরবিনি। সহস্রদলগী নোংচুপ থংবদা "তুঙ্গবিদ্যানন্দদ" কৌবা মাগী কুঞ্জ লৈ।

৬-ইন্দুরেখা ঃ— কফোয় মপালগুম্না ঙাংবা ফিজেৎ শেৎপিনি। য়াইঙংগুম্না নাপু মাম্বা কুচুনি। মপা-সাগর, মমা-বেলা, মপুরোয়বনা-দুর্ব্বল কৌই। শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিদা সনাগী লৈতেং সেবা চংবিনি। অতোপ্পা

মত অমদনা জগোয়না শেবা তৌবিনি। চহি ১৩/৭/৭ নি। সহস্রদলগী মৈরমদা "পূর্নচন্দ্রকুঞ্জ" কৌবা মাগী কুঞ্জ লৈ।

৭-রঙ্গদেবী ঃ— জবাকুসুম মপানগুম অঙাংবা ফি শেৎলি। থম্বাল লৈরিক মানবা কুচুনি। মপা - রঙ্গসার, মমা-করুনা, মপুরোয়বা-বক্রেক্ষন কৌই। রাধা কৃষ্ণ অনিগী চন্দন সেবা চংবিনি। চহি ১৩/৭/৩ শুরবিনি। সহস্রদলগী মোইরাং লায়জি থংবদা "সুখদা" কৌবা মাগী কুঞ্জ লৈ।

৮-সুদেবী ঃ— সনা ফিগে শেৎলি। নাপু মচুগী কুচুনি। রঙ্গদেবীগা ফাইবোক পোকমিন্নবী মনাও নুপীনি। দণ্ড-৮ দং খেন্নবনি। মপুরোয়বদি রঙ্গদেবীগী মপুরোয়বা বক্রেক্ষনগী মনাও অতোম্বা রক্তেক্ষননি। রাধা কৃষ্ণ অনিগী মফমদা ঈশিং কৎশিন্দুনা সেবা তৌবীনি। সহস্রদলগী কৌক্রু পাংবদা "বসন্তসুখদা" নাপু মচু মানবা মাগী কুঞ্জ লৈ।

মথক্তা ইখ্রিবা সখী নিপাল অসিনা লুচিংবী অমমম্ ওইদুনা মাগী মাগী মখাদা সখী ৮/৮ অমুক থমলি। মখোয় অসিবু অষ্ট সখী হায়না খঙনরিবা সখীশিং অসিগী যুথদা লৈবী সখীশিংনি হায়না খঙনৈ। অদুনা সখী নিপালগী পুন্না যুথদা লৈরিবী সখীশিং অসি (৮X৮) ৬৪ নি। মখোয় ৬৪ গী মখাদা সখী অতৈ অমুক লৈখ্রি। সখী ৬৪ অসিনা গৌরদেশতা গৌরাঙ্গগী মতমদা চৌষট্টি মহন্ত ওইরকই হায়না বৈষ্ণবশিংনা থাজনরি। অদুনা অষ্টসখীশিংগী মরক্তগী অমমম্না লুচিংদুনা লৈরিবা মাগী মাগী যুথদা লৈরিবা সখীশিংগী মমিং মখাদা তাক্লি।

**১-ললিতাগী যুথদা লুচিংবী সখীশিং ঃ—**

রত্নপ্রভা, রতিকলা, সুভদ্রা, রতিকা, সুমুখী, ধনিষ্ঠা, কলহংসী অমসুং কলাপিনী।

**২-বিশাখাগী যুথদা লৈবী লুচিংবী সখীশিং ঃ–**

মাধবী, মালতী, চন্দ্ররেখিকা, কুঞ্জরী, হরিনী, চপলা, সুরভি অমসুং শুভাননা।

**৩-চম্পকলতাগী যুথদা লৈবী লুচিংবীশিং ঃ–**

কুরঙ্গাক্ষী, সুচরিতা, মণ্ডলী, মনিকুণ্ডলা, চন্দ্রিকা, চন্দ্রলতিকা, কন্দুকক্ষী অমসুং সুমন্দিরা।

**৪-চিত্রগী যুথদা লৈবীশিং ঃ–**

রসালিকা, তিলকিনী, শৌরসেনী, সুগন্ধিকা, রমিলা, কামনগরী, নাগরী অমসুং নাগবেলিকা।

**৫-তুঙ্গবিদ্যাগী যুথদা লৈবী লুচিংবীশিং ঃ–**

মঞ্জুমেধা, সুমধুরা, সুমধ্যা, মধুরেক্ষনা, তনুমধ্যা, মধুষান্দা, গুর্ণচূড়া অমসুং বরাঙ্গদা।

**৬-ইন্দুরেখাগী যুথদা লৈবী লুচিংবীশিং ঃ–**

তুঙ্গভদ্রা, রসোত্তুঙ্গা, রঙ্গবাটী, সুমঙ্গলা, চিত্রলেখা, বিচিত্রাঙ্গী, মোদনী অমসুং মদনালসা।

**৭-রঙ্গদেবীগী যুথদা লৈবী লুচিংবীশিং ঃ–**

কলকন্ঠী, শশিকলা, কমলা, মধুরা, ইন্দিরা, কন্দর্পসুন্দরী, কামলতিকা অমসুং প্রেমমঞ্জরী।

**৮-সুদেবীগী যুথদা লৈবী লুচিংবীশিং ঃ–**

কাবেরী, চারুকবরা, সুকেশী, মঞ্জুকেশিকা, হায়হীরা, মহাহীরা, হারকন্ঠী অমসুং মনোহরা।

*******

# রাস লীলাদা গৃহগমনগী ভাব রস

রাস লীলাগী লীলা পরিংদ "গৃহগমন" গী ভাব রস য়াম্না চাওনা লৈরি। অসিগুম্বা গৃহগমন ভাবরস অসি রাস মখল খরদত অখন্নবা লৈ। অদুগা রাস মখল খরদদি ওঝা গুরুশিংনা সংক্ষেপ্ত ওইনা খজিক পনবীরগা থুপ্পা থম্মে। মসি গুরু পরমপরা ওইবা অমসুং বৈষ্ণব ভাবনাগী নৃংগী রাখলল্লোন খেন্নবা লৈবদগীনি তাকপীরম্মী। মতাং অসিদা নিংশিংজনিংবা খরদি শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী রাস মখল অহুম হায়বদি মহারাস, কুঞ্জরাস অমসুং বসন্তরাস কৎপদা গৃহগমনগী শরুক অসিদি রাস মন্দল (মান্দপ ময়োন) দা আরতি কৎপা লোইরগা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল পুবা সনা পালানা পূং করতান ঈশৈগা লোয়ননা থৌগল তৌরগা মন্দিরদা লেংশিনবনা ওই। লেংশিনবগী মওংদি রাসেশ্বরীনা মাংদা লেংলগা শ্রীগোবিন্দনা তুং থংনা লেংশিনমিন্নে। মসিনা গোবিন্দদা কৎপা রাস মখল অহুম অসিগী "গৃহগমন" রস ওইনৈ।

রাস মখলশিং অসি করিগুম্বা খুল্লক্তা কৎনরবদি কৃষ্ণ শাবা রাধা শাবী য়াওবা, শ্রীগোবিন্দ-রাসেশ্বরী লেংথোক্লগা শান্নবা নত্তবনিনা রাসকী পরিং লোইশিল্লকপা আরতি কৎলবা মতুংদা গৃহগমনগী ভাব রস মতাংসিদা ফোংদোকই। গৃহগমন ভাব রস হায়বসিদা ফোংদোক্লিবদি শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা রাস লীলা শান্নবা লোইরবদা অতিং মমৈ হৌখিদুনা নোংঙাল্লমদাইগী মতম নকশিল্লক্লবদা ব্রজগোপীশিংদা শ্রীকৃষ্ণনা– "ব্রজগী ইবেম্মাশিং! নোং ঙাল্লক্কদৌরে য়ুম য়ুমদা হনবীরো" হায়না তাকপীরকই। ইবুংঙোগী রাহৈদু তাজরগা মবুংঙোগী শ্রীচরন

থাদোকচবা ঙমজদ্রবী ব্রজ গোপীশিংনা– "হায়বিগনু হায়বিগনু ইবুংঙো। পাপ চেল্লবা য়ুমদা হঞ্জররোই। ঐখোয়দি থবাই হকচাং কচ্চরবী ননাইনি। চরন নাক্তা লেংদনা থম্বীয়ু ......।" অসুম্না হায়নরবা মতুংদা ইবুংঙোগী য়াথঙদগী তঙাইফদনা ইবেম্মশিং য়ুম য়ুমদা হন্নখি। ইবুংঙোসু নন্দালয়দা লেংবিখি।

মথক্তা পঞ্জিখ্রবা গৃহগমন রস অসি খুল্লক্তা কৎনবা মহারাস, কুঞ্জরাস অমসুং বসন্তরাসতা উৎনৈ/য়াওনৈ। অসিগুম্বা ভাব রস অসি নিত্য রাসতদি য়াওবদি য়াওনৈ অদুবু মাঙগী গুরুশিংনদি নিত্য রাসদা "গৃহগমন" য়াওদ্রবসু কায়দে তাকপীরম্মী। মরমদি নিত্য রাস হায়বসি ন্নামিৎ খুদিং লেপ্তনা শান্নবা রাস লীলা অমা ওইবনা গৃহগমন য়াওদবসু য়াই হায়বনি। মতাংসিদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মনুংদা লৈবা বৈষ্ণব খরগী পামজবদি রাস লীলাগী কুঞ্জ আরাতদা অরোইবা ওইবদুনি। অসুম্না জগোই রাস লীলা মখলশিং অসি কৎপদা কন্সরিবা ভক্ত-বৈষ্ণবশিং অদুগী পামজবা ভক্তিগী য়ুম্ফমদা গৃহগমনগী ভাব রস অসি লৌখৎপা অমসুং লৌখৎতবা চৎনৈ।

অসুম্না মণিপুরী জগোই রাসকী মখল মঙা লৈরিবা অসিগী মনুংদা শ্রীগোবিন্দগী ওইবা মহারাস, কুঞ্জরাস অমসুং বসন্ত রাস মখলগা খুল্লক্তা কৎনবা রাস নিত্য রাস অমসুং দিবারাস লোয়ননা মখল মঙা অসিদ দিবারাসতদি গৃহগমনগী ভাব রস অসি শুকয়াওমক য়াওদে। মথক্তা পঞ্জিখ্রবা শ্রীগোবিন্দগী রাস অহুমদসু য়াওদ্রে। অসুম্না রাস মখল মঙাগী চৎনরোলদা শ্রীগোবিন্দগী হায়বা অমা খুল্লক্কী হায়বা অমা খেন্নবা গুরুশিংনা থম্বীরম্মী। অসিগুম্বা রাস লীলা জগোইদা পানগী ওইবা খেন্নবা খরা উজরবসু নুংগী ওইবা ৱাখল্লোলদি অমত্তনি হায়জনিংই। মণিপুরগী জগোই রাসতা শীজিন্নরিবা জগোইগী খুৎথেক, শাথেক, খোঙলোন, খোঙথাং অমসুং হকচাংগী শানোম অসিনচিংবশিং অসিন ফোংদোক্লিবা ৱাখল্লোলদি গুরুশিংনা তাকপীরম্বা মতুংইন্না ভক্তিগী

অথোইবা রস আত্মাসমর্পন হায়বদি জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণদা থৱায় হকচাং কচ্চদুনা চংজবা হায়বসিনি। ৱাখল্লোনসিগী য়ুম্ফমদি শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং বৈষ্ণব শাস্ত্রশিংদগী লৌখৎপীরম্বনি হায়না অখঙ্ অহৈশিংনা তাকপী।

মণিপুরগী ইনিংথৌ অমসুং গুরুশিংনা লৌখৎপীরম্বা জগোই রাসকী নূংগী ওইবা ৱাখল্লোন অমদি– রাধা কৃষ্ণ অনিগী উজ্জ্বল মধুর রসবু মপুং ফানা চুপচনবগীদমক লীলা কীর্ত্তনগী মনুংদা পুশিল্লগা মুর্ত্তি ওইনা পুথোক্নুনা রাস লীলা হায়না নূংগী মশক অদু ফোংদোকপনি। মসিমক্তি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা তাজ-শোঞ্জনবা থম্বীরম্লীবা শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায় অমসুং বৈষ্ণব শাস্ত্রশিংবু কুপ্না নৈনবীরগা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়না রাধা কৃষ্ণ অনিবু সাধন তৌজবদা হেন্না মপুং ফানবগীদমক জগোই রাস হায়না শেম্বীরম্বনি। রাধা কৃষ্ণ অনিগী শ্রীচরন ফংজনবগী থৱায় হকচাং কচ্চবা জগোইনি। রাগানুগা ভক্তিদা ব্রজগোপ গোপীশিংনা ভগবানদা পুক্লীং হকচাং লুপচখিবা মতৌ অদু ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ওইজবা ফংজনবগীদমক শেম্বীরম্বনি।

মণিপুরগী জগোই রাস মখলশিংদা লৌখৎলিবা জগোইগী মথঙ-মনাও নাইবা ভঙ্গী পরেং, বৃন্দাবন পরেং অমসুং খুরম্না পরেংনচিংবদা ফোংদোক্লিবা নৃং-পানগী ওইবা জগোইশিং অমসুং মসিগা শাগোন্নরিবা ঈশৈগী রসশিং অসিনা জগোইশিং অসিগী ভাব ধারাদা ভক্তিগী মশক ফোংদোকপনি হায়বসি জগোই নৈনবীবা অমসুং খঙবীবশিংনা অদুম্মক খঙনবীরবা ঙাক্তনি। অসিগুম্না মণিপুরগী শাস্ত্রীয় জগোই "রাস" কী মশক্কা ভারত্তা লৈরিবা শাস্ত্রীয় জগোই, ১। কথক জগোই (অৱাং ভারত), ২। ভারত নাট্যম জগোই (খা ভারত), ৩। কথাকলি জগোই (খা নোংচুপ ভারত), ৪। কুচিপুড়ি জগোই (অন্ধ্রপ্রদেশ), ৫। উরিষি জগোই (উরিষ্যা), ৬। মোহিনিঅটম জগোই (কেরেলা) অমসুং ৭। শত্রীয় জগোই (অসাম) অসিগা খেন্নবা উঈ। ভারতকী শাস্ত্রীয় জগোই খুদিংমক

মা-মাগী লমদম অমসুং নাৎকী ওইবা মফোংদোক্তা পাঙ্থোকচবনি। নুংগী মশক্তদি অথুপ্পা অৱাংবা ওাক্তনি।

অসিগুম্বা ভারতকী শাস্ত্রীয় জগোই মখলশিংগী মনুংদা মণিপুরগী জগোই রাসনা তোপ-তোপ্পা উরিবসি মসিদা লৌখৎলিবা ফিজেৎ-লৈতেং অমসুং অঙ্গীক অভিনয়দা মোঙ হাদবা অথোৎপা অমেংবা ওাক্তনা মপুং ওইবা অমসুং ভক্তিগী জগোই ওইবদগীনি। মণিপুর জগোই রাসতি অধ্যাত্মীক তত্ত্ববু মপান থোংদা শক্তম ওইনা উজবা অমসুং নিংজবা য়ানবা লৌখৎপীরম্বা লীলা কীর্ত্তনগী মশক্তি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র অমসুং বৈষ্ণব ভক্ত লোয়ননা গুরুশিংগী মুৎনাইদ্রবা হৌজিক্কী অমসুং তুংগী মীরোলদা পীরম্বা ভক্তি সাধনাগী খুদোলনি।

*******



## কৃষ্ণগী ফিজেৎ লৈতেং (নটবর বেস) ঃ



খোংজি, ঘোজুর, নপুর



সনাফিগে (ফৈজোম)



খোরা



খাওন জুরা



খাংগোই, খাংবম





বনমালা (লৈপরেং) পিশিন্দাই



নাগী লৈতেং চোল্লাং (কুন্দো নাইন)



খুজি পোপচাওবী, খুৎকী লৈতেং



লিকয়ান, ক্যাংলিকফাং, থাংজিং তঙখায়, হৈক্রু পরেং








নাখুম, চিরোং, [illegible]

কজেংলৈ (লৈত্রেং)



চুরা, কোকনম



খাংনেপ অশাংবা



চেরৈ (শমজিরৈ) বাঁসি

## রাধা অমসুং গোপীগী ঝাপা ফিজেৎ-লৈতেং ঃ



ঝাপা - কোক্কী লৈতেং (অরিবা অমসুং অনৌবা)



কুরাক[illegible]ইবী





নাগী লৈতেং



ফুরিৎ অমসুং ইন্নফি



খুজি



কুমইন



পোৎশান



নেক্লেস, মরৈ পরেং, হয়াই থানবী, হৈবী মপাল



খুৎকী লৈতেং



খাংগোই, খাংনপ



## রাধা অমসুং গোপীগী কোকতুম্বী ফিজেৎ-লৈতেং ঃ



খোঙগী লৈতেং ঘোঙ্গুর, নপুর



কোক্কী লৈতেং কোকনম চুরারে কোকতুম্বী, ইন্নফি





ফুরিৎ, থবাকয়েৎ, পিশিন্ত্রাই, খাওন



কুমইন



পোৎস্থান



খাংগোই, খাংনপ



থম্বাল মনা, থরোই মনিং, ভাঙ্গোই
শন্দ্রেম্বী খোইমহুম, হৈক্রু পরেং



খুংকী লৈতেং



নাগী লৈতেং চোম্রাং (কুন্দো নাইন)



মিং : শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম গুরী যৌবনীলাবতী দেবী
লৈকায় : ঊষিঙ্গমথক খোকতোম লৈকাই, ইম্ফাল
পোকপা চহী : নভেম্বরগী তাং ৩-১৯৪৬ ইং
অপোকপা : লৈশাংথেম তম্ফা সিংহ (পোলো মষ্টর)
অপোকপী : ময়াইংবম নিঙোল ইবেতোনচা দেবী
ইপুরোইবা : ক্ষেত্রিময়ুম নবাং সিংহ

## অহৈবীগী শক্তম্বা বারি-বাখোঙ

পীশক পীরিঙৈদগী হৌনা মণিপুরী জগোই অমদি ঈশৈদা থবাই মাওজনরকখি। চহি ৭ তা ভাইরিঙৈদা গৌরলীলাদা লিত্যাইলন্দ অমসুং চহি ১১ দগী হৌনা ১৯ ফাওবা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মাওবতা রাধা শাবকখি। লৈবাক্কী শঙ্গাইরবা গুরু কয়াদগী মণিপুরী রাস অমসুং নট সংকীর্তন ঈশৈ তম্জবগী খুদোংচাবা ফংজখি। হায়রিবা লম অসোমদা খোইদোকপা দান তৌরকপগীদমক মনা-মশুং কয়া ফংজরকখি।

ইং কুমজা ১৯৭৪ – রাস নৃত্য ভারতী (অখিল গৌড়ীয়-বৈষ্ণব-সাহিত্য সম্মিলন, নবদ্বীপ)
ইং কুমজা ১৯৭৭ – ষ্টেট কলা একাদেমী এবার্ড
ইং কুমজা ১৯৭৯ – নৃত্য রত্ন (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ)
ইং কুমজা ১৯৮০ – সঙ্গীত নাটক একাদেমী এবার্ড
ইং কুমজা ১৯৮৭ – সেনিয়র ফেলোসিপ এবার্ড– "দিবারাস" (ডিপার্টমেন্ট ওফ কলচর, নিউ দেল্লী)
ইং কুমজা ২০০২ – পদ্মশ্রী এবার্ড

অমসুং শ্রীযুত খেলচন্দ্র মহারাজনা য়াগী মরীগা লোইনবা য়াগী তকমান, অতোপ্পা য়াগী তকমান ৬, য়া কোন্নুংগী য়া খুজি, নমথাং খুৎহং, থাবু চম্বা অমসুং পিবাংজিনচিংবা অমদি ঈকাই খুম্নবগী শকথঙ-চে কয়া ফংজখি।

মণিপুরী জগোই রাস অমসুং নট-সংকীর্তনগী লমদা ভারত অমদি রুশিয়া, আমেরিকা, জর্মনি, কনাডানচিংবা লৈবাকশিং চৎচনুনা মণিপুরগী জগোই ঈশৈ নপোকচরাই।

হৌজিক হৌজিক জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী প্রধান গুরু ওইনা থৌ পুন্নরি।